পাওমী অমগী মরূপ লৈতে. য়েক্লবস্তু থমদে, হায়বা পাওয়ৌ অহু পাওমীশিংনা হেক-হেক কাওবা ঙমদে। "জর্নেলিজমগী শিনফম" লাইরিক অসিনা থোনা অমদি লিংজেল, লোয়ননা হৈশিংবহু য়াওনা মতমসিগী চুনরবা পাওমী অমা ওইবদা চংগদবা মচাকশিং নৈনরি। জর্নেলিজম, করিনো, জর্নেলিজমগী ইতিহাস, পাও-চেগী নিংতম্বা, ইন্টরভিউ করম্না লৌবা, পাও কমদোনা লৌগদগে হায়বা, ওফিসিয়েল সেক্রেট এক্ট করিনো, অমদি প্রেস কাউন্সিলনা কদায় ফাওবা ৱারক ৱাতেম্বা ঙমবগে অমদি পাওমী অমদা শিংনরক্লবদা করিনা পাওখুম পিনবগে উৎপদস্তু নস্তুনা ইডিটর, আইদিয়েল ওইবা ইডিটর অমগী শাজৎ কমদোবনো হায়বস্তু উলি। পাও-চে ১দি পাওমীশিংদা প্রেসর পিবগী মতাংহু য়াওরবা লাইরিক অসিদা মতম অমদা হীংলম্বা থোইদোক্লা হৌজিক্কী ভারতকী থোনা লৈরবা মিংস্তু পন্নরবা পাওমীশিং থরগী মতাংদস্তু পল্লি।

# জর্নেলিজমগী শিনফম

অকোইজম সনাতোন

# ৱাম়াং য়ানবা

জর্নেলিজম অসি হৌজিক্কী পৃথিবী অসিদা থানবা য়াদনা মপুং মরৈ ফাগৎলক্লবা হীরম অম ওইরক্লে। পাও পিবা, পাও ইবা, তাকপা, নৈনবা, মত পিবা, ৱারি ৱাতাই শাদুনা মীয়ামদা মুংঙাইবা নত্রগা পাম্লবা মওংদা থংহন উহনবগী লমদা খোংজেল য়াংনা চংশিল্ল-কপসিনা, পৃথিবীগী লৈবাক অমগা অমগা নকশিন্ননা, লাম্বা ফংবদা লৈবগুম্মা উহল্লক্লে। মসি জর্নেলিজমগী কুয়োম মনুংদা লৈরকপা নিংথিরবা শক্তম অমদগীনি। থাঙ্গেশেংনমক জর্নেলিজমগী শিনফম অসি ইংলবা ইন্দমথাগী অয়ুক্কী মতমদা হকচাং শাগৎহনবা মৈশা অদুগুম্না পাম্নরক্লবা, অদুনক্লা হৌগৎলক্লিবা নহারোল কয়া অমদা লম অসিদা খোংদাবা হৌরকই, চংশিল্লগে থন্নরকই। পৃথিবীনা হীংলিমথৈ তৎন থানবা য়াদনা লৈহৌরগদবা শিনফম অসিবু মশা মউ ফজনা হীংহনবা অসি থুম্নাই অমগী মীৎয়েং চংই থোইনা হেন্না লমসিদা খোংদারক্লিবা পাওমীশিংগী দাইত্ব মশক থংবা থৌদাং অমসু থাদোকপা য়াদে। অদুনা লাইরিক অসিদা জর্নেলিজম করিনো? জর্নেলিজমগী ইতিহাস, পাওমীশিংগী মথৌ, ইডিটরগী থৌদাং, প্রেস কাউন্সিলগী মথৌ, প্রেসকী মনিংতম্বা, পাও লৌবগী মওং, ইন্টরভিউগী নোম্মুনানচিংবা কয়াসু নৈনরি।

লাইরিক অসি মণিপুরী থুম্নাইদা জর্নেলিজমবু থৱাই তানা চংগে থল্লিবা অমদি চংলবা মীওই, মরু ওইনা থৌনা ফরবা পাওমী-শিং ওইরক্কদৌরিবা অমদি ওইরক্লবশিংদা থরথিৎ মতেং ওইবা ঙম্বা হায়বদুগী ৱাখলদা ইজরুবনি। লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনবদা ৱাখলগী মতেং থম্মোয়দা থৌনা হাপথিবা অদুগা অতৈ পিবা য়াবা মতেং পিবিরকপা ইরৈবাক মচা পুম্নমক্কী মফমদা তৌবিমল থংবা উৎচরি।

ইম্ফাল তাং ২৩/৪/১৯৮৭ ইং

অকোইজম সনাতোন

অইবা অমসুং অফোংবা

এ কেঃ সনাতোন

ইডিটর ঈহৌ

শিংজমৈ বাংমা ক্ষেত্রিলৈকাই, ইম্ফাল ৭৯৫০০১

অহানবা ফোংবা এপ্রিল, ১৯৮৭



মমল লুঃ ৩৫/—

লাইরিক অসি ষ্টেট কলা একাদেমীনা পিবা শেলগী মতেং খন্না য়াওরগা ফোংবনি।

---

নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টর্স, পাওনা বাজার।

# য়াওক্ষম তাকপা

# জর্নেলিজম

জর্নেলিজম হায়রগা, পাও পিরিবা, লৌশিন্নবা, চৎনবিবা, মপুং ওইনা হায়রগদি নোংমগী থৌদোক-থাথোকশিংদু থাহে ওইনা ফোংদোক-ইথোক্তুনা খঙহল্লিবা পুম্বদুগী মাইপুনবিবা থবক-থৌরম অদুবু খঙনবনি। মীওইবনা মনাক্তা নত্রগা অরাপ্পা মফম অমদা থোকখিবা অমদি থোক্লিবা থৌদোক-থাথোকশিংদু খঙবা পাম্মী অমসুং মদুবু জর্নেলিজমগী পান্দনা খঙহল্লি। পাও পীবা, লৌবা অমদি তাক্লিবদুবু অনম্বা ফোটো নত্রগা মখোলগী পান্দনসু ওই-বসু য়াই।

তশেংনা জর্নেলিজমু শোন্নবা তারবদি মসি পাওগী থবক অদুবুনি হায়বনি। অদুগা জর্নেলিজম হায়বা থাহেসি 'জর্নেল' দগী লাকপনি, অহানবগী হৌরকফম থাহেদুদি 'du jour' হায়না খঙনৈ, মসিগী থাহনথোক্লা শম্না পনবা তারবদি, মুখিৎ অসিগী হায়-বনি। নোংম নোংমদুদা তাবা য়াবা, থুংঙাইবা অদুগা শীংথাবা য়াবা খঙবদা অনৌবা মথেল অমা ওইবা থারোল থৌদোকশিং অদুনা মপুং ওইবা শক্তম ওইরগা জর্নেলিজমনা মপুং-নরৈ ফারক্লিবনি।

থরা হেন্না পাকথোক্লা নীংশিংবা তারবদা, ষ্টেসমেন, টাইমস ওফ ইণ্ডিয়া, টেলেগ্রাফ, প্রজাতন্ত্র, খোল্লাও, ইহৌ, অল ইণ্ডিয়া রেডিও, টেলিভিজনচিংবা, ফিল্ম অমদি উ-থাদা য়েকথোক্তুনা ঈ-পাওগী থাফম থংহনবা অমদি লাই য়েক্তুনা উহনবগী থবক তৌরিবদুসু জর্নেলিজমগী শরুক অমনি।

চাওখৎলকপগী মতুংইন্না সেটলাইটনা অরাপ্পা মফমদা থবক তৌবছুন ওলেম্পীক্লচিংবা মীনা থা কাবগী থৌদোক অদু পৃথিবী শীঙ্গুংনা উহনবা ঙম্বগী থাক অমদা লাক্লে। মসি অপিকপা মফম অমদা মীওই খরনা মৃখোম্ম মশেল পাও পীনরম্বদুদগী লোয়ননা কাংলুপ খরগী মরক্তা মশীং য়ামদনা মেগাজিন নত্রগা অতৈ চেফোঙশিং পুথোক্লিবদুদগী মথং মথং লাকপা অঙকপা ঈ-পাও কাওনবগী খোঙথাং অমনি। চেন্না অনিতা ফোঙবা, চেনা অমত্তা ফ্লোঙবা চেফোঙ, অমদগীনা লমায় চাম্মা. চনিদগী লিশিংদগীসু হেন্না পান্দুনা কপি ৫০/১০০ রোমদগীনা কপি মিলিয়ন কয়া অমা ফোঙলিবা পাও-চেশিং, মেগাজিনশিং অদুসু জর্নেলিজমগী লমদা হীংলিবনি লৌই।

ঈ-পাও তাবগী থবক অসি পৃথিবীনা চাওখৎলকপগী মতিক মফম অসিদদি শীংথিনা মীৎ-মায় পাঙলবা অপাম্বগী থাক অদু য়োরবসু হান্নদি তৌদা য়াদবা মওংদা লৈবগুম্না য়াম্না খুৎলোয়দনা লৈরম্বনি। চহী ১০০ রোমগী মমাংদা নত্রগা ময়াদা চৎনরম্বা পাও থাবা লৌবগী পোরমশিংদু খুথাঙ চৎনা শিন্নবা ওইনা তৌই। ঈ-পাও পীবগী মতাংদা রেডিও, টেলিভিজন্নচিংবশিংনা লৌম্নিবা থৌদাং অসি থোইনা হেন্না শীংথাবা য়াই, মরমদি খুদক খুদক্তা থৌদোক অমগী ৱারোল তাহন উহন্দুনা পীবা ঙমই। থৌদোক্কুগী মতাংদা অঙকপা শক্তম কয়া মীত্তা লোইনা উহনবা ঙম্বনি। অমরোমদা পাও চেশিংনা ঙসিগী পাওদু নমথোক্লগা পীবনা খরদি থেঙবা ওইরবসু, পীরিবা পাওদুনা ঙাইহাক্কী নত্তনা রেকোর্ড ওইনা পাবা য়াই। হঞ্জিন হঞ্জিন য়েংদুনা মমূৎ তানা খঙনবা হোৎনবা য়াই। মতেক খরগী ৱারোল পীবা নত্তনা পাওদুগী মরীক চুম্না মতাং কয়া মমূৎ তানা নৈনদুনা ফোঙবনা অপাবদা মুংঙাইহল্লি। অদুগা মদু রেকোর্ড অমদি ইতিহাস ওইনা য়োক্কুনা থম্বা য়াবা অমদি

কনাগুবনা থিজিন হুমজিনম্বদা "বিচ্ছাস বার্কতা" হায়রুমদনা কাল্লনা পীবনি, আর্কাইব অমম্ভুনি।

হৌজিক্কী ডাওখৎলবা খুন্নাই অসিদা "প্রেস" কী চাওরবা থৌদাং লৈ। প্রেস হায়বগা মপুং ওইনা পাও পুথোক্লিবা পাওৎ চেশিং অত্তুবু মপুং ওইনা খঙনদে। ঈ-পাওগী খবক অসি অসুম মরু ওইরকপা অসিনা জর্নেলিজম অসিমক য়াম্না থৌগংনিংঙাই ওইরবা মুংঙাইরবা প্রোফেসন (শিনফম) অমা ওইবক্লে।

জর্নেলিজম চুম্না, খুন্নাই অনগী বাজনীতি শেল-থুমগী অমদি তোঙান তোঙানবা মহৈ হীরম কয়াদা নৈনত্থুনা পাও পীবগা লোয়ননা মীয়ামদা মহৈ হৈহনবা লোয়ননা মতম মতমগী লাকদবা থুদোংথিবা য়াবা থোক্তুনবগী চেকশিন্নবা চেবশিন রা পীত্থুনা মীয়ামু খুকউ শেন্দুন লৈনবস্থু নীংশিংলিবনি।

অহুনা নোংম নোংমগী লেপ্তুনা চাওখৎলক্লিবা পৃথিবীদা জর্নে-লিজমগী মক ওইনা 'প্রেস' অসিবু Fourth estate হায়নম্বু লৌরি। প্রেসনা খুন্নাই অমদা মক ওইবা মফম অমা ফংবগা লোয়ননা গনতন্ত্র চৎপা মীয়ামগী মীত্থৎনা শাসন চলাইবা লৈবাক অনদা ওস্থোক্লা চাওগ্রবা থাদোকপা ইয়া য়াদ্রব থৌদাং অমা লৌই। প্রেসনা লৈবাক অমগী মীচম পজাশিংবু তমথিবদা মীহাৎপা লৈঙাবপা অনগী শাজৎতা মাঙহনগদবদগী কল্লি মখোয়না চুমদবা কয়া তৌ-রকপদগী চেকশিলহল্লি। প্রেসনা প্রজাগী রাইটশিংত্থুবু ঙাক্তুনা থম্মী, মখোয়গী মনীং তম্বনু মহাও হাপ্তুনা থম্মী. মখোয়গী মনীং-তম্বত্থুম্বু হিংহল্লি, মসিনা মীয়ামগী খোল্লাও ওইনা লাক্তুনা সরকারনা নত্রগা মন্ত্রী ওফিসারম্ন অমন শক্তি লাম্না শী জন্নবনু পুথোক্লগা মহাক অত্থু চৌক্রিদগী চিংথবা ফাওবা ঙমলি।

থরা নকশিন্না য়েংলবদা প্রেসনা ভারতকী লৈঙাক পথাপ্ত য়া ওৎবিবা ফ্রিদম ওফ স্পীস এন্দ এক্সপ্রেসন অত্থুদা থরায় হাপ-

তুমা মতম পূম্বদা মশা তেকখৎহল্লি। মতাং অসিদা মীংশিং-নিঙাই ওইরিবদি পাওচেশিংনা করিগুম্বা লুবা মতমদা অপাম্বা মাকল অমদা লেপ্পা অতুনি। ব্রাফম অসি লাকপদা মুংঙাইম্বিবদি ভারতকী অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মওংদা থা ১৯ গী ইমারজেন্সী মতমদ প্রেস্তদা সরকারনা খোংগাওনগে হোংনখিবা ১দি প্রেসনা লৌখিবা শক্তম অতুনি। মতমতুদা কনাগুম্বা অমত্তনা সরকার পায়রিবা মীওইশিংতুগী মায়োক্তা অশোয় অঙাম অমত্তা ঙাংবা অতুগা থিন্দুনা তাকখিবা ঙমহনখিদে। তাঙ্গা অতুদা পবার পায়রিবশিংনা প্রেস্তা থোইনা হেন্না পাওমীশিংনা “নখোয়না ঐখোয়গী পোলিসি প্রোগ্রামগী মতাংদা য়েংশিনবগী হক লৈ” হায়তুনা মতুগী অচেংবতু লৌরগা নাতৈ চাখিদ্রবা মীওই কাওবনা প্রেস্তা “অসি ইগদবনি, ফোঙগদবনি” হায়বগী পাওতাক ফাওবা পিরকখিবনি।

অতুগুম্বা ‘করমনো’ হায়রবা তাঙ্গা অতুদনি পাও-চে অয়াম্বনা সরকারগী পোরম-পোনীং ১দি খোংথাংগী পুংলোন মতুংইন্না জগোয় শাখিবা অমদি জেল মনুংদা ব্রানা থাংগ্রবা ওপোজিসন পার্টিগী লুচিংবশিংগী ব্রা অমত্তা ফোংদোকপা ঙমখিদবা ইমরজেন্সিগী মতমতুদা পাওচেশিং ১দি পাওচেশিংনা মখোয়গী মথৌ করিনো হায়বা ফাওবা পুমকাও কাওথোক্তুনা শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধী ১দি মচা নুপা শ্রীসঞ্জয় গান্ধীগী ইঙ্গিৎ মতুং ইন্না মরোল লোনখি। অসিগুম্বা মথৌ নীংথিনা পাংথোকপা ঙমখিদ্রবা প্রেসশিং অতুদা ইমরজেন্সি লোইরগা জনতা সরকার লাকপদা শ্রীএল, কে এদ-ৱানিনা ইনফোর্মেসন মন্ত্রী হেক ওইবগা ''পাওমী নখোয়দা গুপ্নতগী নঙক নোম্বনবদনক হায়খি তৌইগুম্বসুং নখোয়না খুরু খুদক কুন্দুনা মন শারগা চৎখি।”

অতুমকপু পেপর খর ‘ইন্দিয়ান এক্সপ্রেস’ ‘ষ্টেটসমেন'' ১দি ‘পেট্রোইট’ না নাগরিকশিংগী ফ্রিদম ওফ এক্সপ্রেসন অতু ঙাক্লবা

হোংলম্খি। অস্নুম্ন মতিং ফুদোকপা অত্নুনীদমক "মাদয়লেন্দ" হায়বা ওপোজিসনগী ইংলিস পাওচে' অহুবুদি ইঅকজেন্সি হেক চলাইবগী থিং,জিনখি, পাওনচে অসিগী পাওমী অতৈ ইনগ্লোইজ পুন্নমক খু-থাহুনা লৈখি, মসিগী ইদিটর "শ্রীকেঃ আর মালকানিম্ন ইহান হানবা ওইনা কাখি। "পেট্রোইট" না য়াম্ন ওক কনরগা লোয়নন শ্রীশঞ্জয় গান্ধী হায়রিবা শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীগী মচানুগী ফোটো অমদি পাও ১ত্তা ফোংখিদে। র্জনেলিস্টমগী মপুং ওইবা শক্তম ১দি প্রেসবী মনিংওম্নত্নু ওমলিমখৈ ওাক্লবা হোৎনখিবত্নুদা মখোয়গী মপু ওইরিবা মীশকনিংদ সম্নবারনা পাওমীশিংত্নু হেন্না মগুক নোম্নহন্নবা খোন কম্না থারসখি। মত্নুদা সরকারগী অপান্সত্নু তানব হোৎনবদা পাওচেশিংদ সরকারনা পিবা এদভবতাইজমেন্ট কয়া ককথৎখি। ইনরজেন্সী মতুংদা মর্নপুবদা কোংবা লোকেল পাও-চেশিং খরন পওইবদা অননব রাংহ হাই হায়ত্নুনা এদভরতাই-মেন্ট ককথৎখি। ইদিটবিয়েল ইবা লোইবগা পরিসিতি লোয়-শংদা থাবগা হান্ন সেন্সর্ন তৌবা শোয়বা য়াদ্রগা নোংমগী থৌদাং অম ওইখি প্রেসপু সরকারগী খেংউপ মথাদা মকোক্তা নেৎখায়রবা লীলহা অমনা খাংবগুম্ন খাংনবা হোৎনখি।

দিল্লিদা ফোংবা 'ইন্দিয়ান এক্সপ্রেস' ১দি অতৈ পাও চে অহুমদ সরকারনা হায়বা বয়া ইন্দে হায়ত্নুন এদভরতাইজমেন্ট ককখিবদগী পাও-চেশিং অসি য়াম্ন রানা থাংখি। শেল মরাং কাইরক্তবদগী সারকুলেসন য়াম্ন হন্থখি। অত্নুন্ন মনৈদা থৌনাগা লোয়ননা য়ারিমখৈ অচুম্বা ১দি অকনবা বাবোলশিং ফোংবা হৌরকপদগী সারকুলেসন দবলদা হায়গংখি। পৈশা ৩৫ দং পিবা 'ইন্দিয়ান এক্সপ্রেস' কপি অমদা ব্লেক্তা ৯পা অম ফাওবা য়োনা য়োনখি। মীয়াম্ন কোইওান তান্নত্নুনা লৈনখি, কপি কংনখিদে।

অসুম্ন পাও-চে ১দি পাওমীশিংদা সরকারনা অমদি লৈঙাকপশিংনা চপখাইনবা ১দি মচিন মেন্নবা শাফু কয়া তত্তনা পিরকপদা প্রেস ১দি পাওমীশিংনা মীয়ামগীদমক থা চিক্তুনা থাংলিবনি।

তমথিন্নবা প্রেসর কয়া লৈতুনসু থোনা লৈরবা পাওমীশিংনা মঙোন্দা ১দি মাগীদমক তুংহুনা লৈরিবা মগুন অহুম (১) পাও লৌবা ১দি ফোংদোকপা (২) পাওদুগী রাহস্থোক ১দি মদুদা মত পিবা (৩) লৈঙাকপশিংনা অদুগা ওফিসিয়েল, একজিকুত্যিবশিংনা মখোয়দা প্রজানা শক্তিদু লাম্ন শিজিন্নরকপদা ১দি মীয়ামগী ইন্টরেষ্ট শোক্লত্র হায়না য়েংবদুদি থক কাওবা ১দি থাদোকপা ঙমদে। প্রেসনা সরকারগী পোলিসি, একজিকুত্যিব ওফিসার অমগী পোলিসিগী অশোয়বা মতাংদা পুখোক্তুনা ইবদুগুম্না অফবা পোলিসি কয়াসু পুখোক্তুনা ইগদবনি নত্রগা শোগৎপগী রাফমসু কাওদে।

## প্রেস্তা প্রেসর পিবা

প্রেস্ত প্রেসর পিদুনা মখোয়গী মথৌ চপ চানা তৌদনবা সরকারনা হোৎনবসি লেপ্ল লৈতে। মতম অমদা হরীয়ানাদ শ্রীবন্সি লালনা চীফ মিনিষ্টর ওইরিঙৈদা থা কয়া চুপ্পা প্রেস কনফরেন্স ( পাওগী মীফম ) তৌখিদে, অমরোমদা মহাক্ত মাগা চান্নবা পাওমী থরতগা উন্নবদি অদুম চংথরম্মী। মতম অদুদা ১৯৭৩ গী জুলাই ২ দা ফমথিবা হরিয়ানা ইউনিয়ন ওফ রার্কীং জনেলিষ্টকী মীফম ষ্টেট সরকারনা প্রেস্ত চৎখিবা শাজৎ অদু হোংদোক্লব তকশিনখি। অতোপ্পা ইউনিয়নগী রারেপ অমদা ষ্টেট ১দি কেন্দ্র সরকারনা অফবা মওংদা সমালোচনা তৌবা কাওবা য়ানিংদবা ১দি এদভরতাইজমেন্ট পিবদা মীচং মীথায় নাইরগা প্রেসপু কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনরে হায়দুনসু হুংঙাইবা

ফোংদোকখি। চীফ মিনিষ্টর শ্রীবন্সি লালন পাওমী ১দি প্রেসপু "হরিয়ানাগী য়েক্লবনি" হায়না হায়দোকপ ১দি মাগী মথৌ অমদৌনা তমথিন্নবা শক্রোল লৌরকপগীদমক চান্দিগরহ ইউনিয়ন ওফ জর্নে-লিষ্টনা প্রেস কাউন্সিলদ রাকংখি।

রাকংখিবা অদুদা সরকারগী মথক্তা চার্জ ৪ থক থাংগংখি। চার্জ মরি অদুদি— (১) মীচং মীখায় নাইন পাওমীশিংদা এক্রিদিতেসন পিবা (২) পাওমীশিং খরতমক খনগংলগা সরকারগী খুদোংচাবা পিবা (৩) সরকারগী পাওনচিংবদু খনগংলবা পাওমী খরতমক ফংহনবা ১দি (৪) চীফ মিনিষ্টরন মীয়াম তিনব মফমদা পাওমীশিং ১দি প্রেস হরিয়ানাগী য়েক্লবনি হায়ব অসিনি।

মেমোরেন্দম অদুনা চীফ মিনিষ্টরন মানা য়ানিংদবা পাও ফোংবা পাওমীশিং লাকপদা উনদনবা মাগী ওফিস থোং হাং-দোক্তবগী রাফমসু পল্লি। অদুদগী অমুক 'হীন্দুস্তান টাইমস' গী পাওমী অমনা সরকারন পামদবা পাও ইরুবগীদমক শ্রীবন্সি লালন পাওমী অদুদা অতাবা মমলদা য়ুম ভারা পিবদু ককথংখি। অমুক্তসু নোংলদুনা অকনবা চৈরাক অম ওইনা হরীয়ানা সর-কারনা পাও চে অসিদা পিবা এদভরতাইমেন্ট ককথংখি।

অচুম্বা পাও পিবা হায়দোকপ অসিন সরকারদ কনাগুম্বা পব্রারগী মীওই অমদা হায়ওমদনা নিংবা কাইহল্লি। ভেটনামগী লান্দ অমেরিকান নহাশিংন, ঈহিং-নাহিং তারদুনা থরাই কয়া কংখিবদু আমেরিকান য়ুমশিংগী কাদা থম্বা তেলিভিজন্দা ময়েক লানা উৎপদগী আমেরিকানগী মপা-মমা ওইবশিংগী পুক্রিং নুংঙাই-হনখিদে মতুমক্ত প্রেসিদেন্ট জোনসন মথংগী প্রেসিদেন্ট মীখলদগী ৰীদ্রো তৌবা তাহনখি।

প্রেসনা মীয়ামগীদমক লৈঙাক মপুশিংগা থেংনবদা হুমাং জানা থাংলবসু থাখাং কয়াদা পাওমী অমদি প্রেসন মাই পাক্লকপদি

শ্রোয়গীন্দে। প্রেসপু য়াম্না চৈরম্বা, শাওবম্বা আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ট শ্রীনিক্সনন নোংম হুৱাইট হাওসকী প্রেস কমদ চংলকপ "হৈকাই-থুম্নরবা পাওমীশিং ঐখোয় হায়দি খেন্নবা কয়া লৈদ্রে, নখোয়না ঐনা লানবা কয়া য়ংওরক্লে হায়না খনবা মতমদা ঐবু নখক্তা চিংথবা ওমই অতুনা ঐনা আশা তৌই, মতুংদি ঐসি ওসি নখোয়গী থাজয়বা মরুপনি"।

ৱাকমসি হুৱাইট হাওসকা প্রেসকা মরু ওইনা 'Washington Post' গা য়াম্না শাংলবা লাল অমা থেংনখিব, হায়বদি ৱাটরগেট স্কেন্দল হায়ন যাওরবা স্কেন্দল অম পেসনা পুথোক্নুনা শ্রীনিক্সনবু কমদগী কুমথহনখিবা ১ দি পাওচে অসিগী খুংইহুনা আমেরিকান পুম্বা নিকহনখিবতুগী মতুংদা শ্রীনিক্সননা ফোংদোকখিবনি।

ৱাটরগেটকী থৌদোক অদু 'ৱাশিংতন পোষ্ট' না শবাক ফাক্নুনা উৎলকপদা প্রেসিদেন্ট নিক্সন উপাই লৈখিদে, প্রেস ১দি পাওমীশিংদা সর্বরেন্দর তৌবদা মতাবকখি। মনৈদা পাও চেনা অচুম্বা অদু ময়েক শেংনা উংপ ওমখিবগীদমক্ত নিক্সনন ফ্রীদম ওফ প্রেস লৈবগী থৌনা ১দি মগুনবু থাগংখিবনি।

প্রেসর কয়া পিববস্থ লৈনাক্কী লুরবা তানফম কয়া কয়াদা প্রেসনা মতাং চানা শান্নখিবা থোলশিংদুগীদমক্তা আমেরিকাগী মতমদুগী ভাইস প্রেসিদেন্ট শ্রীএবনিউন। পাওমীশিংবু "অন ইলেক্তেট ইলাইট" হায়না শিংথাখি।

মতাং অসিদনি প্রেসিদেন্টকী সেক্রেটরী শ্রীরোনাল জৈগে-লারনা মীয়াম খংনা 'Wangshiton Post' পাওচেন ৱাটরগেট—স্কেন্দল ফোংদোরকপদ হানন মহাক্না য়াখিদবতু 'লাজে' হায়না হায়জখিবতু।

পাওমীশিংদা কন্দিগুম্বা পাও অম ফোংবদা পাওতুনা ইথিল পীরিবা মাইকৈদগী লম্নাই মীওইশিং তাতুগা খুংপুশিংনা ধমকা তৌবা

পাওম্নীশিংবু ফুবা চৈবা খুদোংচাবা ফংবদা হাংতোকপ ফাওবা মাওরিবনি। অসিগুম্বা অচুম্বা পাও ফোংবদা থরাই কংখিব ১দি লাক্লগন্দ্র থংনা লাকখিবা দশা অদু ওরিশ্যাগী বিরিদি খুঙ্গংদা ১৯৮০ দা থৌনা লৈরব জনেলিষ্ট শ্রীনবকিশ্বর মহপট্রগী চহী ২৫ দা ঙাইরিবী মুপী শ্রীমতি ছবিরানিগী লাইবক্তা থোকখ্রে।

শ্রীমতি ছবিরানি অসি মরক মরক্তা চয়োলগী চেফোংশিংদা পাও ১দি ফিচরনচিংবা ইজবী মৌনহা অমনি। অমরোমদা মপু-রোইবা শ্রীনবকিশ্বর মহপত্র ১দি মশামক মাগী মাগী চেফোং অমগা লোইনন নরুদুনা মতুগী পাওমী ওইবনি। হায়রিবা মাগী চেফোং অদুদা মহপট্রনা লমদমদুগী মরু ওইবা কারবাররালাগী শেঞ্জা থুমজা চংথব রাকম অন ফোংলুবগীদমক নহা ওইরিবা মতৈ মনাও অনিবু লমদম অদুগী খুংপু শেমদুনা লৈরিবা মীওই থরন ফু-চৈদুনা ওং-নৈবা কয়া তৌথি, মখোয়গী মপোং মচৈ কয়া নংখি লোয়ননা মখোয় অনি মফমদু থাদোক্কুনা চংনবা ইঙ্গিং পিখি চংত্রবদি পাওমী অনিগী পুন্সি মাংগনি হায়না কিহনখি।

মতুংদা মতৈ মনাও অনিনা অরৈবা মপোং মচৈ পুম্নমক য়োমদুনা ১দি মখোয় অসিগী চহী অম মখাইদ ঙাইরিবা মুংশিজরবা মচাদু মথাদা কোল্লগা বিরিদি থাদোক্কুনা পোক্লফম লমদম (দি হাসাই বিশ্বি) তম্ন খোংশাল্লকখি। লম্বীদা অস্তুম লাকপদ, মুমীদাং পুং ৯ তাবদা বিলুরাখাই তুরেল য়ৌরক্লদুন তুরেল অসি লানবা হোংনরিঙৈদা মীওই খরনা মখোয়গী মতুং ইন্নবা উরকখি। মতাংদুদা মখোয় অনি তুরেল অসিগী তোর্ব্বানরোমদা চংথংখি। শ্রীমহনপট্রন মচাদু পমলগা চেন্থোকহৌদুনা লাম্থোকখি, অদুবু মহাক্কী মরাইবক থিরবী পাঙ্গল শোল্লবী মুপীদি কত্রবা মীওইশিংদুগী মথুক্তা তাখি। মতমদুদা মীওইশিংদুনা পাইরকখিবা শিবা য়াবা থুংলাইশিংদুগা লাম্বা পাবা ঙম্বগী শক্তিদু মখোয়দা লৈখিদে,

লোন্ন য়েংহ্নুনা লৈবদা মতাখিবনি। মতুংদা মপুরোইবনা মরুবা খুল য়োৱবদগী খুলমীশিংগা লোইনন থেংলবা অহীংদা লাকখিব মতমদদি মহাক্কী লোইবীহুনা মফী মরোল অমত্ত য়াওদনা উতুপ অমগুম্ন তাহুনা লৈরম্বতু উবদা মঙাইরে।

তনথিরব মীহাৎ অতুগী কেস অদুগী রাই ১৯৮১ গী জুলাই থাদা কোর্টতা হায়দোকখি। কেস অতু এদিসনেল সেসন জজ শ্রীকেঃ সি কারগী কোর্টতা চংখখি। জজগী রাই অদুনা কংগ্রেস (আই) গী সরপঞ্চ. দিবাকার নায়ক, লমদগী কারবার রাজা রাজরাওদোরা ১দি অতৈ মীওই ৬ পু পুন্সি চুপ্পগী জেল মীয়াৎ পিখি।

অতোপ্পা মীওই ৮ অমনা শ্রীমতি ছবিরানিবু হাৎত্রিঙৈদা ইজৎ মাংহনখি হায়বগীদমক চহী ১০ গী অকনবা থবক শুৎগী মীয়াৎ তাহনখি। অসুম্ন পাওমী অসিনা শেঙ্গা থুমজাগী বারোল থর ফোংলুবগীদমক মাগী নৌজরিবী নুংশী থোইবীদু মথানুংদগী শৎলগা মাংহনখি। থৌদোক অসিগীদমক পিখিবা জজগী রাই অদুবু মতমদুগী ওল ইন্দিয়া লোক দলগী জেঃ সেক্রেটরী শ্রীরবি রাইনা থাগৎপা ফোংদোকখি। অদুগা থৌদোক অদুগী মতাংদা মীয়াম্ন অন্দোলন চংখখিবা অদুনস্থ মতুংদা শেঙ্গা থুমজাশিংদা থৌনা ফনা ফোংদোক্কে খল্লিবা পাওমীশিংদা পাঙ্গল হাপ্পনি হায়নস্থ শিংথাখি।

# জর্নৈলিজমগী ইতিহাস

মীওইবন মহাক্কীঅকোইবদা করি লৈব, অমদি করি ওইরিবগে হায়বগীদমক খংনিংবগী লাংতরুবনা মশাদ্দা ইথিল অম তত্তনা পিদুনা লৈ। মীহৌরোনগী মতমদসু অমদি মতমদ্দগী হৌরদনা মীওইবনা মহাক্কী অকোইবদা করি লৈবা, জীবশিং মরুওইনা মীওইবশিংগী মরমদা লোয়নন অঙকপা পোৎশক অদুগা লমশিং চিংমান-তুরেল পাং কোন অমদি অতৈ উমং ৱামংনচিংবগী মরমদা খংনিংবদগী খংনবা উপাই কয়ামুক শিজিন্নরম্মী। মখোয়না মতমদ্গী খুন্নাই অমগী মরমদা খংনিংবদগী শিজিন্নখিব উপাই ১দি খৌরাং-শিংদু ঙসিগী মালেম অসিদা শিজিন্নরিবা অঙকপা খুৎশু খুংলাই ১দি উপাইশিংসিমুক খুৎলোয়দ্রবসু খরমখৈদি কান্নবা পিরম্মী।

খুদম ওইনা লৈকাই অম নত্রগা খুঙ্গং অমদা অমসুং মদুদগী অতোপ্প মফম অমদা পাও থাবদা খুন খুনগী মী শিন্ন শিন্নদুনা চংনবা, অনকপদা তেননচিংবা কাপথ্রগা চীজখুদম পিনবা শা যনগী মচিন্দা মখোল হৌন্না খোংবা, দ্রম থিনবা, ১দি শগোল পাও থাবা, মিংথীনা শগোল পাওদা শিন্ন শিন্নদুনা মরু ওইবা পাও থাই, অমসুং লৌরম্মী। নিংখৌনা নত্রগা খুনগী লুচীংবা অদুনা মাগী মরমদা প্রজানা অফ ফত্ত ঙাংনবা তানবা অরোনবা মী থাদোকই।

অমুম্ম ইপাও য়াওদ্রবদি মীওইবনা হীংবদা ৱাই ইচিন চিনবা ১দি ইপিক পিকশিন্ন হীংবদৌনা লৈবদগী পাও তানব হোৎনবসি তোকপ লৈরক্তে। পথাপ অসিনা মথং মথং শমথরক্কুনা খর খর শিংলকপ, হৈরকপা খোম্বদোক চাওথংলকপগী মতুং ইন্ন ছাপা, তৌদুনা পাওচে প্থোকপা, হেন্ন চাওখৎলকপগী মতুংদা রেদিও, ১দি

তেলিভিজন্নচিংবা এয়াররে জরনেলিজমগী থাক ফাওবা লান্সিল্লক্তুনা মালেমসিগী মফম খুদিংমকসি নক্লথ্রবা য়ুমরোন কৈরোন্নবদোনা লৈমিন্নরকপগী থাকসি য়ৌরক্লে। সেকেন্দ খুদিংগী ঈ-পাও থানরে।

পৃথিবীগী লৈবাকশিংদা মথং মথং তান্ন হীগী মতাগুম্ন ছাপা নমদুনা লাইরিক ১দি পাও-চে পুথোক্লদুনা পাওগী লমসি ঈশিং ইচাওগুম্ন হেঙ্গংলক্লে। জপান্ন ৮শুবা সেঞ্চুরিদা উগী রোক শাদুনা মুক শেনদুনা চেদা পাবা য়াবা রাহৈ পুথোকখি।

রাং চিয় কৌবা চীনা মচা অমনা মাগী মমা মপাবু নিংশিংল-হুন লাইরিক অম মখোরগী চহীদা অতুগা মান্নবন মে, ১১,৮৬৮ এ, দিদা নমলগা পুথোকখি। অতুগা মালেমগী অহানবা পুথোক পুশিন য়াবা মওংদা ময়েক পুথোক্তুনা মমিং অম থমখিবতুসু চীনাগী Pi sheng নমি হায়না থাজনরি। মসি মহাক্না ১০৪১ অতুগা ১০৪৯ দা হোৎনখিবনি লৌনরি। অতুবু চীনাগী ময়েক্তা লাইগী মওংদা ওইনা তৌবনা মপুং ওইবতুনা হীরমসিদা খুৎলোইবা রাংপদগী মখা তাবদা তপথতুনা লৈহৌরে।

ময়েক মরু পুথোকপগী রাখল লৈখিবা চীনান হীরম অসিদা থর হেন্ন লমজেল স্নাংখিবদগী চীনানা মালেমগী অহানবা পাওচে পুথোকপা লৈবাকসু ওইখি। অহানবা ওইনা ১৭৪০ দা প্রিন্টিং প্রেস মীকপ থোকহনবগা লোয়ননা চীনান "Peking Gazette" কৌবা সরকারগী চেকোং অম পুথোক্তুনা মালেমগী অহানবা অনম্বা পাওচেতু শক্তম লাংখি। মতুংদা ইউরোপ্ত ছাপা নম্বগী নোমুনা মথং মথং হৌদোক্নরকখি। Johann Gutenberg কৌবা অমনা র্জমনিগী মাইজদা ১৪৫৪—৫ দা মাগী প্রিন্টিং প্রেস অম লিংথংখি। মহাক্ন মাগী তেংবাংলিবশিংগা লোয়ননা কন্ন হোৎনতুনা ১৪৫৫ দা বাইবল কপি ৩০০ নম্বা হৌখি। অতুদগীদি মথং মথং ভেনিসকী নিকোলাসন Venice Necolas Jenson

কৌবা অমনা লন্নার কেস (ময়েক মচা) হাপচিন্দুনা প্রেসকী মৎং অমা লাকহনখি অতুদগী Aldus Manutius Romanus কৌবা অমনস্তু অপৈবা ময়েক হৌজিক্ক ইতালিক কৌবা ময়েক অসিগী মথেল অসি য়াওহনখি।

ইউরোপকী লৈবাকশিংদা ছাপা নমতুন লাইব্রিক ১দি পাও-চে পুথোকপগী থবক অসি বনখৎলবপদগী ভারতস্তু খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপশিংনা হীরম অসিদা হেন্না পূক্নিং চিংশিন্দুনা অহানবা ওইনা খৃষ্টাব্দ ১৫৫০ দা ছাপা খানা লিংখৎখি। অনিস্তুবদা ১৫৭৮ দা তামিল নাতুদা ছাপা খানা অম অতুগা অহুম শুবদা ১৬০২ দা মালাবরদা ছাপা খানা অম লিংবা হৌখি। অস্তুম্ন লিংখৎখিবা ছাপা খানাশিং অহানবদা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপশিংনা মখোয়গী ধর্ম্ম শন্দোক্নবা পাও-চেনা চেশিং নম্বদা শিজিন্নখি। অতুবু হিরমসিদা লনয়ানখিবসিনা ভারত মচাশিংনা মরন্নাই ছাপা খানা হৌদোক্নব খুদোং চাবা তাঙ্গা অতুদি লৌজবা ফংখি।

মঙাশুবা বিঃ সিদা রোমগী পাও শন্দোকপশিংনা মখোয়না কোন্নুংদগীনা অরাপ্প খুঙ্গংশিংদা চত্তুনা পাও পিবগী থবক তৌরম্মী। ললোন ইতিক্তা থন্নাই য়াওবা, রাজনিতিদা পূক্নিং হুজিনবা প্রজা-শিংনা পাও পুথোক পুশিনগী থৌদা অসি লৌরম্মী। মসিনা ছাপা নম্বগী মতম অতু লাকপা ফাওবা চৎনখি।

বি, সি, ৬০ দস্তু জুলিস সিজরনা রোমানগী লম লৌশিন্দুনা পাল্লবা মতমতুদা মহাক্কা মুংতিগী ওইনা পাওগী চেরোল নিউজ বুলেটিন "Acta Dyrana" কৌবা অম পুথোক্কুনা সরকারগী পাও ফোংদোকই। মতুংদা মহাক্কা "Acta Senates" অমদি "Acta Publica" কৌবা রোমগী সিনেটকী অতুগা প্রজাগী পাও ফোংব চেফোং অনিস্তু পোকহনখি।

মতাং অসিদা মুংঙাইইরিবদি পাও ফাওনবগী হীরম অসিদা প্রজাশিংনা পুক্লিং চংলকপ অসিনি। মসিনা পৃথিবীগী অতৈ লৈবাকশিংদা পাও-চে পুথোকপগী খোংথাং অম খর কোম্ম থাংজিল্লকপ ওমহনখি। ইরোপকী লৈবাক খরদা পাও চেসি মেলাদা অদুগা ডুকাননচিংবদা য়োনবা হৌখি, পাওচেশিং অসিদা ইরিবা পাওশিংদি মরু ওইনা লানগী পাও, কোর্টকী পাওশিংনি। অসিগুম্বা মওংদা ফোংবা পাও চেশিং অসি ওষ্ট্রিয়া, নেদরলেন্দ অমসুং ইটলিদা ১৫ শুবা অদুগা ১৭ শুবা সেঞ্চুরিদা চৎনরম্মী।

নিউজিলেন্দা ১৫ শুবা সেঞ্চুরিদা "New Saithung" অদুগা ১৫০১ দা জর্ম্মন্দ ফোংখিবা পাও-চে খরদি ঙসি ফাওবা মুত্তনা লৈরি। ইউনাইটেদ কিংদম ( ইংলেন্দ ) দা ১৭০২ গী মার্চ্চ ১১ দা অহানবা ওইনা "Daily Courant" পোকই। অদুবু চেফোং অসি অহানবদা ঙল্লিবৈদা পার্লিয়ামেন্টকী পাও ফোংবা য়ারমদে। মতুংদা অথিংবা অসি লৌথোকখি। ইংলেন্দ পাও-চে পুথোকপ অসিদগী প্রজাশিংনা থরাই য়াওনা পাও-চেশিং নৈনবা হৌরকখি।

ইউনাইটেদ ষ্টেটসতা ( ইউ এস এ ) দা অহানবা ওইনা বেঞ্জামিন হেরিস কৌবা ১না "Public occurances" কৌবা সেপ্তেম্বর ২৫, ১৫৯০ দা পুথোককখি। চেফোংসি থা ১দা অমুক পুথোকপা লমাই মরিতমক পানবা চেফোং অমনি। মেসাচুসেটকী গভর্নরনা অকনবা রাহৈ রাত্তা য়াওই হায়রবগীদমক্তা খিংবদগী চেফোং অসি মুমিৎ ৪ নিদমক হীংলমলগা শিত্রে। চৈরাক অসিনদি আমেরিকাদা পাও-চেগী ঈহৌ নমথবা ঙমখিদে। চহী ১৪ গী মতুংদদি আমেরিকাদা পাও-চেগী খোঙকম চেৎনা থমদুনা লিংখৎপ হৌখি। চাদনাওদ তাথরক্কুনা মতুংদা "Boston Newsletter" এপ্রিল ২৪, ১৭০৪ দা ফোংই। "New York Times" মাগী মতুং

ইল্লক্না আমেরিকাদা জর্নেলিজমগী ময়েক লারবা শক্তম অম পুথোকপ ঙমখি। পাও-চেসিগী থৌমু-নামু ওইনা "Washington Post" অমসুং "Science Monitor" নচিংবা যুক অসিদা ফাওরবা পাও চেশিং অসি মালেমদা খোংদারকখি। মখোয়শিংসি ১৮৫১, ১৮৭৭ অমসুং ১৯০৮ দা তুংথ-মাংথ ওইন লাকমিল্লখি।

অহুম অসিনা মমি তমলকপদা থোইদোক্ল শিংথানিঙাই ওইবদি ওক্তোবর ১০, ১৯৭১ দা ফোংখিবা 'New York Times' অহুনি নুমিৎ অসিদা পুথোকখিবা কপী অমখক্কী ৱারী অহুনি, মসি চাওরক্লা ভোলুম ১৬ শুই লমাই ৯৭২ পাল্লি. এদভরতাইজমেন্ট লাইন ১,২০,০০০ য়াওই, কপী অমনা কিলোগ্রাম ৩ লুমই অহুগা মমলনা লুপা ৪ ওইখি।

ভারতকী অহানবা পাও·চেদি ' Bengal Gazzette" নি। মসি কলকাত্তা জেনেরেল এদভাইজর হায়নসু খঙনৈ, অহুবু মমৈদা পাও-চেসিবু পোকহনখিবা জেমস অগষ্ট হিকিগী মমিং লৌদুনা 'Hickey Gazzette' হায়না মমিং চংলি। চেফোং অসি জনুয়ারী ২৯, ১৭৮০, থাংজ নুমিত্তা পুথোকই। পাও-চে অসিনা মীওইবগী অধিকারগী মতমদা ফোংনবা হোংনৈ, হীরম খুদিংমক হাপ্পা থোরাংই, মরু ওইনা রাজনিতি ১দি কারবারগী মরমদা ফোংনা পাও অহুগা ৱাবীনা নমই।

হিকিনা জর্নেলিজমগী শক্তম ঙক্লনা, ইজ্জৎ নম্নবা হোংনৈ। মহাক্ল ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনি অমদি অতৈ শেজাও পায়বা মীওইশিং অহুগা কারবার ৱালাশিংনা তৌবা ফত্তবশিং ফোঙদোকই। মহাক্ল মতমহুগী গভরনব জেনেরেল ৱারেন্ট হেষ্টিং অমদি মাংগী নুপীনা অৱানবা তৌরকপ পুঙ্গা লেম্ন থাদোকখিদে। হিকিনা অচুম্বা পাও ফোংবা, কিগনদবা অসিনা পাও-চেসিগী মগুন থংহৌদনা হাইগৎলকখি। পাও-চে অসিনা হেষ্টিং অমদি অতৈ কয়াবু হুগাং কাহনখি, মরমহুনা মখোয়না পাও-চেসিবু নমথনবা মীৎয়েং থম্বা হৌখি।

অসুম্ন কম্পনিগী গভবনব জেনেরেল লৈতাক্ষন খঙলক্কবদগী নবেম্বর ১৪, ১৭৮০ দা হেষ্টিংনা ওবদব অম থোক্কুনা চেফোংসি পোষ্টা থাবা য়াররোই থিংখি। অতুবু থা অসিমক্কদা অতোপ্পা "Indian Gazzette" কৌবা পাও-চে অমসু খোংদোই হুল্লকখি। মথংদা ভারতকী অহুমশুবা পাও-চে 'Calcutta Gazzette' হায়না খঙনবা পাও-চে অমসু থূনা পুথোকখি। জনুয়ারী ১৭৯৫ দা মদ্রাজদা 'Madras Gazzette' কৌবা চয়োলগী চেফোং অম পোকই। জুন ২৯, ১৭৯৯ দা সরকারনা সেন্সরসিপ থমতুনা চেফোংসিদা খুৎরৌ থাংহনখি, অতুবু সেন্সরসিপ অসি চহী ১৭ কী মতুংদা লৌথোকখি। অগষ্ট ১৯, ১৮১৮ দা লোদ হেষ্টিংনা পাও-চেশিংগী কোদ-ওফ-কন্দক শেমতুনা পাও-চেশিংনা সবকাব অতুগ প্রজাশিংদা শোকপা ৱারোল যোংলোয়দবনি হায়দুনা নীংশিংখি। কোদ-ওফ-কন্দক অসি মরু ওইনা ইডিটরশিংগীদমক ওইনা ওৗবনি।

খোংচং অসিনদি ভারত্তা পাও-চেগী ঈহৌ নমথবগী মহুত্তা লেপ্প লৈতনা হেঙ্গৎলকখি। ইংবেজিত নওনা অৗত মনা লোনগী ওইবা পাও-চে ফোংবগী ইরাই ইনিল লৈবাক অসিদা লাকই। মে ৩০, ১৮২৬ তা কলকত্তাদা হিন্দিগী চয়োলগী চেফোং 'Udant Martand' ফোংনা হৌই, চেফোংসি নিংথৌবাবা খুদিংগী পুথোকই, শ্রীযুগোল কিশ্বব মুকুলনা মসিগী মপু ওই। চেফোং অসি চহী মথাই বোম চৎলমলগ দিসেম্বর ১১, ১৮২৬ তা মপুন্সি লোইখি। মতুংদা অহানবা হিন্দিগী নুংতিগী চেফোং 'SAMACHAR-SUDHAVARSHAN' ১৮৫৪ দা শ্রীবাবু শ্যাম সুন্দরন ইডিটর ওইদুনা ফোঙই। কুমজা ১৮৭০ দা বোবার্ট নাইটনা 'Indian Statesman' হৌভিক্ক 'Statesman' হায়না খঙনরিবা মমিং লৈরবা পাও-চে অসি পুথোকই।

কুমজা ১৮৮৫ দদি ভারত্তা জর্নেলিজমগী হিংনবগী পাম্বৈ অমসু

ওইবগা লোয়ননা মসিগী শিনফমসিংবু হেন্না ইকাই খুম্নবা অদুগা থাজবস্থু হেঙ্গৎলকখি। বাল গঙ্গাধর তিলকনা মহারাষ্ট্র্রগী লৈবাক্তিগী চেক্লোং "Keshari" দা থোরবা রারেংশিং ইরকপদগী জর্নেলিজমদা ভারত মচাশিংনা থরাই লুপ্পা অদুগা বৃটিসশিংনা মনাতোন ফ্রি ফ্রি কাম্বগা লোয়ননা শাওবা হেঙ্গৎখি। তাঙ্গা অসিদগীনি প্রেসকী মনিংতম্ব নমথনবা খোরশাগনবা তমখিরবা মীয়েং য়েংবা হৌখিবস্তু। অদুবু নত্তু অবেস্থা তাখি, মতমদুগী ফাওরবা পাওমীশিংদি সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জি, মোতিলাল ঘোস, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর লালা পাতপট রোয়, বিপিনচন্দ্র পাল অমসুং শ্যামজি কৃষ্ণ ভারমনি।

মহাত্মা গান্ধী, মদন মোহন মালাভিয়া, চিটরঞ্জন দাস, ফীরোজ সাহ মেহতা, এনি বসন্ত, গোখালে অমসুং তিলকচিংবা নক ওইবা লুচিংবশিংন লৈবাক অসিদা জর্নেলিজম চাওখৎনবা হাংনবদা মথোয়গী অনম্বা নতম শিজিন্নখ্মী। মথোয়না ইরকপ চিন তুম্নবা রাবোলশিংনা বৃটিসশিংবু খোষণাগনহনখি। লুনবা ওানফমদুদা ভবতবী পাও চেশিং অসি নখল অনিথোক্ত লৈখি, অমনা মরৈবাকপু মনিং তম্নবা শিনা কিদনা হোৎনবা শাকল অমগীনা ইকাই খংদনা বৃটিসবী খুরাদা কোক নোঙ্গবা। অদুবু পামদ্রে হায়দুনা বৃটিসশিংনা মীওইবগী নীংতম্বগী অধিকার মতুংদি পুল্লপ নমথবা ঙমখিদ্রে।

থিংলুবা য়াদ্রবা প্রজাশিংদগী হৌরকপা নীংতম্বগী মৈরি অদু পাওচেশিংনা তত্তনা হনোৎ পিশিনক্লবদা, মতুগী মথৌ হাপ্পবা মরৈবাকপু হুংশিবা পাও-চে কয়া মথং মথং পোকখি, ১৯১৮ 'Search Light' "Indian Nation" মদন মোহন মালাভিয়ানা এলাবাদতগী ১৯০৯ দা 'Leader' পুথোকই। ১৯১৮ দা Basumati' ১৯২২ দা 'Ananda Bazar Pratika' ১৯৩৭

তা 'Hindustan Standerd' ১সুং ১৯৩৭ চহী সিদা 'Jugantar' ১দি 'Nationald Heral' তাইবং ফাওরকখি।

ভারতনা নীংতম্নবা মতুং অসিদদি লৈবাক অসিদা শিননা থুংনা পাও-চে হাইদোরকখি। দিল্লি মতোমতনা চেফোং ২৫০০ চাং নাইনা পুথোক্লি। নীংতম্বা মতুংদা পাওচে পুথোকপদা অনৌব লমার অমা হাংদোকপ্রে। খ্বাইদগী চাওনা হীবসিদা খোংদারিবসি 'টাইমস ওফ ইন্দিয়া' পত্রিকেসনি। মহাক্ক মুংতিগী চয়োলগী থাখাইগী ১দি থাগী চেফোং খ্বাইদগী য়াম্ন পুথোক্কনা শিংথানবা য়াবা মফম অমদা লৈরি। অতুবু পাওচে মখিং অমত্তদা তোঙান তোঙানবা মফম ১১ দা ফোংলিবনা 'ইন্দিয়ান এক্সপ্রেস' গ্রূপনি। মহাক্ক অতৈ মেগাজিন খরস্তু লোয়নরি। চাওরাক্ক লুপা ক্রোর ২০০ রোমগী কারবারনি।

মনিপুরদা পাওচেগী লমদা লময়ানখিবসি ১৯২৬ কী মতুংদা ওইরগনি পানরি। মতমসিদা শ্রীহিজম ইরাবোতনা ইম্ফালদা খুৎনা ইবা "মীতৈ চনু" কৌবা মশানা ইডিটর ওইবা চেফোং অম ৫/৬ রক ফোংখি। মনিপুরগী ওইনদি অঙনবা মতমদা পাও চেনচিংবা ফোংবগী রেকোর্দ মওং তানা লৈতবগুম্ন তৌবনা পাও চেশিংতুগী শকওং-শাদা অতুগা ফোংখিবগী তারিকনচিংবা পিবদা অপনবা ওই। নীং তমলবা মতুংদদি ১৯৪৮, জুলাই ১৫ দা 'ঙসি' কৌবা মুংতিগী চেফোং অম পুথোকখি। ১৯৪৭ তগী "প্রজা" চয়োল চেফোং ওইনা পুথোকই। মসি মনিপুর কংগ্রেসকী চেফোং ওইনা পুথোকপনি। শ্রীঐচ, বনবিরনা ইডিটর ওই, মতুংদা চেফোং অসি সরকারনা থিংবদগী 'প্রজাতন্ত্র' কৌতুনা ১৯৫০ দগী মুংতিগী চেফোং ওইনা ফোংবা হৌখি, মনিপুর কংগ্রেসনা কোংবনি। শ্রীএল, অচৌ, শ্রীতোম্বা, শ্রীখ্বাইরাকপম গিরি, শ্রীসমরেন্দ্র, শ্রীএল, য়াইমা, শ্রীআর কে, মাইপাকসনান মথং মথং

ইডিটর ওই। মতুংদা শ্রীএল, জয়চন্দ্রনা হোৎনহৌতুনা মাঙ্গী মরাম্নাই ওইবা চেফোং ওইদুনা হৌজিক ফোংলিবা "প্রজাতন্ত্র" অসিনি।

মথংদা 'অনৌবা সমাজ' কৌবা শ্রীবিজয় সিংহনা অহানবা ইডিটর ওইবা নুংতিগী চেফোং অম ১৯৫৪ দা পোকখি। ১৯৫০ গী মতুংদদি 'সীমান্ত পত্রিকা' ১৯৬৪ দা 'খোল্লাও' ১৯৭৩ দা 'ইহৌ' ১৯৭৪ দা 'সনালৈবাক' অমদি অতৈ চেফোং কয়া লাকখ্রে।

## সারকুলেসন

পাওচে অমা পুথোকপ মতমদা থেংনবিবা অরাবা কোঙ্গাইশিং অদু লাকশিল্লগা নিংথিনা সারকুলেসন (ফজনা মশিং য়াম্না চংহনবা) লৈহনবা ভমলবদি— পাও চে পুথোকপদা মায় পাক্লবনি লৌনি। পাও-চে অদুনা পাকশন্না চংলক্লবা শিংবা য়াওরক্লবা অদু ওইববদি এদভরটাইজমেন্ট লাবহন্দুনা মথোৎন থোংনা লেপচবা লায়বক্লবনি।

ইংলন্দ ১৯০০ হেঙ্গংলবপ অদুরাইদা পাও চে মরিথক, 'Heral Mail', 'Express' অমদি 'New Cronicle' না মশীং য়াম্ন হেন্ন চংপ ভাল্লবগী লমজেলদা চয়োল অমদা পউন্দ ৬০,০০০ খবচ তৌই, মসিনা চহীদা পাউন্দ মীলিয়ন ৩ গী চাংদনি। মখিগী মতুংদা (Heral) না পুম্নমকপু নগহত্তুনা সারকুলেসনগী শক্তম অম থম্বা ভমখি। নোংমদা কপী মিলিয়ন ২ (লাখ ২০) চংলে হায়দুনা মালেমসিদা লাওথোকখ।

পাওচে মশীং য়াম্ন চংহনবসি নিংথিনা শেল থাদবা চংই। অদুগা অফবা থোনা ফব ইডিটরস্ দরকার ওই। 'New York Times' না মীয়ামগী মাংদা মমিং অম লৈদুনা শিংথাবদা য়াওনবা হোৎন্নবদ্রা, চহী অমগী বজেট লুপা ক্রোর ৫৫ রোম, থম্মল। ইডিটরিয়েল বোর্দতা মীওই ১০০০ রোম লৈহন্নি। পাওচে অসিগী

স্পোর্টস সেক্সন মতোমতনা পাওমী ৭০ নিজিন্নৈ। অদুগা নোংমাইজিং নুমীৎ অমগী চেক্কোং অসিদা হাপথিবা এদভরতাইজ-মেন্ট রিভেনিউ দোলর মিলিয়ন ৬ ( লুপা ক্রোর ৪,৮ ) ওইখিবা খাওখ্রে। ইরানগী খোমৈনিনা মাগী ৱারোল অম ফোংবদ লমাই অমগী এদভরতাইজমেন্ট অদুগী শেনফম লুপা লাখ ১,৪৭ ওইখিবা খাওখ্রে। কপি মশিংনা লাখ ১০ গী মথক্তনি হায়রি।

রুসিয়াদা ফোংবা 'Usbastia' হায়বা মোসকোদা হেদ ওফিস ওইবা নুংথিলদা ফোংবা পাওচে অসি রুসিয়াগী সহর ২২ দা অমুক্তদা পুথোকই। মসিগী নোংমগী কপি মশিংহ্ লাখ ৮০ দগী ক্রোর অম য়ৌই হায়।

চীনাগী নেসনেল পাওচে 'People's Daily' হায়রিবা কম্যুনিষ্ট পারটিগী ওরগান অসি কপী মিলিয়ন ২ ( লাখ ২০ ) য়ৌই হায়না পিরি।

জপান্দা ফোংব খ্বাইদগী কপি মশিং য়াম্ন চৎপনি হায়রিবা 'Asahi Shimbun' অসি অয়ুক অমদি নুংথিল অনি থোক্ন পুথোকই। মসি সহর মঙাদা তোঙান তোঙান্ন নমই। পাও চেসিগী রেদিও ১দি ভি, ভি, কম্পানি লৈ। পাওচে অসি নোংমদ ক্রোর অমরোম নমই।

ভারত্ত পুথোক্লিবা নুংত্তিগী চেক্কোং ওইরিবশিং মনুংদা তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা নমলিবহ্ খারগা মশিং য়াম্ন চৎলিবসি "Indian Express' নি, মানা মফম ১১ দা কপী লাখ ৭ গী মথক্তা নম্বনি। অদুগা অমত্তদা নম্বদা খ্বাইদগী য়াম্না পুথোকপনা 'Ananda Bazar Patrika' নি। মহাক্ন অমুক্তদা লাখ ৫,০৬,২৭৬ রোম পুথোকই।

পৃথিবীগী মীকোক্তী ফেংলগা পাও-চে খ্বাইদগী পাবা লমসি খুইদেমী। মথংদা বুটেন চেন্নি। মতাং অসিদা নিংশিংবা মাবা

য়াহৈ অম লৈ মতুদি "বৃটিশকী প্রজা অমনা অমুক্কী চয়া নাম্থোক-খিবদি য়াই, অদুবু পাও-চে অম পাবদি শুকশোয় শোয়দে।"

বৃটেনগী প্রজা ১০০০ না নোংমদা পাও-চে ৫০০ দগী তাদনা লৈদুনা পাই। ইউ এস এ গী প্রজা ১০০০ না ২৩৫ দগী হেনবা ক্বাওবা পাও-চে লৈদুনা পাই। অদুনা এশিয়াগী ওইনা মী ১০০ খুদিংগী ৪ দমক লৈদুনা পাই। ভারতনা চাদা ১'১, পাকিস্তান্না ০'৭, সিলোন ৩'৭ অদুগা আফ্রিকানা ১০০ দা অমত্তনি। পৃথিবীগী ওইনা ১০০ দা ১০ নি।

মনীং তমলপা মতুংদা ভারত্তা পাও-চেগী মশিং অসি হায়-ঙমদনা হেঙ্গংলক্লবনি। ১৯৫২ দা পৃথিবীদা ম্নুংতিগী ফোংবা পাও-চে ৭০০০ লৈ হায়না পানখি। অপুনবা পাও-চেগী কপী মশিংনা মিলিয়ন ২৩০ পুথোকই। ১৯৬৯ দদি ম্নুংতিগী ফোংবা পাও-চে মশিং ৮,১০০ য়েৌখি, অপুনবা কপী মশিংনা ৩৬০ নি। ম্নুংতিগী ফোংবা পাও-চেশিংগী মথক্তা চয়োলগী থাগী থাখাইগী অমদি অতৈ কয়া অমত্তু লৈরে। ইউনাইটেট ষ্টেটস মতোমতনা চেফোং মশিং ১৪,০০০ পুথোকলি।

পৃথিবীদা ফোংনরিবা মক ওইবে লৌনরিবা পাও চেশিং খরগী মমিং অমদি ফোংলিবা লৈবাকশিংগী মিংদি মথাগী অসিনি:—

| | | |
|---|---|---|
| 1. | Indian Express | India |
| 2. | Times of India | do |
| 3. | Hindu | do |
| 4, | Hindustan Times | do |
| 5. | Dagers Nyheter | Sweden |
| 6. | Al Ahram | Egypt |
| 7. | Die Burger | S. Africa |

| | | |
|---|---|---|
| 8. | Expreso | Peru |
| 9. | El Mercurio | Chile |
| 10. | Excelsior | Mexico |
| 11. | Journal do | Brazil |
| 12. | Down | Pakistan |
| 13. | Jang | do |
| 14. | Australian | Australia |
| 15. | Asahi Shimbun | Japan |
| 16. | Mainich | do |
| 17. | People's Daily | China |
| 18. | Izvestin | USSR |
| 19. | Pravada | USSR |
| 20. | Derspugel | W. Jermany |
| 21. | Die Welt | do |
| 22. | Lastamda | Itly |
| 23. | LE Monde | France |
| 24. | Aflnposten | Norwav |
| 25. | Toronto Globe | Canada |
| 26: | Washington Post | USA |
| 27. | New York Times | do |
| 28. | Guardian | UK |
| 29. | Daily Mail | do |
| 30: | Daily Express | do |

# ইডিটর অমসুং মহাক্কী থৌদাং

পাও-চে অমগী ইডিটরগী মথৌ হায়ঙমদনা চাওই। ইডিটর অমনা পাও-চে অতুগী শকওং শাদা শক্তম ১দি পাঙ্গল থোনা পিবদা পাও-চে অতুগী থোয়দোকপা মফম অম ফংলিবনি পাও-চে অমগী মওং, শক্তম শিংথানিঙাই ওইনা পুথোকপহু ইডিটরগী হৈশিংবদগীনি হায়না লৌই। মহাক্কা পাও-চে অতুগী কেপ্তেইনঃ, মপুং ওইবা দাইত্ব লৌরিবা লুচিংবা অতুনি। মরম অসিন অচৌবা পাও-চেশিংদা প্রোপ্রাইটরশিংনা থৌনা লৈবা মাইপাক্কদনা, মীতাবু কন্ত্রেক্ট বেসিস্ত ইডিটর হাপতুনা পাও-চে অতুগী মীংচং থমনবা, মশিং চংপা হেঙ্গৎনবা তাঞ্জা কয়া লৌই।

পাও অম ফোংলুবদা মতুদা লাকপা শিংনবা অতুগ কেস-নচিংবা থাঙ্গৎলকপদা ইডিটর অমদি পব্লিসরগী মথক্তা লাক্কনি

খুদোংথিবা কয়া লৈগনি থক্লবসু পাও-চে অমদা থবক তৌরিবা পাওমী অমনা পুক্লিংদা ইডিটর অম ওইবগী মাখলদি অয়াম্বা মতম থন্দুনা লৈ। করিগুম্বা ইডিটর অম ওইবা ফংলবদি জর্নেলিজমগী লমদা খোংদারকপগী মহৈ য়াম্লে হায়না লৌনৈ।

ইডিটর অমনা পাও-চে অমগী ড্রাইভরগী শক্তমসু লৌই, অতুনা মতম চানা ব্রেক কাউবা মমাই চুম্বা তাই। করিগুম্বদ, বেস অম থেংনত্তুনা চেম্নবা মতুদগী স্নাই পিরবদা জেলদা ফাওবা চংবা মতাং কয়া থেংনব য়াওই। অতুনা ফম অসি চৌবসি ইংনা তপ্প মতম লেল্লগে হায়বা অমদি নত্তে।

থাঙ্গৈশিংনা লুরবা ফম অসি লৌবদা থোয়দোক্ল অকক্লবা নিয়ম অমদি লৈতে। মহৈগী থাক অদু অসি ফাওবদি ওইদবা য়াদে হায়বসু য়াওদে। ইডিটর অম ওইনবা মপুং ওইবা থৌদাংদি চুমগী দিক্লারেসন অমথক তৌবহুনি। কানগুম্বা হায় নিংথিনা লৈরবা পাও-চে অমগী ইডিটর ওইবহুদি পাও-চে অদুগী মপু অদুনা অয়াবা অম পিবগী বানি। অদুবু কনাগুম্বা মীচম অমনা পাও-চে নত্রনা মেগাজিন অম পুথোক্লগা ইডিটর ওইগে হায়রবসু মহাক্ল সুপ্পগী দিক্লারেসন অমথক তৌরগা মশানা অদুম ওইজবা য়াই। অম্মু অচম্বা দিক্লারেসন অম তৌরগা ইডিটর অম ওইবসিনা কনাগুম্বা মীওইশিংনা শিনফমগা চানৈ চানদে থন্দনা ইডিটরগী মীংহুত পাম্বদগী মশানা মশাবু ইডিটর অম হেক্কা শেমক্কে। অসিগুম্বা মশানা মশাবু শেমজবা মওং অসিনা ভারতনা জর্নেলিজমগী লমদা খোংদারকপদা তোয়না থোকখি। হৌজিক্কী মতমদসু মসি অদুম লৈনরিবনি। অম্মু ওইরকখিবা ইডিটরশিংনা থুম্নাই অমদা কান্নরবা শিংথাবা য়াওবা পাও-চে কয়া অমসু থমহুনা দিমোক্রেসিগী পাঙ্গল হাপতুনা লৈরিবনি।

পাও-চে অমা ফোংবদা নিংথিনা মপুং ফানা মাইকৈ থুদিংগী তোৎশিন য়াম্লিবা পাও ফোংবা হায়বহুদি ইওম ঙমনদে। মাইকৈ খরগী পাও ফোংলগা মাইকৈ ১গী পাও হেক্কা চিংথরিবনি। মসিদা অপাবশিংনা ইপেন হেক পেনবা ঙমদে। মরমদি পাও-চে অমনা কপী লাখ অমগী মথক্কা চংলে নত্রগা মিলিয়ন অম চংলবদা মহুগী তোঙানবা মত পিবা মী মিলিয়ন অম লৈরে অদুনা মী মপৈ-মপৈশিংদুগী কুরি অপাম্বনো হায়বহুগী বাখলসু পাও-চে অদুনা পিনবা হোৎনবদা ইডিটরদুগী পাকচাওবা বাখল পুথোক্লবা য়াদে।

ইডিটর অমগী খুাইদগী লুবা রাফম অমনা মহাক অতু মীচেনদি ওইরোইদবনি। মহাক্ক করিগুম্বা ফোংদোকপ্রবা চুম্মী হায়না খনবা রাফম, পাও নত্রগা রারোল অমদা কিবদগী নত্রগা তুংদা কংগদবা করিগুম্বা খর রাইচিনগদবা ফল অমগীদমক্তা মাগী দাইত্তু করিগুম্বদা, কদৌডৈদা সরেন্দর তৌরোইদবনি। মহাক্ক ফোংখ্রবা পাও অমদা মশানা পুময়েং য়েংহৌবা ঙমখিদ্রে হায়তুনা নত্রগা চমসু-ঙম্ব হৌনখিদ্রবা অমদা অতৈদা থংজিল্লগা লৈথোক্লবা হোং-নতুনা চনবদি শুকতৌ-তৌদনবা হোংনবা অমদি লেপ্প তাই।

## শিংনরকপা

ইডিটর অমনা নংোন্দা করিগুম্বদা মপান্দগী লাকপা য়াবা মতুগ সরকারদগী ওইবা য়ায় নত্রগা কনাগুম্বা মীওই অমদগী ওইবা য়াগ হায়বা চীরোল, শেঙ্গা থুনঙ্গা, নত্রগা মাবু মপুন্নিং হোংনবা মওংমী ইখিল, মতুদগী হঙ্জিল্লক্রুনা বিহনবা পুন্সিদা শিংনবা থৌদোকশিং, টেলিফোন্দা থপ তৌরকপনচিংবশিংতুস্ত থংনা চৎপা তাই। লাক্লনি থংনা লাকপা বিহনবা কয়াতু লাক্লবসু লাক্ল-লাক্ল মতুদা হংথনা লাকশিন্নবা হোংনগদবনি। অতুগা অসিগুম্বা থপ তৌরকপা, কহনবা, শিংনরকপা অমদি চিরোলশিং অসিদা খুাইদগী লাইবা লাকশিনবা অমদি লোয়শিন্নবা উপাই অমথক অতুদি পুন্নক অতু করিনত্তা থওই রাওইদনা খুন্সা অমদি মতুদা কিদনা লৌশাদবগা লোয়ননা পুন্নক অতু ফোংদোক্লগা মতু মতুং তৌদনবা নিংশিংখিবা অমদি অদুগুম্বা চাওখংতবা লৈবাক নগা তাদনা র কমদু তৌগনু হায়না ইথোকপা ( Be damned and published ) [illegible] ওইগনি। পাও-চ অমদা থমকা তৌবা ইডটরদা [illegible] দা তুমীম্ন লৈথোকপা তারবদি মদুদা পাও-চেপী মনিং-তা [illegible]।

অদুগা তৌরক্লিবা মীওইদুনা ইডিটরদবু য়াম্না হন্থব মীওইনি, কিহল্লগা য়াবনি লৌদুনা মতুংদস্থ কয়াবক তৌরক্লগা পাও-চেদুগী পাঙ্গল শোস্থরকনি হায়বদু ইডিটরদুনা খংগদবনি।

অদুনা ইডিটর অম ওইবদা খ্বাইদগী মতিক-চাবা মগুন্দি পাও-চেদু মঙং-তানা পুথোকপা শুম্বা থৌনা লৈনা ফোংবা ঙম্বা, শিন্দোক-শিঞ্জিন হৈবা কিগন্দবা অমদি ইবগী তোপ তোপ্পা লোন্দা অম লৈজবা হায়বনি।

মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবদি ভারত্ত মনিং লৈথ্রিবা ইডিটরশিংগী য্বারিদুনি। রোবার্দ নাইটনা অহানবদা "টাইমস ওফ ইন্দিয়া" পোবহনখিবা মতমদু মহাক পাও-চেগী জ্ঞান লৈবদগী তৌথিবা নত্তে, মহাক চুন্নগী মীচম অমগী থাক্তা হীংলম্বনি। "আমৃত বাজার পত্রিকা" লিংখৎখিবা মচিন-মনাও অহুম হেমন্ত-কুমার ঘোস, সিসিরকুমার ঘোস, অমদি মোটিলাল ঘোস, পাও-চেগী খংহৈরবা মীশকশিং নত্তে। অহানগী অসি চুন্নগী ইনকম টেক্স লোয়শঙগী ইমপ্লোই ওইরম্মী। কুমজা ১৯০৫ দা "হিন্দু" পুথোকখিব শ্রীএস, কষ্টুরি রঙ্গ আয়ঙ্গর সুপ্নগী উকিল অমনি। ভারতকী ওইনা শিংথবা য়াবা পাও-চেশিং পুথোকখিবশিংগী অহানবা ইডিটর ওইরকখিবশিং সুপ্নগী হায়রিনা। দিক্লারেসন অম তৌরগ ওইখিবা ঙাক্তনি। মতম অদুদা ইডিটর ওইথিবশিং অদুনা য়াম্না এক্সপরিয়েন্স লৈব মীওাশিং ওইত্রগস্থ মখোয়না অচৌবা দাইত্বশিং লৌদুনা বৃটিস সরকারগী মায়োক্তা থৌরবা য্বারোল কয়া ফোংখি। অহুম্না ইডিটরশিংনা পাও-চে অম হেক্তা পুবগী চংনবীদা কয়া খুংলে য়রবা হৈরবা মীতাশিং ওই-রমগদ্রস্থ মীমদদি পাও চেগী লমদা অচৌবা লমজেল অম লাকপদগীদি ইডিটরশিং খনবদা হান্ন পাওগী (জর্নেলিজমগী) লমদা খর তেন্ন খোংদরক্রবা মগুন খর খংলব। পাওমীশিংবু খনবগী চংনবী অমদ লাক্তবনি।

মনিপুরগী ওইনবদি ইণ্ডিটরশিংগী মরক্তা অয়াম্বন মশা-মশান ইণ্ডিটর ওইবা প্যাম্বদগী দিক্লারেসন অম হেক্ত তৌরগা ওইনা মশিং হেন্না লৈ। ইণ্ডিটর অমা ওইরগা চপ চাবা দাইত্ব লৌতুনা থৌ পাংথোকপা থৌনা লৈনা ইবা, অমদি নীংতম্ন ইবতুগী মহাওন্থ উবা ইফং ফংনব্রি।

ইণ্ডিটর অম ওইরগা চুম্নগী ইণ্ডিটরিয়েল ইরগ পাও-চেঙ শোয়দনবা পুথোক্লগা লোইরে থনবা অমদি অয়াম্বা মতমদা চৌক্রিদা ফমজুনা লৈথোকপত্তুদি মহাক্কী চপ চাবা মথৌ নংত্তে মশানা দিক্লারেসন তৌরগা প্রোপাইটর ইণ্ডিটর অম ওইরে হায়তুনা সরকারগী খুত্তুং ইন্দুনা প্রো-সর্ভনমেণ্ট পাও চে ওইনা হিংনবা হোৎনব ইণ্ডিটরতুদি ইণ্ডিটর অশেংবতুদি নত্রে।

ইণ্ডিটর অমনা মাগী পাও-চে অতু মশক শেংনা থৌনা লৈবা পাও চে অম ওইনবা চেকশিন্ন হোৎনবা মথৌনি। মহার পাও চেতুগী ষ্টাফকী মীওইশিংগা মুংতিগী মীতিন তৌতুনা উনগনি মথোয়না মক ওইবা পাও ভসিগী পাও চেদা য়াওহৌদব ভতু। মথোযনা থৌশা-রাশাদবদগী মাংখিব পাওশিংতু নিংশিংগনি, মতুংদা অসিগুম্বা খুদাং চাবা মাংহন্দনবা হায়গনি। ইণ্ডিটরিয়েল ষ্টাফশিংগা মীতিন তৌতুনা ইণ্ডিটরিয়েল পোলিসি নৈনগনি। নিউজগী ষ্টাফশিংগা ফম্মীনতুনা অৱাৎ-অপা তান্নগনি। এদভরতাইজমেণ্ট ষ্টাফক উন্নগনি অশোয় অভাম য়েংশিল্লগা মেনখৎনবা পাও তাকপগনি। মপুং ওইনা পাও-চেদুগী লমাই খুদিং কলম কলম খুদিং মচেৎ মচেৎ থুগাইরগা অৱাৎ-অপা লৈরিবশিং উত্তুনা খন্নবদা য়াওহৌগনি।

ইণ্ডিটর অমনা প্রজাশিং মক-ওইনা মাগী পাও-চে অদু ...রিবা প্রজাশিংগী মীহুন থংনবা হোৎনগনি। পাও-চেদুগী ...মদা প্রজানা করি ভাংনব্রিপা, লৌনরিবগে হায়বসু থংগনি

মহাক অসি মীয়ামগী মীহুৎ অমনি লমজিংবা অমনি হায়ন লৌগনি। মহাক্না ষ্টাফ অদুগী লুচিংবনি হায়বা কাওথোক্তুনা পাও-চে অদুগী মওং-মতৌ, লেপ্পব শক্তম অদু শেম্না তাবনি। মহাক্না ফীদম-নিঙাই ওইবা শাজৎ চৎপ ঙমগদবনি। মতম অয়াম্বদা মীয়ামগী অপাম্বদা থবক তৌরিবা ইডিটর অমনা অপাম্বনি হায়দুনা কাংলুপ অমগীদমক কাংলুপ অম শোক্কদবা রাযম পুথোক্তুনা ফেংনবা হোৎনবোইদবনি। সবকাবগী অশোয়বা থৌবাং থৌদা, নৈনদুনা ইরবসু অকব মতাংদা শোগৎপগী তাঙ্গাসু লৌগদবনি।

ইডিটর অমনা সরকারগী খ্বাইদগী রাংবা মীশক অমদগীনা তোল্লবা মীচম প্রজা অমগসু উন্নবগী দরকার লৈ। কবিগুম্না মতমদা মহাক্না মীয়ামগী মীতিন্নচিংবদ রানচিংবা ঙাংবগী তাঙ্গা ফাওবা লৌগদবনি। সরকার পাইরিবা মন্ত্রীশিংনা হুমিদাংগী চাকলেনগী থৌরাং তৌদুনা ইডিটরশিংবু উন্নবগা মখোয়গী রাখল করিনো খংনবা হোৎনব বয়া লাক্লবদি চাক কৌরে হায়বগীদমক মন্ত্রীদু নত্রগা সরকারদুদা হেক্কিন্ন থাজনবা অমদি ইডিটবনি কাও থোকপা রাখল তাক্তনবা খনগদবনি।

পাও-চে অমগী ইডিটর ওইবা মহাক অদুগী মশা অদু কামজবা পোৎথাবা য়ানা শংজবা ইরৈ লৈতে। মতম পুম্বদা মশাদু ইচিন্দা চিন্দুনতা লৈ। নোং-হেক ঙানবগা ইডিটরনা মাগী পাও-চেদু পুক্লিং চংনা পাদুনা অশোয়-অঙাম য়াওত্র য়েংশিল্লি।

অয়ুক পুং ১০ দা ওফিস কারক্লগা ষ্টাফশিংগা উন্নদুনা বারি বাতাই শাবা, মথং-মপং ষ্টাফশিংগা মতিন অমদি মখোয়গা মথৌ মথং-মথং শিন্দোকপা মথংদা পিরকপা শেমদোক্লবা পাওশিং ফিচর-শিং খন্দোক-খঞ্জিন তৌবা, অম্যুম চৎথরকপা অসিনা লুংশিল ঙাইহাক পোৎথাবা য়াবা মতমদা মাবু উন্নগে লাকপা, উন্নবগী

অয়াবা লৌগ্রবা প্রজাগী নত্রগা কনাগুম্বশিংগা উন্নতুনা মখোয়গী ব্রাকং তাবা অসিমু মাগী মথৌনি।

মতুংদা মুন্নিদাং অথেংবদ অনৌবা পাগুনচিংবা ডাইচুনা মহু হাপ্লবা হোৎনবা হয়েং ফোংনবা পাণ্ডচেচুগী অরোয়বা মমৈগী প্রুফনচিংবা য়েংশিল্লবা। অচৌবা পাণ্ড-চেশিংদদি ইডিটরশিংনা মুন্নিদাংগী চরা চাক্লরগা পুং ৮/৯ দা অমুক লাক্কুন ওফিসতা থবক শুই, মতুংগী ময়ুম য়ৌগ্রগা দরকারগী মতুং-ইন্ন ওফিসতা অমুক লাক্কুনা পুং ১১/১২ ফাওবদা অশোয় অভাম য়েংশিল্লি।

অতুনা ইডিটর অনগী মথৌসি হায়রুমদনা মতম চংব শংগন্দবা পুং ২৪ থবক্তা লৈবগা চপ মান্নব হায়বচুনি। অতুমক মহাক্না ন্নংঙাইরব স্পোটসকী নত্রগা কতৈ হ্রাও-কুম্মৈ অম নত্রগা পামজরবা ফিলম অম ফাওবা চনীং-তানা য়েংজনবা মতম কায়-থোকপ ওন্তোক্ল লুনবা জাংনি। অসিগুম্বা অরেম্বা মতম কাই-থোকপ ডমদ্রব ইডিটবগী মথৌ অসিদা নিংবা কাইরবা 'Times of India' গী ইডিটর শ্রীগীবিলাল জৈইন্ন অসুম্ন ফোংদোকখিব লৈ, মতুদি মহাক্ল থা ১৫ গী মনুংদা নুমিৎ ৪ দং ছুতি লৈখি, অতুগা ফিলম অনিশক্কুমক য়েংবা ঙমখি।'

পাণ্ড-চে অম মনিংতম্মবা অমদি হীংনবা হোৎনবদা অতুগা মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা হোৎনবদা, ইকং মাংদনবা হম্বদনবা হোৎনবক্তা ইডিটর অমনা লৌবা থৌদা অসি শিংথাবদা লোইশিনবা ৱাগনি।

কলকতাদা ফোংবা আনন্দ বাজার প্রত্রিকা গ্রুপ ওফ পব্লি-কেসননা পুথোকপা 'Sunday' মেগাজিনবু মমিং লৈনবা হোৎ-নখিবদা ১৯৭৬তা মথংগী চহী ২৫ দা ডাইখিবা M. J. Akbar না ইডিটর ওইরগা হোৎনরকখিবা থৌদাংতু অঙকপনি। M. J. Akbar না 'Sunday' মাইপাক্ক পুথোক্লবা মতুংদা 'Telegraph'

কৌবা মুংতিগী চেফোং অমসু মাগী ইডিটরসিং মথাদা পুথোক্লুনা অনন্দ বাজার গ্রুপ ওফ পব্লিকেসনগী হৌজিক্কি মশা নল্লব মমিং লৈবা মুংতিগী ফোংবা পাও-চে অম ওইরক্লে। অদুনা পৈশা যাম্না লৈরবসু পাও-চেদুগী ইডিটরদুনা যত্রবদি পাও-চে নত্রগা মেগাজিন অমনা মমিং লৈবদা হেক্তা অপনবা অম ওইবকই

অসুক পোংথাফম খংদ্রবা পাও-চে অমগী ইডিটরনা অমুকসু কীদম্নীঙাই ওইবা (আইদিয়েল) ইডিটরগী মখল অম লৈ, মদু ওইনবসু য়োংনবা তাবনি। কীদমনিঙাই ওইবা ইডিটর অমনা মহাক্না বৈদোইদসু চিবোল তৌবা, তাং-তোক্তুনা অমদি চং খোইনপদুনা সরকারগী মন্ত্রী, ওফিসার অমদা। ওইজবা খবরগীদমক কোক নোল্লোযদবা অদুগা। মহাক্না মহাকী মত অদু চিংনদনা ... শুম্বা তাবনি। লোয়ননা মহাক্না ছুতি লৌবিদবা অদুগা চংশোক খ্রিইদ্দা পাও চেদু পুথোকপদা লাকখিবা খুদোংথিবা প্রেসনন চ ব অমদি অতৈ রেস্পোন্সিবিলিতি পুম্বসু ... না। যানা লৌগদবনি

## পাওমী (Newsman)

পাওমী (Reporter) হায়রগদি পাও খোমজিল্লিবা অমদি মদু ইথোক্লিবা মীওই অদুবুনি। পাওমী অম ওইরবদি মহাক্না খুল্লাই অমদা তৌগদবা থৌদাং অদু যাম্না শিংথানিঙাই ওইবনি। পাওমীনা পাও-চে অমবু থবাই হাপলিবনি। পাওমী লৈত্রবা পাও-চে লৈত্রে হায়রবনি। পাও-চে অমনা নিংথিনা মাইপাক্না মীয়াম্না পান্না থোক্নবা ইমলিবসি পাওমীশিংগী মপান্নগীনি।

অসিগুম্বা পাও-চে অমগী থবাই হাপালবা মীওই, পাওমী অসি শিনফম অসিদা চংলুবগদি চপ চানা মাইপাক্নবা পাওমী

অম ওইবা তাই। ওইনবা হোৎনবা তাই। পাওমী অমনা খুম্নাই অমগী অক-কণ্ড মুন্ন খংনবা হোৎনবা তাবনি। লম্নীং-ঙুমীং মক-ওইবা থৌদোক বাথোকশিং খংজিনগনি। মরু ওইবা মীওইশিং খংবা অমদি মকুম ওইনসু য়াই। মহাক্ল লমদমতুগী রাজনীতি রালশিং অদুগা মন্ত্রী এম এল এশিংনা চংলিবা শাজং মখোয়গী পোরম পোমীং খংনবা হোৎনগনি। লমদমতুগী মহৈ তম্মীবগী মওং, পুলিসকী কোর্টকী থৌরম খংব তাই।

লমদমতুদা পাওমী অম থোকপদা কদাইদা নত্রগা কদোমদ চংলগা পাও লৌগদগে অদুগা কনাদগী চংলগা পাওদু ফংগদগে হায়বদু পাওমীগী খংগদবনি।

মৈতৈ অমগী মকোক ওইরিবা গভর্ণর সরকারবগী মকোক ওইরিবা চিফ মিনিষ্টরনা চিংবনা অচৌবা কেন্দ্রা অমদা চেন্নরদ মাগী খুং য়াংবা অদুগা পাওমী অদুগী মমপ অমনসু জুবানবা য়াওবা পুন্নমক অদু পাওনা, অদুনা নানা মরপ মপাংদগী পাওদা হেন্না দরকার ওই, হায়দা নৌমদ লৈদনে। অদুনা অস্তুম্না হায়নবা লৈ মদুনি "A good News Paperman has no friends and has no anemies" অদুদগী পাওমী অমনা মরুপ মপাংদগী অচুম্বদুনা মাগীদি তৌদব য়াদবা মথৌনি, অচুম্বদু লৌবদুনি, থাদোকপা য়াদবদু, অদুনা "He has no friends- but the fruth" হায়নব লৈ ৱাফমশিং অসি ঙাক্ল চংনবা হোৎনবা মতমদা পাওমী অমনা থৌনা লৈবা, অপুনবগী রাখল লৈবা, খংনিংবগী রাখল লৈবা, অমদি মওং মরিম নাইদবা, চয়েৎব রাকম্মচিংবগী মওংদা লাইনা খংবা শুনবগী বুদ্ধি লৈগদবনি।

পাওমী অম ওইবা তানবদ তিংজিন লাইচেন্দবা মীকব ওইগনি। থবক অম হেক চংলুবদা, পুং খবাং পাও লৌবদা মশা নাগনবা চোকথগনবা মীওই ওইরোইদবনি। বাংলা অমা

পুক্নিংগী খাংবা ঙম্বগী শক্তি নিংথিনা লৈগদবনি। পাওমীদি মতম চুম্মদ থবক শুই, পুং শাংনা মথৌ তৌই। লৈরু লৈরুবা মফমদ য়ুম্মদা ওফিসতা লমদা লেম্ম লৈবা য়াবা থবক নত্তে। অদুনা নিংথিনা খাংবা কনবগী গুন চেনবা মতা চংই।

করিগুম্বা মথৌগীদমক্তা মঙোন্দা শিন্নবা থবক অম হায়রবদি খুদক্তা অরাপ্প মফম অমদা ষ্টেটকী রাংমদা নত্রগা মনুংগী মফম অমদা দরকার লৈবদ চংনব হায়রুবদা মতুদা চংনবা রারেপ লৌবগী থৌনাতু লৈবা ঙমগনি। মহারু মফমতুগী পোলিতিকেল লুচিংবশিং, সোসিয়েল রার্করশিং, সরকারগী মকোক থোংবশিং, ষ্টেটকী মন্ত্রীশিং, চিফ মিনিষ্টর ১দি প্রাইম মিনিষ্টরনচিংবা ফাওবা দবকার লৈরবদি উন্ননবা শেম শাগদবনি মতুদা থকৎপা পুক্নিং শোন্থবা তৌরোইদবনি।

মথৌ তৌনবা হোৎনবদ, তৌবদা পাওমী অমনা ইবাং হৌরকপ মরক্তা চংতুনা নত্রগা লাল মবক্তা ফাওবা চংতুনা অংকপা পাওতু লৌনবা হোৎনবা, শেমশাবা ঙমগদবনি। চুম্নগী পাওমী অম ওইরে হায়তুনা ওফিসত লাবপা পাও লৌবা, অঙম্বা খরদং চৎপ মীয়ামগী মীত্তিন, অচৌবা থৌদোক রাথোক্তা বার্তন তৌরক্তে হায়তুনা চংলরোই হায়রদি মহাক্না মরু ওইবা পাও কয়া নাম্থোকপ শোয়দ্রে। অদুনা মহাক পাওমী অম নত্তবগুম্ম লৈরে হায়গনি। মরমদি পাওমী অমনা হেক তাবগা চেন্সিন্দুনা পাও লৌনবা হোৎনবা থাদোকপা য়াদ্রবা মথৌনি মাগী তারগেটত্তি পাও অদুনি।

হৌজিকী নতমদা নিংথিনা মমিং লৈরবা পাওমী অম ওইব ঙমলবদি থুম্নাই অসিদা শিংথাবা মারবা মীওই অমনি লৌনরে। অদুনা মমিং লৈরবা পাওমীশিংধু অচৌবা পাওগী এজেন্সিশিং নত্রগা পাও-চেশিংনা নিংথিরবা ভানবনচিংবা শিনরিবনি।

## মহৈগী থাক

জর্নেলিজম হায়রিবা শিনফম অসি পৃথিবীনা অস্থুম চাওখৎ-লকপগী মতিক য়াম্ন পাম্নরবা শিনফম অমস্থ ওইরক্লে। পাওমী অম ওইনবা হোৎনবদা তম্নাবা কয়া খংলবস্থ শিনফম অসিনা চমথ্রবা মীচম প্রজা অমদগী প্রাইম মিনিষ্টর, অমদি প্রেসিদেন্ট ফাওবা উন্নবা য়ান্নবা, শকখং মাইথংনবগী খুদোং চাবা লৈবা শিনফম অমস্থ ওইবে।

জর্নেলিজমগী শিনফমদা চংব অতুগা পাওমী অম ওইবদা মহৈগী থাক য়াম্ন ৱাংবদি দরকার ওই। করিন হায়বন্থ ইবদা নিং-খিনা গ্রামার লান্দনা ইনবা, নিংখিনা জ্ঞান লৈননা হোৎননবা, ওম্নবনি। মসিগীদমক্তা আমেরিকা, বৃটেন্নচিংবা লৈবাকশিংদদি জর্নেলিজমগী স্কুল কলেজনচিংবা কয়া থমতুনা জর্নেলিজমবু করিকুলম অম ওইনা থম্নরে। ভারতস্থ ইউনিভরসিতি খরদা দিপ্লোমা কোস অতুগা ডিগ্রি ফাওব জর্নেলিজম তম্নবা থাক লৈনবা য়াওরে। লমসিদা খরাই য়াওবশিংবু অওম্বা ত্রেনিং পীনবা Unesco না শিন্দুনা ১৯৫৬ তা জর্নেলিজমদা ত্রেনিং পীনবা ইন্টরনেসনেল সেন্তর অম Trabourg তা হাংথোকপ্রে।

১৯২০ দা ডাক্তর অনি বিসন্তনা ফাউন্দর ওইরগা মদ্রাজগী অদয়ারদা নেসনেল ইউনিভরসিতি অমা লিংখৎখি, মসিগী অহানবা চান্সেলরদি রাবিন্দ্রনাথ তেগোরনি, ডাক্তর বিসন্তনা প্রো চান্সে-লরনি। ইউনিভরসিতি অসিগী মথাদা জর্নেলিজমগী ডিগ্রি কোস´ অম য়াওখি, মতু চহী ৫ গী মতুংদা তোকখি। ডিগ্রি অতু লৈরিবৈ

মতমদ তনখিবা জর্নেলিজমগী সবজেক্টতি, জর্নেলিজমগী ইতিহাস প্রেস, লো, ইন্ডিটরিয়েল ইবা তম্বা, অমসুং পাও-চেগী এদমিনি-স্ট্রেসননি।

মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবা অমনা 'New York Times' গী ৱাশিংটন ব্রাফনা পাও চে অসিদা লৈবা ইউনিভরসিতিদগী থাক্কী শিংথাবা য়ারবা ডিগ্রি কয়া পাইরবা পাওমী কয়া অতুগা অৱাংব থাক্কী মহৈ নীংথিনা তমহৌদ্রবা মীওই কয়া অমগা লোয়নতুনা লৈবদা মখোয়শিংতু নাকল অনিমক চপ চানা অমনা অমবু হেন্নদনা মখো পাংথোকপগী ৱাফম পীখি। নিংথনা মখোয়না পাংথোকখিবা মথৌশিংতু রেকোর্দ তৌতুনা য়েংবদা মখোয়দা পাওমী অম ওইবদা চংদবা য়াদবা গুণ থর ভেতালিতি, দ্রাইব, এলিবনেসনচিংবশিংতু লোয়না চেনবা উখি। অতুনা কনাগুম্বা ইউনিভরসিতিগী ডিগ্রি ৱাংনা পাইবব মীওই অমনা পাওমী ওইব তারবসু মতোন্দা পাওমী অমগী গুণতু য়াওদ্রগদি মতিক চাবা পাওমী অমদি ওইরোই। পাওমী অম ওইবসি মীনম্বা য়াদবা ৱাফমদা লৈ। মহাকসি মীয়াম মাংদা লমজেন চেনবা মীওইগুম্বনি। মিটব ১০০ গী লমজেলদা ফাই তারবা অমগুম্ন মহাক্ক ইরকপা পাও অমদি ৱারোল অতুনা মাগী মগুণ অতু থংনগদৌরিবনি।

পাওমী অমনা মরু ওইনা দরকার লৈরিবদি ফোংগদৌরিবা পাও চে অতুগী ইগদৌরিবা লোল অদু নিংথিনা মচু তানা থংবা অমদি ভাংবা, ইবা ভম্বা, য়ামদ্রবদা লৈবাক অদুদা ভাংনবা মরু ওইবা লোল ২/৩ দি থংবা ভমলবদি থোয়দোক্ক খুদোং চাবা ফংগনি। মতোন্দা ইবগী নিংখিবা শক্তি, অদুগা ৱাহৈ ৱাতা ফজবা শিজিন্নব ভম্বগী গুণসু চেনব দরকার ওই।

পৃথিবীদা পাওগী সংসস্থান কয়া লাকখিবা পাও-চে কয়া

মথং-মথং ফোংনরকখিবদ অফাওবা পাওমী কয়া থোকখি। অমদি হৌজিক ভারতা অতুগা পৃথিবীগী মমিং চংলবা পাও চে কয়াদা' ৱাওরিবা অফাওব পাওমী বয়া জর্মেলিজমগী ডিগ্রি নত্রগা দিপ্লোমা' পাইদবনা অয়াম্বনি।

মহাত্মা গান্ধীজীনা ওহানবা ভারত নিংতম্বা ঈহৌ শাগৎপ মতমদা জর্নেলিজম চাওখৎনবা হোৎনখিবতু মহাক্ক করিগুম্বা জর্নে-লিজমগী স্কুল অমগী ছাত্র ওইরগা হোৎনখিবা নত্তে।

ভারতকী অহানবা পাও চে (Bengal Gazzette) পু হিকিমা জনুয়ারী ২৯, ১৭৮০ দা পৃথোকখিবা. অতুগা পন্দিৎ, মদন মোহন মালাভিযনা এলাহাবাদত ১৯০৯ দা 'লিদব' ফেংবদ মালেমসিদা মাঙ্গং লৈহনখিবা অতু মহাক জর্নেলিজমগী ছাত্র অম ওইখিদে। বাল গঙ্গাধর তিলোক, গোখালে, চিতরঞ্জন দাস, ফিরোজ সাহা মেহতা অমদি সদানন্দনচিংবা লময়ানবা পাওমীশিং ট্রেনিং চৎলুরগা জর্নেলিজমবু চাওখৎনবা হোৎনরম্ব নত্তে।

পাওমী অমগী থবকসি ইবনা মরু ওইবনি। ইবনা মহাকী মশুন অতু তাকদোবিদনি। মাসনা শতে অইবগুম্বা মাগীসু অহৈব মতাং লৈবা তাই। মখোয় অাস পোকপদগী থরমখে মগুণ য়াংজাকলবা হোৎনজমন্দগী ফুঙতুনা লৈরম্ব। মগুণ অতু উৎথোক্লগা মাইশাকপা পাওমী অম নত্রগা অইবা অম ওইংগী ৱাতনি।

ইবগী ৱাসিদা, পৃথিবী ফ ওববা উলিয়ম সেক্সপিয়ার অমদি রবিন্দ্রনাথ তেগোর কলেজগী ছাত্র অম ফাওবা ওইখিদে। অসুম্না ওইরবদা হৌজিক্কী ৱাম্ন লুববা থুম্লাই অসিদদি পাওমী অম ওইবসি করিগুম্ব মহৈগী থাক খৎদি হংনরে। য়ামদ্রবদা মুপা নত্রগা মুপীহ বি,এ, ফাওবদি পাস তৌবা মীওইদি ওইব পাম্নরে।

হৌজিক্ত পাওমী অম ওইবা তাববদি য়ামদ্রবদা প্রেস লোল-নচিংবগী জ্ঞান লৈনবা হোংনবদা অমদি অতৈ মরি লৈনবা আইন পুলিস এক্টনচিংবা লোয়ননা জর্নেলিষ্টশিংগী কোদ ওফ ইথিকস-নচিংবা খংদ্রবা যাদ্রবা খবদি খংনবা পাবা তাবনা মহৈগী থাক খয়দি লৈবগী তঙাইফদবা লৈবগী য়ানি।

পাওমী অমগী খ্বাইদগী মরু ওইবা য়াখলদি খংনিংবা উনিংবা, হৈনিংবা অমদি থিজিন খোৎচিন্নিংবা. অসি লৈবসিনি. অদুগা অচুম্বা পাও-পিব হায়বদুনা মাগী চেনবা য়াদ্রবা ধর্ম্ম অম ওইগনি হায়ব অমদি লিংজেল লৈবগী থাদোকপা য়াদ্রব গুণ খবদি লোয়নবদি মাইপাকপ পাওমী অম ওইবগী লমদা থোয়না। পংনোপ নোপ-লয়োই খাল্ল।

## পাও কদাইবু কৌবগে

পাও-চেশিংনা পাও ফোংলি। অদুবু পাও কদাইবু কৌবগে হাযবদা পাক হেক খুম্বদি য়াদবদৌনা লৈ। পাও হায়রগা তশেংনা মাগী শক্তম নত্রগা মাগী ঙমখৈদি অসিনি হায়বদি লৈত্তে। পাও হায়রগা শম্ন হায়রবদা 'হুই অমনা মী অমদা চিকপদু' পাও নত্তে করিগুম্বা মী অমনা হুই অমদা চিক্লবদি মদু পাওনি হায়বনি। মী অমগী পুন্সিদা মাগী মথৌ তৌদুনা মুংতিগী ওইনা পাংথো-ক্লিবদুদি পাও নত্তে পাও হায়রগা শম্ন খংনরিবসি করিগুম্বা ঙরাং থোকখিবা তাদি তাহৌদবা থৌদোক অম। অঙকপা থৌদোক মীয়াম তাবা য়াবা, থৌদোক অদুনা অকাই অতোয় ওইরবা মহৌশাগী পুন্সিদগী অনৌবা মথেল অম ওইরবা, অদুগা থোকখিবা

থংহল্লীংদবা করিগুম্বা অমসু পাওনি। রেডিও, টেলিভিজন্দা থৌদোক ব্রাথোক অমগী মতাংদা লাওথোকপ্রবা, পাও-চেশিংদা হাপ্লুন যোংপ্রবা থৌদোক ব্রাথোক কয়াত্থু পাওনি হায়না লৌনৈ।

চুম্ন মী অম লুহোংবগী মতাংথু পাও ওইদে। অদুগা লুহোংবথুদা কৈন্যা অথুনা ববথু উরকপদা, বর কোইবা হৌরকপদা কৈনাথু ব্রান্থুনা শিখিবা থৌদোক, পোৎ-লৈবা চৎখিবা মীদু গাড়ীনা তক্কুনা শিরে হায়বা তানিং উনিংলবা ব্রাফম অম লাক্লবদি মদু পাও ওইরে।

মীওইগী পুন্সিগা মরি লৈনব, মীহাৎ-মীপুন, শেল-থুমগী মুপীগী ব্রাথোকচিংবসি পাওগী কাংলুপ্ত লৈ। এম এল এ অম মন্ত্রী অমনা লম্বীদা যু ডাওদুনা লৈবম্বা, চিফ মিনিষ্টরগী মশানা দ্রগ চাবম্বদগী ফাববা, মশানা য়াদবা মুপী নমদনা চীংবদগী ব্রাথোক থোক্লব।

## ফাগি অমদি নোকনিংবা পাও

মথল অসিদা লাকইবা পাওদি, কায়তুনিষ্টনচিংবনা, পুথোক্কুনা মন্ত্রী অমা নত্রগা ওফিসিয়েল অমনা চুবদবা তৌবদু অমদি মদুদগী থোরক্পা য়াবা থৌদোক খর য়েক্কুনা তাকপ। মদুনা পুক্কিং লৌশিং ওইবা য়াবা মওংদা উৎপদু।

## পাওগী মনুংদা অচৌবা পাও

অচৌবা পাও কয়িনো? শম্লপ্পা খুদম খরদি, শ্রীরিশাং কৈশিংগী কেবিনেট মন্ত্রী ৩ ফম থাদোকখিবা। আসামদা চহী ৩৫ দা ভাইরিবা শ্রীপ্রফুল্লো মহন্তনা চিফ মিনিষ্টর ওইনা ৱাশক লৌখ্রে। পুলিসকী অপুনবা ফোস অমনা রেদ তৌবদা পি এল এ গী মরু ওইবা মীওই ২০ গা খুৎলাই কয়া মরুগা কোম্লনা ফারে হায়রব।

পঞ্জাবকী গোল্ডন টেম্পলদা সিক্যুরিটি ফোসশিংগা গোল্ডন টেম্পলদা চংবগীদমক মন্ত্রী ৪ ফম থাদোকখ্রে। পাও হাপ্প মতমদা পাওচেশিংনা মরু ওইনা সরকারগী অচৌবা থৌদোক রাথোক, রাজনিতিগী রাফম কয়ানা মকোক্ত হাপনৈ, মসগী মরু ওইবা মরমদি পোলিতিসিয়ানশিংনা লৈবাক সাসন তৌবা অসিদগীনি।

## পাও লৌবা, লৌনবা শেম শাবা

জর্নেলিজমগী শিনফম অসিদা খোংদরকপদা খ্বাইদগী মরু ওইরিবসি পাও খোম্বা, লৌবা, লৌনবা শেম শাবা অসিনি। পাও কোংলিবা মক্তোং অদুগা হাপলিবা মহাপ অদুনা পাও-চে অদুগী মমিংবু মীয়ামদা নিংশিংহল্লি। অপারশিংনা য়াওরিবা

পাওদু মচা খাইত্র মচন শুনা য়াওব্র, অথেংবা থৌদোক অদুগী পাও য়াওরকপ্র হায়বসি অহানবদা হেক্তা য়েংনৈ। অপাবশিংনা পাম্নরিবা পাও অদু ফোংনবা মচাক অদু ইথোকপস্থ মখোয়গী মথৌ ওই।

পাওমীশিংনা মতম মতমগী ওইনা পাও লাকপা য়াবা মক্ষমশিং নিংখিনা থংগনি। লম্নাই সংস্থানশিং লোবেল বোদ, সবকাবগী লোয়শঙশিংগী মমিং লৈযম খংবা তাই। তাঞ্জা তাঞ্জাগী ওইনা হায়রিবা সংস্থানশিং অদুগা ওফিসশিংদা চত্তুনা পাও লৌবা য়াই। চৎলগা পাও লৌবত নত্তনা প্রেস রিলিজনচিংবা কয়া অম থোক্তুনা পাও লৈরে হাযদুনা মীয়াম নত্রগা করিগুম্বা সংস্থান অমনা হেক্তা তাক্লবস্থ য়ান্ন তোয়ববা চৎনবী অমস্থ ওইবে। লম অসিদগী পাও কোম্ন ফংবা কয়াম্ন য়াওবি। পাও লৌবা মতমদা পাওমী ১না শমনা য়েংগদবসি মচাবশিং অদু শেংনা য়াওবত্র লান্দ্র, অচুম্বা ভাক্তা ওইরত্র চিংথৌদ্রত্র হায়বসিনি।

পাও লৌবা চৎপদা মশাদো বোলপেন অনিদগী তাদনা পুগনি নোট বুক লোইনগনি। অদুগা পাও লৌবা হৌরকপ মতমদা পুক্লিংদা ব্বাহং খর হংলগা মদুগী পাওখুম শুনা ফংলব্র হায়না হংগনি। হংগদবা ব্বাহং খরদু দঃ— Who, What, Where, When, Why and How হায়রিবা ব্বাহংশিং অসি হংবা মতমদা থৌদোক অদুগী মরিক চুম্বা রিপোর্ট অদু মতোমত্ত চোংথোকচরক্কনি। W ৫ অসিগা H অমসিগ চিংশিল্লগা পাও অদু করম্ন পিগনি হায়বদু হেক্তা লাইনা লাক্কনি। মওংদি:—

**ইম্ফাল মে ২ ঃ—** ঙসি অয়ুক পুং ৬ রোম তাবদা পুলিস পার্টি অমনা চিংনবা মীওই খরনা শেল খায়বা চৎলে তাবদগী রেদ তৌবদা বৈব্বাও ক্লেন্দ্রগী উরুপ্তা লৈবা মহমদ তোম্বগী য়ুমদগী গ্রিপাক্কী মেম্বর ৪; রিভোলভর ২, গ্রেনেদ ২ অমদি দিতোনেটর ১৫ অমদি

লিটরেচর খরগা লোয়ননা ফাবে। মখোয়না মহমদ তোম্বগী যুমদগী লুপা ৫০০ লৌরিবৈদা পুসিলনা কোইশিন্দুনা ফাখিবনি। ফাববা মীওইশিং অদুদি লোয়তোংবম চাওবা চহী ২৪, অপোকপা শ্রীএল বিধু শিংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাই, থোঙাম মোবী, চহী ২১, অপোকপা শ্রীটি ঐচ, য়াইমা তেবা কৈথেল, মোইবাংখেম তোমচৌ চহী ১৮ অপোকপা শ্রীএম, কুঞ্জো পুখাও, অমদি সগোলসেম য়াইমা, অপোকপা শ্রীএম মনি উচিরা ময়াই লৈকাই অসিনি।

পাও লৌবা চৎপদা পাওমীদুনা মতম খুদিংদ মশাবু মশক তাক্কদবনি, "I work for the IHOU and my name is ... ... ... .. ... can you tell me, please, if .. " অসুম্ন "ঐ ইহৌগী পাওমীনি, মীংনা .. ... ... ... ... কৌই য়াববদি সিমত হংজগে, হাযবিবা য়াগদ্র?" হাযদুনা হংব মতমদা পাও পিগদৌবিবা মীওইদুনা চিংনব লৈরবস্থ কোকপা য়াবগী রাফম লাক্কনি। অদুগা পাওমী অমনা মশাবু মশক তাকপদা নাথৈ শেংনবা পুলিসনচিংব অদুগা অতৈ সংস্থানশিংদা চংবদা চিংনদনবা মশাগী আইদেন্তিটি কার্দস্থ লোয়নগদবনি। লোযনন ফুরিৎখাওদা টেলিফোন্নচিংবা তৌরক্কবা পৈশা খরস্থ লোইনগদবনি।

# পাওমীশিংগী ইথিক্স

## Code of Ethics

প্রেস কমিসন্না পাও-চেশিং অমদি রার্কিং জর্নেলিষ্টনা মথৌ তৌবদা নিংথিরবা থাক অম থম্নবা অতুগা মতু ঙাক্ন চৎনবা অকনবা মীৎয়েং চংখি। কমিসন্না অহানবদা ইন্দিয়ান ফেদরেসন ওফ রার্কিং জর্নেলিষ্ট অমস্তুং অল ইন্দিয়া নিউজ পেপর ইডিটরস কনফরেন্সন শেম্বা কোদ ওফ কন্দক পুথোকখি। লোয়নন কমিসন অসিনা মতুংদা ইউনাইটেদ নেসনস সব-কমিসন 'ওন ফ্রিদম ওফ ইনফোর-মেসন এন্দ ওফ' দি প্রেসনা, শেম্বা কোদ অমস্তু য়েংলগ প্রেস কাউন্সিলনা পুক্লিংদা মথাগী নিয়ম খরসিবু পাওমীশিংগী কোদ ওফ কন্দক (ইথিক্স) ওইনা থাঙ্গৎখি :—

(১) প্রেস হায়বসিনা ময়ামগী মত খোল্লাও অতু শেনগৎনবগী অহানবা খুৎলাই ওইবমা পাওমীশিংনা থম্মোয় শেংন মখোয়বু সরকার ওইবা মতমদা চংশিন্দুনা মীয়ামগী অনিংবা অপাম্বতু ঙাক শেনগদবনি।

(২) পাওমীশিংমা মখোয়গী মথৌ তৌবদ মীওইবগী অমদি খুন্নাই অতুগী চেনফন্দ্রবা অধিকার অতু মশক খংগদবনি, মখোয়ন পাও. মত পিবদা শেংনা অমদি অচুম্বনি হায়বগী থাজবা থমদুনা থবক তৌগদবনি।

(৩) পাও লৌবদা, পাও ফোংবদা, অচুম্ব ইব নিংথিজনা মত পিবা, নৈনবা ফ্রি ওইনা ইথিল য়াওদনা পিবা, ফোংবা অসি পাওমীশিংনা মতম পুম্বদা ঙক্লা চৎকদবা প্রিন্সিপল অদুনি।

(৪) পাও অদু নত্রগা কমেণ্ট অম ফোংবদা মতুনা থরুম অমদি অহিংশা লাক্লবা ওইরবদি য়াৱিমথৈ ফোংদনবা হোৎনগনি।

(৫) পাওমীশিংনা পাও অদুদা য়াওৱিবা অচুম্বশিং অদু, মচাক পুম্নমক চিৎথদনা য়াওব্র হায়বগী অচেৎপা থাজবা য়াওনা হোৎনবা, অমদি অচুম্বা অমত্তা মাংহল্লোয়দবনি, অমদি চিৎথবা য়াদ্রবা অচুম্বা মচাকশিংদু নমশিল্লোয়দবনি। লাল্লে হায়বা পাও অমদি কদৌঙৈদসু ফোংলোয়দবনি।

(৬) ফোংলিবা পাও নত্রগা কমেণ্ট পুম্বগী দাইত্ব পুম্ব লৌগদবনি। করিগুম্বা মদু ঙমলোয়দবা ওইরগদি মাংজৌনন শুগাইনা হায়দুনা খংহনতৌগদবনি।

(৭) থাজবা হায়বদুবু ব্যভার উৎপগা লোয়নন প্রোফেসনেল সেক্রেসি ( অরোন্নবা ) সু ঙাকনি। অদুবু করিগুম্বা রাফম অদুনা কোর্ট নত্রগা প্রেস কাউন্সিলগী মমাংদা লাক্লবদি মদু হায়দোকপদা কোদ থুগাই হায়না লৌরোইদবনি।

(৮) পাওমীশিংনা মশাগী ইণ্টরেষ্ট অদুনা মখোয়গী শিনফম শাংথোকপদা ইনফ্লুয়েন্স তৌরোইদবনি।

(৯) করিগুম্বা পাও নত্রগা কমেণ্ট অদু একুরেট ওইদ্রে খংলবদি মদু চুমথোক শেমদোক্লবা হোৎনগদবনি। করিগুম্বা অরানব পাও অম ফোংলব মতমদ মদু চুমথোকপ নত্রগা শেংদোকপা হায়বসি তৌদ্রবা য়াদ্রবা চৎনবী লিপুন অমনি লৌগনি।

(১০) পাও খোমলিবা, লৌৱিবা য়েন্সোক্লিবা শন্দোক্লিবা মীপুম থুদিংমক্ক পাও অমদি কমেণ্ট পিবা মতমদা প্রজাশিংনা

মখোয়দগী ইন্টিগ্রিটি অমদি দিগানিতিদা থাজবা লৈহনগদবনি। অদুন মখোয়না হায়রিবা থাজবা অদু লৈরবা মতমদা মখোয়গী থবক চৎথগদবনি। মখোয়না তৌরিবা থৌনা ফবা থবক অদুগী ষ্টেটস অদু মখোয়না ঙাক শেন্নগদবনি।

(১১) কনাগুম্বা পাওমী অমনা করিগুম্বা মহাক্কী শক্তি অদু শিজিন্নবা মতমদা শেল-থুম লৌনবা হোৎনরবা (দাবী তৌরগা) অমদি মীহৌবদগীসু পাও পিরবা নত্রগা পরিসিতি নত্রগা কমেন্ট তৌরোই হায়না লৈরবদি মহুমুক মতিক চাদবা নত্রগা চুমদবা লৈত্রবনি।

(১২) মীয়ামগী ইস্‌ নত্রগা অমদা মরম্নাইগী য়েংহুনা চয়েৎনবা নত্রগা খৎনব মঙংদা পাও ফোংবা হায়বসি পাওমী অমগী শাজৎ লিচং নত্তবা জর্নেলিজমগী শিনফমবু লৈখা তাহনবনি লৌগনি।

## ব্রারেম অমদি তোকঙা

(১৩) প্রেসনা কনাগুম্বা মীশক অমগী লন্নাই পুন্সিদা শোক-হনবা ব্রাথি, ব্রারেম অমদি তোকঙানচিংব ফোংবসি শিনফমগী হৌনবী কায়রবনি লৌগনি। অদুগা পব্লিক ইন্টরেষ্টনা দিমান্দ লাক্লিমখৈ অচুম্বরা হায়না খল্লবা শুষ্টরগসু লন্নাই মীওই অম শোক্লবদি মদু ফোংলোইদবনি।

(১৪) অচুম্বনা য়ুমফম ওইদবা অদগা মী শিনিঙাই ওইবা মওংদা মরাল শিদ্না ফোংবসি তমথিরবা প্রোফেসনেল ওফেন্সনি।

(১৫) মীগী ব্বারোল হুরগা মরল্লাই শাদ্না ফোংবা অসিশু তমথিরবা প্রোফেসনেল ওফেন্স অমনি।

(১৬) পাও অম নল্লগা পিকচর অম ফোংনবা হোৎনবদা পাওমী নল্লগা প্রেসকী ফোটোগ্রাফরশিংনা মীচম প্রজা অমদা অদ্গা অব্বাবা তারবা, মপাং কাইনবদগী অব্বাবা নংলবা কনাগুম্বা অমদা শোক্লিংঙাই ওইবা অমদি নৈহৎপ তৌরোইদবনি।

# ৱাকিং জর্নেলিষ্ট

ভাবতনা রিপব্লিক ওইরবা মতুং চঙী ৬ শুবদা পারলিয়ামেন্টনা "দি বাকিং জর্নেলিষ্ট ( কন্দিসন ওফ সার্ভিস ) এন্দ মিসসেলেনস প্রোভিজনস এক্ট ১৯৫৫" পাস তৌখি।

আইন অসিগী মখাদা সবকারনা ৱাকিং জর্নেলিষ্টশিংগী খুংগুমন নত্রগা তলবকী মতাংদ য়েৎনরকপ অমদি খংনবা নৈলবদি রেজ বোদ অন শেম্নবা শক্তি পিরি।

আইন অসিগী মখাদা "ৱাকিং জর্নেলিষ্ট" হায়রগা কদায় কাওবা কোন্সিনবগে তাক্লি। পাও চে অমদ থবক তৌরিব ইমপ্লোইড জর্নেলষ্ট করম্বব ৱাকিং জর্নেলিষ্ট চিংবগে হায়রবদি :—
(১) ইডিটর, (২) রিদর রাইটর অম, (৩) নিউজ ইডিটর, (৪) সব-ইডিটর, (৫) ফিচর রাইটর, (৬) কপী টেষ্টর, (৭) রিপোটর (৮) করেস্পোন্দেন্ট (৯) কারটুনিস (১০) নিউজ ফোটো গ্রাফর অমসুং (১১) প্রুফ রিদর অসিনি। পাও-চে অমগী মেনেজরিয়েল ষ্টাফ নত্রগা এদমিনিস্ট্রেটিবকী শক্লোন লৌরিবা নত্রগা সুপর ভাইজর ওইনা থবক তৌরিবশিং-দুদি বাক্কিং জর্নেলিষ্টকী থাক্তা লৈতে।

ৱাকিং জর্নেলিষ্টকী মতাংদা মচা খায়না পিরব অসিমক্তদা মনিপুরগুম্বা লমদা ৱাকিং জর্নেলিষ্ট ইউনিয়ন্নচিংবা শেম্বদা প্রোপাইটর ইডিটরশিং য়াওশিন্দুনা চয়েৎনবা মংদা লাবহন্দুনা

ৱার্কিং জর্নেলিষ্টশিংগী অক্ষ-ফত্ত কয়াগী মতাংশিং খল্লবদা লৈখাইহন্দবা লৈহনবা য়াওই। মসিমক্তি জর্নেলিষ্টশিংনা ৱার্কিং জর্নেলিষ্ট কদায়ফাওবা চিংবনো হায়বগী মতাংদা মশক শেংনা খংদবদগীনি হায়গনি।

## প্রেস কাউন্সিল

প্রেস কমিসন্না ১৯৫৪ দা প্রেস কাউন্সিল লিংনবা ৱাফম পুথোই। কমিসনগী ৱাফম অসি ১৯৬৫ দা পার্লিয়ামেন্টনা প্রেস কাউন্সিল এক্ট অমা পাস তৌদ্রিঙ্কাংদ্রদ্দ চুম্নগী নাপাং অম ওইনা লৈখি।

কাউন্সিল অসি লিংখিবগী পান্দম্দি "ফ্রিদম এফ প্রেসপু নিংখিনা ঙাক্তুনা থন্নবা অদুগা ভাবগু পাম-চৌশিংগী থাক খগৎনব অমদি মখোয়গী ফমফম নিংথিনা কাইদনা লৈনবনি।

প্রেস কমিসন্না, প্রেস কাউন্সিল অসি লিংনবা ৱাফম পুথৎলকখিবদা মসিনা প্রেসশিংগ মরি-লৈনবা অমদি পুথৎলকপা ৱাফম কয়াবু পুথোক্তুনা বিচার তৌনবা লো। বোর্ড অমদি ওইগদবনি, হায়না পুক্নিংদা খল্লগদি পুথোকখিবনি নত্তে।

এক্ট অসিনা জম্মু কাশ্মির নত্তনা অতৈ (মফম) ষ্টেট পুম্নমক্তা চংনগনি। তঙায়ফদনা করিগুম্বা মত্তমদা জম্মু কাশমিরদসু পুথোকপা য়াবা মতাং লাক্লগদি চংনবা য়ানবা শেমগনি। অহানবা ১৯৫৫ দা প্রেস কাউন্সিলগী বিল অম পুথোকখি, মতুংবু পারলিয়ামেন্টনা ১৯৫৭ তা মুথৎখিবদগী খরখিং থিংখি. মতুংদসু নেসনেল

ইন্টিগ্রেসন কাউন্সিলনা কম্ন তকশিনবদগী পারলিয়ামেন্টন ১৯৬৫ দা এক্ট পাস তৌখি, লোয়নন জুলাই ৪, ১৯৬৬ দা কাউন্সিল অসি পোকখি, অমসুং এক্ট অসি ১৯৭৮ দা খর শেমদোক শেমজিন তৌরগা অমুক অনৌবা শাথান অম ওইনা পুথোকখিবনি।

এক্ট অসি লৈত্রিবৈ ফাওবদি প্রেসকী মতাংদা লাকপ ৱাথোক কয়াবু তাঙ্গা চানা কম্নান্নবুনা খন্নবগী ওর্গেনাইজেসন অমত্ত লৈরমদে।

কাউন্সিল অসিগী শক্তি অমদি তৌগদবা মথৌদি :—

(ক) পাও চেশিংবু মশাগী মথৌ ফজনা পাংথোকপা, অমদি মনিংতম্বা ঙাকপদা মতেং পিনব।

(খ) মীয়ামগী সার্ভিস লিংখিনা তৌনবা, অমদি পাও-চেশিং, পাওমীশিং অমদি পাওগী এজেন্সিশিংনা অৱাংবা থাক্রো জর্নেলিষ্টকী শিনফমদা থবক তৌনবা কোদ ওফ কন্দক শেম্বা, অমদি ঙাক্ল চংনবা হোৎনবা।

(গ) পাও-চেশিং, নিউ এজেন্সিশিং অমদি পাওমীশিংনা প্রজাগী রাইট অমদি দাইত্ব খংনা থবক তৌতুনা ঙাক্ল চংনবা।

(ঘ) জর্নেলিজমগী শিনফমদা লৈতুনা মীযামগী থবক তৌবদা অমদি মশাগী দাইত্ব অহু হেঙ্গৎনবা ইথিল পিনবা।

(ঙ) মীরৈবাকী পাওগী এজেন্সিশিংদগী পাও লৌবগী খুদোংচাবা লৈহন্নবা।

(চ) মীরৈবাকী পাও-চেশিং, থোয়দোক্ল এশ্বাসিশিং, লোয়নন ভারত লাকপা পাওগী সংস্থানশিংদগী থিজিন খোৎচিনবা য়ানবা অমদি মখোয়গী সরকুলেসন্নচিংবগী দরকার লৈবত্তু য়েংশিনব ওম্নবা।

(ছ) পাও-চেশিং অদুগা নিউজ এজেন্সিশিং পুথোক্লবদা সৈরিবা মীওইশিংগী মবক্তা নিংথিনা মবি থমদুনা থবক তৌনবা।

(জ) পাও-চেশিং অদুগা পাওগী খুংগ্নশিংনা প্রেসকী মনিংতম্বদা শোবহনবা লাকপা কয়া য়েংশিন্নবা।

(ঝ) সেন্ট্রেল গর্ভনমেন্টনা প্রেস কাউন্সিলদা করিগুম্বদা মডোন্দা পিবিবা থৌদাংগী মতাংদা য়েংশিন্নবা হায়বকপা মতাংদা য়েংশিনবা; অমদি—

(ঞ) মতম মতমদা হায়রিবা, পিবিবা মথৌশিং অসি পাংথোকপ।

## কাউন্সিলগী হকচা

প্রেস কাউন্সিল এক্তকী মতুংইন্না কাউন্সিল অসিগী চিয়ারমেন : মেম্বর ২৮ লৈগনি। কাউন্সিলগী চিযাবমেন অসি রাজ্য সভাগী চিয়ারমেন, লোক সভাগী স্পীকর অমদি কাউন্সিলগী মেম্বরশিংনা খনবা মীহুৎ অম য়াওবা কমিতি অমদগী খনগনি।

অদুগা এক্ত অসিনা পিবা মতুংইন্না কাউন্সিলগী মেম্বর ১৩ দি বার্কিং জর্নেলিষ্টশিং ওইগনি। মখোয়শিংসিগী মনুংদা ৬ অমদি পাও-চেশিংগী ইডিটবশিংনা ওইগনি। লেমহৌরিবা ৭ অদুনা ইডিটরশিং নত্তবা অতৈ বার্কিং জর্নেলিষ্টশিংনি।

তকক অমনা পাও-চেশিংগী মপু নত্রগা শিল লাংলিবা মীশকশিংনি। অনি অমনা অচৌবা অদুগা ময়ায় ওইবা অমদি অপিকপা পাও-চেশিংগী মীহুৎনি। অমনা নিউজ এজেন্সিশিংগী মেনেজরশিংদগী খনগনি। অহুম অমনা এজুকেসনগী জ্ঞান

নত্রগা এক্সপবিয়েন্স অমদি সাইন্সকী লৈরবা, লো, অমদি সাহিত্য নত্রগা কলচরগী জ্ঞান লৈবশিং ওইগনি। অমনা ইউনিভবসিতি গ্রাণ্ট কমিসনগী মন্থং, অমনা বার কাউন্সিল ওফ ইন্দিয়াগী মন্থং অতুগা অতোপ্পা অমনা সাহিত্য একাদেমীদগী লাকপা ওইগনি।

লেমহৌবা মেম্বর ৫ গী মনুংদা ৩ না স্পীকরনা খল্লকপা পার্লিয়ামেণ্টকী মেম্বরশিং অতুগা অনিনা রাজ্য সভাগী চিয়ারমেন্ন খল্লকপা মেম্বরশিংনি।

অসুম্না মেম্বরশিং খনবদা য়াম্না শিংথাবা য়াবা মক্কমশিংদগী খন্দুনা প্রেস কাউন্সিল লৈরবস্তু মসি অতুক হাক্ক শক্তি পিরবা কোর্ট অমগী মথৌগুম্না তৌনবদি নত্তে, মসিনা ওথোরিতি ওইবগী মওংদনি।

## সেন্সর তৌবগী শক্তি

করিগুম্বা পাও-চে অমনা হেক্কিনবা পাও ফোংলে, কনাগুম্বা মীওই অমগী ইজ্জং শোক্কে হায়বা রাকং লাক্লবদি, ইডিটর নত্রগা পাওমী অতুগী মত নিংথিনা তাবরা মতুংদা রারক-রাতেম্বা য়াই। অতুগা করিগুম্বদা কাউন্সিলনা অইবা ওইনা রেকোড তৌতুনা ইডিটর নত্রগা রাকিং জর্নেলিষ্ট খবর রারক রাতেম্বগী মওংদা (সেন্সর) তৌবা য়াই। কনাগুম্বা সরকার অমন পাও-চে নত্রগা রাকিং জর্নেলিষ্ট অমদ ওং-নৈরবা মহাকী ফ্রিদমদা প্রেসর পিতুনা তমথিবা মওংদা তৌরকপদস্তু প্রেসনা, নত্রগা পাওমী অতুনা কাউন্সিলদা রাকংপা য়াই। মথকী রাকমসি লাকপদা

কাউন্সিলনা ইনক্বারী চৎথদুনা কেস অদুগী মতাংদা মরিক চুম্বা পাও ফংনবা থবক লৌখৎপা ঙমই । মতাং অসিদা করিগুম্বা কোর্টতা কেস ওইনা চৎথদুনা লৈরবদি ইনক্বারি তৌবগী শক্তি পিদে ।

## কাউন্সিলগী ৱারেপ

প্রেস কাউন্সিলনা তাখিবা ৱারেপ অদু কনাগুম্বা লো কোর্ট অমদা মতুগী মপক্তা হংবা য়ারোই, তাগিবা ৱারেপ অদুনা অৱোইদা ওইগনি ।

ইনক্বারীগী মতমদা কাউন্সিলনা কোর্ট অমনা চৎথবা ইনক্বারীগী শক্তি অদু য়াওই ; শক্তিদু য়াওনা চৎথব য়াই ।

## পাও-চেগী থাক

এক্ট অসিগী মখাদা পাও-চেগী থাক অসি হয়য়ুম্না থাই :— অচৌবা পাও-চে হায়রগা কপী ৫০,০০০ দগী হেন্না চৎপা, ময়াই ওইবা হায়রগনা অমুক নম্বদা কপী ১৫,০০০ দগী ৫০,০০০ ফাওবা চৎপা, অপিকপা হায়রগা কপী ১৫,০০০ দগী হেন্না চত্তবশিংবু চিংহল্লি ।

## সেন্সর তৌখিবা

কাউন্সিল অসিনা পাও-চেশিংদা সেন্সর তৌখিবগী মতাংদা পনবা য়াবদি মার্চ্চ ৬, ১৯৮৫ দা ফমখিব কাউন্সিলগী মীতিন্ম ওর্গেনাইজরগী মথক্তা ৱারক ৱাতেমাখবছুনি।

বেঙ্গলোরদা ফমখবা মীতিন অসিনা ওর্গেনাইজর না জনতা পাটিগী লুচংব সহদ সাহবুদ্দিনগী মথক্তা ফোংখবা পাও অমগী মতাংদা চুংচাইতবা ফোংদোকখি। লোয়নন চয়োলগী চেফোং অসিনা সাহবুদ্দিনবু "এজ এ টুল ইন দি হেন্দস ওফ পাকিস্তান" হায়না ফোংদোকখিবছু মাগী মীংচৎ মাংহনবনি ( করেক্টর এসাসিনেসন ) না হায়খ।

সাহবুদ্দিনগী মতাংদা ওর্গেনাইজরনা মার্চ্চ ৩১, ১৯৮৫ গী চেফোংদা "সাহবুদ্দিন হজ কুইলিং পাকিস্তান প্রপোগেন্দা মেচিন" হায়না ফোংবা পাওগী মতাংদা কাউন্সিলদা তৌরকখিবা ৱাকংকী মতাং দস্ত খন্নখ। ৱাকন অসিনা সাহবুদ্দিনগী মীংচৎ থিহল্লে অমদি মীয়ামগী মত্তা মতাকপু হন্থবা থাক্তা লৈহল্লে হায়খি।

অদুগা কাউন্সিলনা "দৈনিক পাওন প্রভাট" কী ইডিটরনা পাওমীশিংগী ইথক্তকী ৱাংমদা কদিগী দিপুতি ফোরেষ্ট ওফিসার অমগী মথক্তা ইকবগীদমক মহাকপু সেন্সর তৌখ।

কাউন্সিলগী মত মতুংইন্না ইডিটব অসিনা দিপুতি ফোরেষ্ট ওফিসার অসিগী মথক্তা চুমদবা পাও অম ফোংলে হায়দুনা মহাক্ত জর্নলিষ্টিক ইথিক্স থুগাইবগী মরাল লৈবে হায়খি।

অতোপ্পা অমনা কাউন্সিলনা 'প্রতিদিন' গী ইডিটরনা "চিফ মিনিষ্টর যোগেন্দ্র নরায়নগী পি. এ না পাওমী অম হাংকনি হায়না কিহল্লে হায়বা পাও ফোংবগীদমক, ইডিটর অসাদা শেংদোক্নবা য়াথং পিখি।

অতুগা কাউন্সিল অসিনা সেনাপটকী দিষ্ট্রিক্ট ইন্দষ্ট্রিজ সেন্তরগী জেনেরেল মেনেজরনা হিন্দিগী মুংতিগী চেকোং পঞ্জাব কেসরি জুলুন্দরগী মথক্তা চেকোং অসিনা মার্চ ১৬, ১৯৮৫ দা ফোং-খিবা "লোন পিবদা থিজিন্দনা অরানবা মীওইশিং য়াওনা পিরে, হায়না মরাল শিরতুনা ব্রাকৎলকপগী মতাংদদি ব্রাকমতু দিসমিস তৌখি।

গুলজারি লাল কৌবা অমনা চেটনা চেফোংনা জুলাই ৩, ১৯৮৪ দা "ব্রারদর অমনা লৈশাবী অমদা জেলদা মপা উনগে লাকপদা রেপ তৌগে হোৎনখি" হায়না ফোংখিবা পাওগী মতাংদা ব্রাকৎলকপ অতুসু কাউন্সিলনা দিসমিস তৌখি।

অতোপ্পা থোয়দোক্ত নুংঙাইবা প্রেস কাউন্সিলন রিজেক্ট তৌখিবা ব্রাকৎ অমগী মতাংদা পনবা য়াবদি লোক সভাগী স্পিকর শ্রীবালরাম ঝাকরনা Illustrated Weekly of India গী ১৯৮৫ গী চেফোং অমদা শ্রীঝাকরবু স্পাইনি হায়তুনা মরাল শিরিবা রাম শ্বারুপ কৌবা অমগা পুন্ন লৈমিন্নবগী ফোটো অম উৎলি হায়তুনা কাউন্সিলদা ব্রাকৎখিবা অতুনি।

স্পিকরগী ব্রাকৎ অসিগী মতাংদা কাউন্সিলনা য়াম্ন অকনবা দিবেট অম তৌনরবা মতুংদা Weekly না ফোটো অতু ফোংবগী-দমক্তা শেংদোকপগী দরকার লৈতে হায়না মেজোরিটিনা য়ানরবা মতুংদা লেপ্লখি। মতাং অসিদনি কাউন্সিলগী মেম্বরশিংনা অহানবা ওইনা কাউন্সিলগী চিয়ারমেন জটিস এ, এন, সেনগী মতকী মায়োক্তা লৈখি অতুগা ব্রারেপ অমসু তাখিবনি।

কাউন্সিলনা Weekly গী ইডিটর Pritish Nandy না Weekly দা ফোটোগ্রাফ অতু হাপখিবগী মতাংদা মতু ফোংখিবতু করিগুম্বা লাম্ন লৌখিবা ব্রাখল অমদগী নত্তে হায়না ব্রাকমতুসু

যেংলগা কাউন্সিলগী মেম্বর ৬ না কাউন্সিলগী ইনক্কাবী রিপোর্টতা ফোটোগ্রাফ অদু হাপখিবদু চুমদবা অমনি হায়না থাগৎলকপা রিপোর্ট অদুগী মায়োক্তা দাইসেন্ট নোট পিখি। অদুগা মেম্বর ৬কী মন্তা পিকচর অদু হাপখিবদুদা 'Weekly' না মপুংফানা চুম্বা লৈ মরমদি পিকচর অদু পাওগী খৌবাংবা পোকপ পিকচরনি অদুনা মদু যেংখিবদা জ.ন.লষ্টিক ইথিক্স থুগাইবগী ৱাফম লৈতে।

## প্রেসকী মনিংতম্বা

মীয়ামগী মীওইনা শাসন তৌবা, দিমোক্রেটিক কন্ত্রি অমদা "সর্বো পৌদা" অমম যাম্ন চাওই। প্রেসনা মীয়ামগী, সরকারগী অমসুং তোংানবা হাবমাশংগী পুন্সি খোংথাং হীংলিব পুন্সি মচৌ, অংশোয় অথান গয-য ও যেংশিল্লি, থিন্দুনা তাকই। অদুনা প্রেস হায়বাস 'Fourth Estate' হায়না শিংথানবিবনি।

প্রেসনা ( পাও চেনা ) মাগী মথৌদা ফ্রি ওইনা তৌনবা মনিংতম্বদ লৈহল্লি। অদুবু প্রেসনা যংলিবা মনিং তম্বদু লৈডাক পথাপনা পিবরা ফ্রিদম অফ এক্সপ্রেসন অমদি স্পিস আর্টিকল ১৯ অদুগী মথক্তা হেঙ্গৎনা লৈহনবদি নত্তে। মী অমনা ডাংবা য়াবা সমালোচনা তৌবা য়াবগী ৱাই অদু পাওচেশিংনা মমথোক্লগা বেকেন্দ ওইনা, অমদি মদুনা ইতিহাস অম ওইথক্লগী খুদোংচাবা অদু লৈনা পুথোকপনা মীওই কয়া লান্ন খংহনবা য়াবা অদুগী খুদোং চাবদু লৈবদুনা হেন্ন ব্যভার তৌবগী ৱাফম লৈ।

কনাগুম্বা মী অমনা সরক্তা চিফ মিনিষ্টর অমগী মথক্তা শেঙ্গা থুমজা তৌরে হায়দুনা লাওবা নত্রগা থৌদোক্নুনা মী ৫০/১০০

পুন্দুনা লাওবা য়াই, অদুবু মদুগী অচুম্বদু ঙাইহাক্কী মনুংদা মাংখিবা য়াই, তাহৌ উহৌবা মী খর খক্তনা ফৈ ফত্তে নৈনবগী খুদোংচাবা লৈ। অদুবু রাফমদু প্রেস্তা ফেংদোক্লগা লাকপা তারবা অদুগা, পাওচেদুনা খিজিন্দুনা থম্বা লৈরদুনা মথং মথং ফোংলবপ তারবদি, রাফমদু মীয়ামগী মাংদা লৈরবা রেকোর্ড ওইরক্লে। মী চা কয়া লিশং কয়া লাখ কয়াদা থঙহল্লক্লে। রাফমদুদগী চিক মিনিষ্টর অদু ফম থাদোকপ নত্রগা লৌথোকপ ফাওবা য়ারক্কনি। মসিনা ফ্রিদম ওফ প্রেস্ খুৎ থিং জনবগী কান্নবদু লৈহল্লি।

প্রেস অমনা পাও অম ফোংগদৌরে হায়দুনা সরকারগী নত্রগা লম্নাই সংস্থান অমনা তান্নদুনা মদুদা হাপ্পনবা হোংনবদা কিহন খোংহনবা তৌবা অমদি ইন্নদুনা খংনবা হোৎনরগা প্রেস্স খুরৌ চেলহনবদুনা পাওদু সেন্সর তৌবগী মওংনি লৌগনি।

পাও অম ফোংবদা পুলিসনা নত্রগা সরকারগী ওহুম অথৌশিংনা করিগী ফোংলিবনো ফাওরা নত্রগা মদুগী ফওবা ফল কিদ্র? হায়বা অমদি বিহনবগী রাফমবু লাকপদা মদু ফ্রিদম ওফ প্রেস্ শিংনবনি লৌগনি। অদুনা প্রেসনস্থ পাও অম ফোংদ্রিঙৈদা হাম্ন মদুগী দাইত্ব নিংথিনা লৌরগা ফোংনবা হোংনবা ভাবনি।

পাও অম ফোংবদা লাল্লে হায়না শেংদোক্লবগী খুদোং চাবা লৈরবমক্তদা অমদি য়ানিংদ্রগা মদুগী মায়োক্তা কোর্টনচিংবদা শীংন্দুনা কেস থাঙ্গৎপগী খুদোংচাবা লৈন-লৈনা পুলিস নত্রগা গুন্দা ফান্দা লৈবা মীওইশিংনা প্রেসতা হকথেংননা থপ তৌরগা প্রেসকী থৌনা হম্নবা তৌবত্রুস্থ প্রেসকী মনিংতম্বদা লান্দাবনি হায়গনি।

অমরোমদা প্রেসতা পিরিবা ফ্রিদম অসি নোংমৈ অম লাইসেন্স পিরগা হাংনিংবা হাংপা, কাপনিংবা কাপ্প কিহন্নীংবদ উৎলগা কিহন্নব অমদি থপ তৌনবস্তু পিব নত্তে, হায়বদি পুন্নমক পাং-ফোংদা ফোংবা ঙমরবনি হায়হুদি নত্তে।

## দিফেমেসন

ইন্দিয়ান পেনাল কোদ ( আই, পি, সি ) গী সেক্সন ৪৯৯ গী মতুংইন্না করিগুম্বা দিফেমেসন কেস ১ লাক্লবদি, ফোংলিবা, হায়রিবা, অনৌদ শন্দো ক্লবা পাও অদু ফোংলিবা ইডিটর (পাও চেহুগী) পরিসব অহুনা দাই লৌগদবনি। করিগুম্বা ফোংলিবা পাও অদুবু অচুম্বনখডলব অদুগা তৌদ্রবা য়াদ্রবা অমনি হায়না লৌরিবদি মখোয়না মখোয়গী মথৌ অদু অকিবা লৈতনা তৌবা তাই।

মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবদি পাও-চে অমগী লেংফদ্রবা মীয়াম্ন পিরিবা মথৌদা কনাগুম্বা ওফিসার নত্রগা মন্ত্রী অমনা নত্রগা খ্বাইদগী চাওবা মীওই অমনা মীয়ামগী অপাম্বা অনিংবগী মায়োক্তা শক্তি লান্ন শিজিন্নহুনা থবক তৌরকপ মতমদা পাও-চে অহুনা অচুম্বদু ফোংহুনা মীওইবহুবু লৈখা তাহন্নবা নত্তিক-চাব পাও ফোংবা য়াই।

পাও-চেশিংগী মথক্তা দিফেমেসন কেসনচিংব লাকপ মতমদা খ্বাইদগী কনবা খুৎলাই ওইগদৌরিবসি অচুম্ব অদুতনি। অচুম্ব পাও অদুনা লেংদনা লৈরবা মতমদা দিফেমেসন কেস অদুগী মরাইবক অদু কদোমদনো হায়বসিনি।

## ওফিসিয়েল সেক্রেট এক্ট ১৯২৩

সরকার অমনা প্রেসপু নমথবা মচিন মেন্নবা ৱাখল অসি তত্তুনা ফোংদোকই। ৱাফম অসিগী মরু ওইবা মরমদি সরকারদুন নওবা, শক্তি লান্ন শিজিন্নবা, শেঞ্জা থুমজা তৌবা, মীচং মীথায় নাইব, কয়াগী থবক তৌরকপ মতমদা প্রেসনা ফোংদোরক্তুনবনি হায়না লৌনবনা নম্না উই। অদুবু মদুমাক্ত নওে।

অরোনবা কয়া চংনবদা অপনবা লৈত্তনবা সরকার অমনা নাতৈ চাদ্রবা উপাই অম শিজিন্নবা হোংলৈ। উপাইদুদি 'ওফিসিয়েল সেক্রেট এক্ট ১৯২৩' হায়বা এক্ট অসিনি। এক্ট অসিগী মখাদা অরোনবা হায়দোকপ য়াদে যডবী রাষ্ট্রৈ শিজিন্নে থাঙ্গৈশংব এক্ট অসিগী মখাদা লৈরিব দ কারিগুম্বা অরোনবা পাও অমবু স্পাইগী থবক তৌবগা হায়দোনপা পিথোকপা, অদুগা (১) অথিংবা মফমদা চংনবা অরোনবা থবক চৎথবা, (২) য়েক্লবদা কান্নগদবা মওংদা মেপনাচংব য়েত্তুনা অমদি প্লান শেমদুনা হক-থেংনবা নত্রগা খুংথাংদা পিনবা হোৎনবা, পিব, (৩) অফবা নত্রগা খোমলুব্বা অসিগুম্বা প্লান অমাদ অয়েকপা শক্তমনচিংবদুগী মওং অদুগা মদুদা ইনর্শিন খোৎচিন্দুনা য়েক্লবদা কান্নবা হোৎনবদু, এক্ট অসিগী সেক্সন থ্রি (১) না তার্ম অম নত্রগা শাংদোত্তুনা চহী ১৪ জেলদা থম্বা ঙমই।

অমরোমদা সরকার অমনা ওফিসিয়েল ওইবা থবক থোরমশিং নোংম-নোংমাগী চৎথবদা মীয়ামগীনি হায়দুনা অমুম অতাক অফোংনবা শুবা তারবসু মদুনা ষ্টেটকী অফবা ওইরোই। থবক খুদিংমক্কী ওইনা ফোংদোকপগী অফবা লৈ। অদুবু নাতৈ চাদবা ষ্টেটকী ইন্টরেষ্টতা ৱা-ৱা লাওরবদি কায়গদবদা পাও পংপ

পিথোকপ য়ারোইদবস্থ লৈতবা নত্তে। মসি য়াই হায়দুনা সরকারগী ওইবা মীয়ামগী থবক অদুবু মরাম্নাই লল্লোনবদা শিজিন্নব-দোনা মী অম অনিগী কান্নবা মীরক-নারক য়েংলগা তৌবদুদি ষ্টেটকী মায়োক্তা তৌবনি লৌগনি।

অদুনা ওফিসিয়েল সেক্রেট এক্ট অসিগী মগুণ অদু মুম্না খংলগা থবক তৌবদি চুম্বনি।

সরকারনা নত্রগা ওফিসার অমনা নত্রগা মন্ত্রী অমনা তৌরিবা লোনবা য়াদবা অরোনবা পুম্ব শিল তৌনবা হোৎনৈ। নমস্থ নমশিল্লি। থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদা ওফিসিয়েল সেক্রেট এক্ট অসিনা মীয়ামগী থবক তৌনবা লৈরিবা অদুগীদমক্তা মনা মথুম চাদুনা হীংলিবা মন্ত্রী অমদি ওফিসারশিংনা হুরানবা য়েংউবা য়াদনব লৈবদি নত্তে।

দাইহ লৈবা সরকারগী মীশক অমনা প্রজাশিংগী মপোৎপু লান্ন শিজিন্নরবা, হুরান্দুনা মরন্নাই ওইথোকথ্রবদা, মী খংহন্দনা লুপা লিশিং কয়া, লাখ কয়া থানাইথ্রবদা প্রেসনা মীয়ামগী ইন্টরেষ্ট য়েংদুনা ফোংলোইদবগী ৱা লৈত্তে।

অসিগুম্বা মতাং অসিদনি 'Indin Express' কী ইডিটর ওইরম্বা শ্রীঅরুন শোরিনা নোটিশ থোক্তুনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা হাপ্তুনা Kuo Oil লৈনবা লুপা ক্রোর ৫ গী শেনফম কাইথোক্লমলে হায়দুনা পার্লিয়ামেন্টতা নোটিশ পিখিবদু, ইডিটর অসিনা সরকারগী মন্ত্রী অমনা অসিগুম্বা অরোনবা অম তৌরকপদা করম্না ৱাফমসি মাগী মথুৎ য়ৌখিবনো, অমদি এম পি, ৫০ দা হায়রিবা ৱাফমসিগী মতাংদা চে পিদুনা খংহনখিবনো হায়বগী মতাংদা পার্লিয়ামেন্টতা ৱাথোক অম ওইখি।

অরোনবা ৱাফমদু ইডিটরসিনা ফোংদোকই হায়দুনা কন্টেম ওফ পার্লিয়ামেন্টনি হায়না লাওনরকপা কয়া লাকখিবা মতাংদা

শ্রীশোবিনা পব্লিক ইণ্টবেষ্টতা যোংবনি, অতুনা এম, পি, শিংগী নোটিশ লাকহনখিবনি হায়না কন্না খুমখিবদগী মমৈদা কণ্টেম্ ওফ পার্লিয়ামেন্ট ওইখিদে।

ভারতকী ওইনা ওফিসিয়েল সেক্রেটস এক্ট ১৯২৩ অসি চলাইরি। এক্ট অসি মশাগী তোমথিল ওইবা মওং খরদি লৈজে, অমস্তুং তোপ তোপ্পা থৌরম অমদা শিজিন্নবনি। মসি শিজিন্নব তোমথিল ওইবা মতাংদ ষ্টেটকী সিক্যুরিতিদা অকাইবা লাকপ কবিগুম্বা মতাংদা খুৎথানবনি।

অতুনা হায়বিবা এক্ট অসিগী মমিংনা ওফিসিয়েল সেক্রেট এক্ট কৌই হায়তুনা প্রেসনা মীয়ামগী ইণ্টবেষ্ট, য়াইফনবা সবকাবনা নত্রগা ওফিসিয়েলশিংনা শক্তি লানন শিজিন্নবকপা অতুগা শেঞ্জা থুমজা তৌবা অমদি হাবী জাবী তৌবকপদগী হাযদোকপদা থিংনবা থম্বদি নত্তে। অতুগা এক্টসিগী মকুমদা চুমদবা তৌবদা মনিং তৌনবা থম্বস্ু ওইদে। অতুনা থাঙ্গৈশেংনা ফ্রিদম ওফ প্রেস কদাই কাওবা লৈ হাযরগাদ মযেক শেংদে।

অতুম ওইনমক ভারতকী ওইন'দ ফ্রিদম ওফ প্রেসকী মতাংসি খব হেন্না লৈ। পাও-চে অমনা ওর্গেনাইজেসন, সবকাব অতুগা পোলিটিকেল পার্টিশিংগী মতাংদা চার্জ তৌদুনা পিনিংব মও পিদুনা ফোংবা যা যানা কননা সমালোচনা তৌবা ঙমই। মতুদা অথিংবা লৈহন্দে।

USSR দস্তু মখোয়গী কন্সটিট্যুসননা প্রজাশিংদা Freedom of the Press কী রাইট পি। তৌইগুম্বস্তুং লৈঙাক পথাপ্পা পল্লিবা বাহৈ খবদা "in conformity within the interests of the working pepole, and to strengthen the socialish system" হায়না পিবিবর্সি য়েংলগদি ফ্রিদম ওফ প্রেসতা অবক্লবা মতাং খবদা পিবনি হায়গনি।

পল্লিবা বার্কিং পিপল হায়বসি থবক গুরগা হীংলিবা মীওই থরতগী রা নত্তে। বার্কিং পিপলগী মীহুৎশিংনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মীহুৎ ওইবনা অমদি কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংবশিংনা প্রেসপু য়েংশিনবনা, বার্কিং পিপল হায়রগদি রুসিয়াগী প্রজা পুম্বা কোনশিল্লি। অহুনা প্রজাগী অকাইবা হায়বা রাহৈ শিজিন্নহুনা অমদি মায়োক্তা হায়নস্থ নিংশংহুনা প্রেসকী মনিংতম্বহু মপুং ফানা লৈহন্দে। সরকারনা পামদবা য়াদবা রাফম প্রজাগী মীংদা ফোংহন্দে। শম্মা গর্ভনমেন্টকী প্রেস ওইনা প্রেসপু থমই।

ফ্রিদম ওফ প্রেস হায়হুনা ইউনাইটেদ ষ্টেটসতা থমলিবসি থব হেন্না মানংতম্বা পি। ইউ এস কন্সটিট্যুসনগী অহানবা এমেণ্ট মেণ্টন য়াত্তুনা থমখিব মতাং অমদা প্রেসকী ফ্রিদম অসি করিগুম্বদা আইন্ন ককথৎপা মাইথুম উপশিল্লবপা য়াহল্লোইদবনি, পল্লি।

রাফমসি লৈবনা "The New York Times, অমদি The washingtcn post না "History of US Dicision Making process on Veitnam policy, হায়বা রারেং অসি ফোংদনবা সরকারনা কোর্টতগী injunctlon নিখিবদা, কোর্টনা ( District Court ) কেস অহু লৌখিদে। সরকারনা কেস অহু মাংহনখি।

অসুম্না কোর্টনা ফ্রিদম ওফ প্রেসতা ঙাক শেনবগী মাংদা রাই পিখিবা কয়া লাকখিবসি অহানবা কন্সটিট্যুসনগী এমেন্দ মেণ্ট অহুগী শরুক অহুমখক্তনা পিবিবা রারোল থরহুননি হায়গনি।

রারোলশিং অহুদা :— The people shall not be deprived or abrldged of their right to speak, to write, or to publlsh thier sentiments and the freedom of press, as one of the great bulwarks of liberty, shall be inviolable ?

দিমোক্রেসি চংপা লৈবাক অমদদি পাও অচুম্বশিংহু কোংবহুনা অকনবা মশা ফবা দিমোক্রেটিক ষ্টেট অম ওই, মরম অসিনা ভারতকী লৈঙাক পথাপকী আর্টিকল ১৯ (i) অমদি ১৯ (ii) দা পিরিবা 'ফ্রিদম ওফ স্পিচ এন্দ এক্সপ্রেজন' অহুগী অর্থদা কোর্টনা প্রেসনা মথৌ তৌবদা সবকাবনা খুং থিংজিন্দবা হায়বজিনি হায়না শেংনা হায়রি।

# সব-ইডিটর

পাও-চে অম পুথোক্নবা হোৎনবদা সব-ইডিটর অমগী থৌদাং হৈশিংব উৎথোক্নবা ইয়া য়াদে। ইডিটর অমনা পাও-চে অদু পুথোকপগী মপুং ওইবা দাইত্ব অদু লৌরি হায়রগসু সব-ইডিটর অমগী মথৌদি মীৎকুপ খুদিংগী ওইনা লৈগনি। পাও-চে অদুগী পাওমীশিং কলমনিষ্টশিং অমদি অতৈ পুম্নমক্না পিরক্লিবা পাও নত্রগা ৱারোল পুন্না সব-ইডিটরগী খুৎ ফাওরগা ইডিটর য়োগনি। লাক্লিবা লাও-ই-পুন্না মহাক্না শেমদোক শাদোক্লগা অমদি হাপক-দোরিবা অহাংবগী মওং মতা অদু খংলগা ইডিট তৌথোক্লনা নম্বা য়াবা ফীভমদা লাকহনবগী তাঙ্কক সব-ইডিটরনা পুরক্কনি।

লাক্লিবা পাওশিংদুগী নৈনবা মতম পুন্না সব-ইডিটরগী টেবলদা লাক্কনি। লাক্লিবশিংদুগী মতাংদা ৱাহৈ ৱাতা চুমদবা গ্রামার শোয়বা, ৱাহৈ ফজদবা হায়নদবা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নবা লৌথোকপা অচাবা ৱাহৈ হাপচিনবা প্রমাণ-পাম্থৈ হাপচিনবা অমদি কান্নদবদা শাংদোকপ্রা হায়বদু মহাক্না য়েংশিনগনি।

মহাক্না স্পোর্টস, সাইন্স অদুগা অতৈ হীরম কয়াগী মতাংদা মতাং চানা শিজিন্নবা য়াবা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নবা হৈগনি। এব্রিবিএসমচিংবা থংগনি। পাও অম লাকপদা পাওমীনা পিরম্বা ইরম্বা পাওদু মরিক চুমলত্র হায়বনচিংবা য়েংশিনবসু মাগী ৬৬
পাও অমগী হেদ লাইন পিবা, মাগী হুন্দোকপা য়াড়ব

মতাং চানা চৈখৈ পিবা কোমা থম্বা, সমিকোলোন, হায়ফেনচিংবা য়াম্ন হৈবা তাই।

অহুনা সব-ইডিটর অম ওইরবদি য়াম্না খংনবা নিংথিনা পাবা তাই। পাবদ হৈনবা ভন্দবা মী৹ওই ওইগদবনি। মহাক্ন হৌজিক হৌজিকী পৃথিবীগী থৌদোক বাথোক জেনেরেল নোলেজ নৈনগনি। মহাক্না য়াম্না থুনা খংগনবা অহুগা বারেপ থুনা লৌবা ভাম্ব তাই। থবক তৌবদা টিম বার্ক নিংথিনা তৌবা হৈনবগী অপাম্বা নৈনগনি। নিংথিনা অমুক হন্না ইথোক ইশিনগী বুধি লৈগনি।

অতৈ পাওমীশিংনা হীরম অম অমদা হেন্না খং-হৈরবা মীশক অম ওইরবসু মহাক্তি মাইকৈ খুদিংগী শম্নবা শোকপা পুম্বগী বাখল লৈগনি।

পাও চে অহুগী অৱোয়বদা চাংয়েংবগী কপী লৌবহু ফাওবা মওং চুমলত্র হায়বগী মতাংহু ফাওবা য়েংশিনবা তাবনি। হেল লাইন শেম্বা হৈগনি। সব-ইডিটর অমগী মথৌ অসি য়াম্না কাহেন্ন য়াম্ব অমদি চোকথবা য়াদবা অমসু ওইবনা মহাক্কী মশাহু নাগন য়েকন্দবা চোকথগন্দবা থৌনা অমদি পাঙ্গল লিংজেল লৈবা মীশক ওইগদবনি।

## নিউজ ইডিটর

পাও-চে অমগী মন্নুংদা নিউজ ইডিটর থম্বা থমদবগী বারেপতি মথোন্ন মশা মশাগী দরকারগী মতুংইন্না লৌনৈ। অচৌবা পাও চেশিং হেন্না ষ্টাফ মরাং কাইনা লৈবশিংদদি নিউজ ইডিটরশিং

থমনৈ। ফম অসি হাপলবদি মসি য়াম্লমক মরু ওইবা অমনি। পাওগী মাইকৈদা শিন্দোক শিজিন তৌবদা নিউজ ইডিটর ইডিটরগী মখাদা অচৌবা থৌদাং লৌই। পাও লৌবা চৎলিবা ইবিবা পাওমী খুৎপুদুগী শিন্থা পিবা মবিক চুম্না লিব অমদি ইবস্নি মানা য়েংশিনগনি। নোংমগী সহরদুদা থোকলিবা হান্ন বার্ত্তন লৈবা থৌবমশিং অদুগা থৌদোক ৱাথোক থোকপদা পাওমীশিংদা শিন্দোক্নুনা পাও লৌনব থাবসি মাগী মথৌনি। পাওমীশিংদুগা (রিপোটর) গা ফম্মীন্নদুনা অফ ফত্তগী মতাংদা নৈনবা পাওগী ৱাকনদা তানবা, অশোয় অঙাম পুথোক্নুনা মচা থায়না তাররুবা হোৎনবা মাগী মথৌনি।

রিপোটরশিংনা চৎপা য়াব য়াদব মীতিন অমদি অতৈ থৌবমশিংগী মতাংদা মানা তাকপ য়াই। পাও-চে অদুদা বার্ত্তন তৌরকপা থৌরমশিংদা রিপোটরশিংদুনা নিউজ ইডিটরগী অয়াবা লৌরগা পাও লৌবা নত্রগা থৌরমদু যাওবা চৎকনি। পাও ইথোকপা মতমদা পাওমীশিংনা হাপকদৌরিবা পাওদুগী মতাংদা ফংগদৌরিবা অহাংবদু কয়াম শাংবনো নত্রগা পাকদবনো হান্নবদুগী অশেংবদু নিউজ ইডিটরদগী লৌরগা পাওদু ইগনি।

## স্পীসিয়েল করেষ্টপোন্দেণ্ট
## (অশ্বনবা পাওমী)

স্পীসিয়েল করেষ্টপোন্দেণ্ট হায়বসি অতাংবা ফমনি। ফম অসিদি পাও চে অদু ফোংলিবা তাউন নত্রগা মফম অদুদগী

লাপ্প নত্রগা বাংমদা ভাইহাক্তা চৎথোক চৎশিন য়াত্রবা মফমদা লৈগদবা পাওমীশিংদা পিবনি।

পাওমী অমনা স্পীসিয়েল করেষ্টপোন্দেন্ট ওইরবপা হায়বসি য়াম্ন শিংথানিঙাই ওইরবা ফম লৌববনি হায়না থন্নে। মহাক্ন লৈগদৌরিবা লম্নদমতুদা মহাক্ন পাও-চেন্নগী মহুৎ শিন্দুনা য়াম্ন তাংনা লৈবা পাওমী ওইরবনি। অতুগা ফম অসি শিন্নরিবা পাওমীশিংস্থ য়াম্ন থবক্তা হৈরবা লিববা হেন্ন খংলবা থবক অম শিন্নবদা শোয়গনদ্রে খংঙ্গব। নিংথিনা মরিক চুম্ন ইবা নত্রগা পাও লৌবা ঙমলবা মীতাশিংদা শিন্নে।

ভারতকী ওইনা স্পীসিয়েল করেষ্টপোন্দেন্টকী ফম অসি ১৮৯৯ দা Lord Corzon না ভাইসরোই ওইবা মতমদগী লৈখিবনি হায়না লৌনৈ। স্পীসিয়েল করেষ্টপোন্দেন্ট হায়না শিজিন্নদ্রিঙৈদা হান্নদি স্পীসিয়েল বিপ্রজেন্টেটিব হায়রগা থাম্নরম্মী। অতুবু স্পীসিয়েল করেষ্টপোন্দেন্ট হায়না শমথবক্কুনা হাইহেশি শিজিন্নবক্রে। মহাক অসি acreditation card ফংলবা পাওমী ওই।

মথল অসিগী পাওমীদ মহাক্না লৈরুবা সিতি নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট অতুগী অরাংবা থাক্কী অচে, অশাংশিং, মন্ত্রীশিং অমদি শিংথাবা য়ারবা মীওইশিংগা উন্নবা ফংই। মথোয়গা তোয়না উন্নতুনা হারী হাতাই শাবা অমদি মথোয়না কৌবা চাকলেন অমদি উসবতা শরুক য়াই। মহাক্না সরকারনা শিনবা পাওমী অথন্নবা থবতগী ওইনা পুবা প্রেস তুরনচিংবদা য়াওবা ফংই। সবকারগী করিগুম্বা থৌরম অমদা মাগী রিজার্ভ সিট ফংই। প্রাইম মিনিষ্টর অমদি গর্ভনর লোয়ননা চিফ মিনিষ্টর ফাওবা উন্নরগা ইন্টরভিউ লৌবগী খুদোং চাবা ফংই। মহাক্ন মরু ওইবা মফমদা চংতুনা পাও লৌবা ঙমই, খুদোংচাবস্থ পিনৈ।

মানা লৈরুবা মফমদা সরকারগী কাটর, লৌবা টেলিফোন লাইন পিবগী খুদোংচাবা পি। এসেমব্লিগী মীফমদা মহাক পাও-চেন্নুগী মীত্তুৎ ওইনা প্রেস গেলেরিদা ফমত্তুনা পাও লৌবগী খুদোংচাবা পি। মহাক্না অচৌবা মীওইশিং অমদি মীচম প্রজাশিংগা লোয়নত্তুনা লৈবা মীতা ওই। মহাক মশাত্তু পাও-চেন্নু ফোংফমদা লৈরিবা ইডিটর নত্রগা পাওমীশিংনা মথৌদা য়াম্না চিনবত্তুগুম্না চিন্দে। অয়াম্বা মতমদা মাদি মানা মাগী মথৌ শিঙ্গবা অমদি মতম শংবা পাওমী ওইনা, হায়বদি অতোম অবেং ওইনা লেল্লি।

মহাক্কী ইখিবা পাওত্তুনা পাও-চেন্নুনা নোংমগী অচৌবা ওইবা লিদবী পাও ফংবা ওইত্তুনা মাগী মনিং থাত্তুনা নত্রগা স্পীসিয়েল করেস্পোন্দেন্ট হায়না হায়রগা ফোংনৈ। মহাক অসি মীযাম্ন হেন্ন মশক খংবা মীতা ওই।

## স্পীসিয়েল কারেস্পোন্দেন্ট অমনা চেনগদবা গুণ খরদি

(ক) মহাক মথৌনা মরিংজেল লৈবা অম ওইগনি।

(খ) অচৌবা মীওইশিংগা উন্নবদা নাচুংবা অমদি থকৎপা পোক্তব।

(গ) অরোনবা পাও-চেকশিম্ন থম্বা, অমদি মশানা মশাবু থাজবা থম্বা।

(ঘ) মশা খাঙবা কনবা অমদি চোকথবা নাইগন্দবা।

(ঙ) ব্রারীশানবদা নিংথিবা ব্রাহৈ ব্রাতা শিজিন্নবা হৈগনি। মশাগী ব্রাখল পুথোকপা হৈবা, শাওগন্দবা, মীগী পুক্নিং খংগনবা, মীতেক মীরু উগনব, মী লোয়নবা হৈবা, জ্ঞান লৈবা অত্তুগা নিংথিবা লমচৎ লৈবা মীতা ওইগনি।

(চ) মহাক অসি চাঙথোককন্দবা অতুগা পুন্নমক্কী মরুপ ওইবগী
গুণ চেনবা তাই।

স্পীসিয়েল করেষ্টপোন্দেন্টশিংগী মথৌ অসি থোইদোক্না
কিরবা মতাং কয়া লৈ। মতাংতুদা মহাক্ন কিদনা চংতুনা লৌখিবা
পাওতুনা লাপ্প লৈরবা পাও-চেত্তুগী ওফিসতা য়ৌখিতুনা অতাংবা
অরাপ্পগী মরু ওইবা পাও শুইগদৌরিবনি। অতুননি মরু ওইবা
লৈবাক অনি শোক্নবা লালশিংদা পাও-চেশিংনা লালতুগী স্পীসিয়েল
করেষ্টপোন্দেন্ট থাতুনা শেল য়াম্ন খরচ তৌরগা লালগী পাও
লৌই। লালগী পাও লৌবদা পাওমী কয়া মথরাই থাখিবা কোঙ্গাই
য়াওগ্রবনি।

১৯১৪-১৮ অহানবা পৃথিবীগী লালদা পাও লৌবা চংপ
পাওমী কয়া থরাই মাঙখি। অতুগা ভেটনামগী লাল অতুসু পাও-
মীশিংগী খ্বাইদগী লাইবক থিবা লাল ওইখিবনি। লাল অতুদা
পাওমী ৪৫ হাংখি। অমনা থিবা ফংদনা মাঙখি।

খুদোংথিবা কয়া মতম মতমদা মায়োক্নরবসু স্পীসিয়েল
করেষ্টপোন্দেন্টশিং অসিগী থাক অসি য়্নৌরবদি পাওমীশিং অসি
জর্নেলিজমগী লমদা ইডিটরমক্কী অরাংবা পাওমীশিংনা পাম্নরিবা
কমতুমক ফংদে হায়রবসু পাওগী লমদা মুংঙাই শরেপ ফারবা
য়েংবদা মিং পেল্লবা কৌনানা লেং-লুং চংলকপা মতমগী ফৌ
পান্দোং অতুনি হায়বা য়ারে অমসুং লৌসু লৌনরবনি।

# পাও-চেগী মথৌ

পাও-চেনা ঙল্লিবৈ মতমদদি মাগী মথৌ অসি চুম্নত্তগী পাও খল্ল পিবা অতুগা মতু খুম্নাই অমনা মহাক্কী মত অতু উংহন্দুনা খরমখৈ অহোংবা পুবক্লবগী মাইকৈদা মপুং ওইনা লৈরম্বনি। অতুবু ঙসি চাওখৎলবা মালেম অসিদ মীওইবনা চাওখৎপগী খম থেংবগী থাক মীওইবনা মাগী থাক অমদা লাক্লবসি পাও-চেশিং ( প্রেস ) কী মরু ওইবা থৌদাং অসি হেন্না য়ামলক্লে। পাও-চেশিংগী মরু ওইবা থৌদাংশিংদি :—

(১) লমদম অতুদা থোক্লিবা হুংতিগী ওইবা ঈ পাওবু মীয়ামদা মমুংতানা পিব। মপান্দগী লাকপ পাও নত্রগা খুম্নাই অতুগী মপান্দা থোকখিবা ঈ-পাওশিং লমতুদা ফোং ফোংদোক্তুনা তাহনবা অসিনি। [illegible] পাওশিং অতু, রাজনিতিগী মীহং মীপুনগী সরকারগী, ওফিসিয়েল পাও ওইবা য়ারে।

(২) পাও-চে অতুনা 'অতোপ্প' মখলগী কারী কাতাই কয়া মতুং হুঞ্জিন্ন হীরম অমগী মতাংদা ইবা খারেং কয়া তোঙন তোঙানবা হীরমদা খঙ-হৈরবা মীওইশিংন হায়রিবা রারেং-শিংতু ইবা য়াই। মখোয়না ইরিবা রারেংশিংতুন খুম্নাই অমগী লমচৎ শাজং শেমদোকপ, রাজনিতিগী তংতাদবা রারোল কয়া ফোংবা য়াই, ধর্ম্মদা হেঞ্জিনন তৌবা থৌদোক কয়া মীয়ামদা যোংদোকপা, অমদি সরকারদা হীরম কয়াগী

মতাংদা অশোয় অঙাম ইতুনা তকশিন্দুনা অফবা থাখল কয়া লাক্কবা লম্বী পিবনি।

(৩) পারিবা মীয়ামবু নুংঙাইনবা পাও-চেনা কার্তুনগী লাই, গোসিপ কলম, পেন ফ্রেণ্ড কলম হাপ্প, স্পোর্টসকী পাও ফোংবা, থৌনা ফবগী থারী বয়া ফোংবা, কুইজগী কলম হাপ্পনচিংব ফোংব অসিনি। করিগুম্বদা লুহোং কৈহোংবগী থাফম ফোংহুন কৈন্থা অমদি বরগী লাম্ব থিব নোটিশ ফোংবমু মথেল অমনি। ঈশৈগী থা মতাং চানা হাপ্প, মেদিকেলগী কলম, বিজিনেসকী মফম পিহুনা মীয়াম্বু নুংঙাইহনবা হবচাং নাদ য়েক্কনা লৈনবগী মতাংদা শাপ্পা জ্ঞান পিবহুনা অমদি ললোন ইতিকনচিবদসু মতিক চাবা পিবা য়াবা থাখল ফোংদাকপসু য়াই। ছাত্রশিংগী কেম্পাসকী পাও হাপ্পুনা ছাত্রশিংদা ইনিংবগী থাখল লাকহনবা, সাহিত্যগী থারী থাতাইনচিংবা হাপ্পুনা ঙাইহাক নুংঙাইনবা পোৎথানবা তাঙ্কক য়াওহনবা।

(৪) পাও-চেশিংনা পাংথোকপ মথৌশিংগী মনুংদা লন্নাই মীওই নত্রগা সংস্থান নত্রগা সরকারগী ওইব এদভর্টাইজমেণ্ট হাপ্পুনা এদর্ভটাইজমেণ্টকী পাও শন্দোকপা অসিসু অমনি। সরকারগী নোটিশ থোকপা, টেন্দর হাপ্প, কোর্ট নোটিশ ফোংবা অতৈ মখল কয়াগী এদভর্টাইজমেণ্টশিং ফোংবসিসু ফোংলিবা হীয়মশিংহুনা য়াওবা পাওশিংহু মীয়ামদা পিবনি। মসিনা পাও-চেশিং অতুগী আই লাকহল্লি, হিংনবগী মচাক ওইহল্লি। এদভর্টাইজনা পাও-চে অতুগী আইগী চাংদা চাদা ৬০% নত্রগা ৭০% গী চাং লাকহল্লি। মসিনা আইদগী থা নত্তনা হাপলিবা কাংবুশিংগী পাও অতুবু মীয়ামদা মতম চানা খংহন উহন্নবা ওসগী কান্নব লৈহল্লি।

(৫) পাও চেনা মাগী মথোৌশিং অসি তৌবদা খুাইদগী চাওবা থৌদাং অম লৌরিবসি খুন্নাই অমগী ভাশোয় অঙাম য়েংশিল্লিবা অফ ফত্তবা, কান্নবা বাফম কয়াবু থৌগত্তুনা শন্দোকপ অসিস্ত অমনি। মতম পুম্নমক্তা কন্সত্রক্তিব ওইবা বাখল অমদি বারোল পুথোক্তুনা মীয়ামগী সেব তৌবদা পাও-চে অমনা কাওথোকপ য়াদে। মতম পুম্নমক্তা ভারতকুম্বা অয়াম্বা প্রজাশিংনা লাইরবা প্রজাশিং ওইবা লৈবাক অতুগা মীয়ামগী থবক তৌগনি লৈরিবা সরকার পাইরিবা মন্ত্রীশিং অতৈ ওফিসিয়েলশিং লোয়নন কারবার রালাশিংনা নোংম নিনিদা ক্রোরপতি ওইতুনা নিংথৌগী শাজং চৎলকপা কয়া তত্তুনা উনরবপদা প্রেসনা প্রজাশিংগী মাইকৈদা তুংকোইন লেপ্লুনা য়েংশিনব তোকপ য়াদে।

(৬) পাও-চে অমনা পাও পিবদা থম্মোয়দা ফাওগদবসি, মনিং-তম্বা দাইন মশক নিংথিন থংবা, লোথুপ লৌকোই লৈতব, অচুম্ব ভাকপ, মীচং মীথায় নাইদবা, থৌনা ফবা অমদি চংখোনন থবক চৎথবা অসিনি। পাও ফোংবদা লোম্ন থুপ্ন লোম্ন-শেল, থুম লৌতুনা লন্নাই কান্নব মশাগী বাকয় মাংওইনরগা ফোংনবা হোৎ-নরোইদবনি। পাও-চেশিংনা ইথিক্স ভাক্ক চৎকদবনি। য়েলো জর্নেলিজম হায়রিবা হোঞ্জন-শাচন্ন ফোংব থাদোকদবনি।

## মনুং হুজিনবা পাও
## ( দেপথ রিপোর্তিং )

অয়াম্বা পাও-চেশিংনা ফোংলিবা পাওশিং অতু পুন্না পুন্নি মপুং ফানা পিরবা পাওদি ইয়াও য়াওনদে। নিংথিনা পাওতুগী

মতাংদা নাখৈ শেংনা বেকগ্রাউন্দ য়াওনা মমুং হকচিন্ন পিব পাওগী শাওং শাদা অত্তুবু দেপথ রিপোর্তিং কৌই।

হায়রিবা মখলগী পাও অসি পিবা মতমদা থৌদোক অদু থোকখিবগী বারীগা লোয়নননা লৈনরিবা ইরাং, থরুম লৈনবা নত্ত্রগা ক্ষীভম শেংন উৎপ তাই। পারিবশিংনা মমুৎ তানা খংনবা মরিক চুম্বা, মওং তানা শংলবা, মনিং মমাং মাংন্ত্রবা পাও ওইগনি। মপুং ওইনা চাং পুরবা পাও ওইগনি।

দরকার লৈরবদি ফোটোনচিংবা হাপ্তুনা অপাবশিংদা মসি ওইরে হায়বা তাকপ ওম্ব তাঙ্গা অত্তুদা উৎনব হোৎনব। পাওত্তু পিবদা শন্দোক্ল হায়থোৎপগী মহুত্তা অচুম্বা থৌদোকশিং অদু চিৎথদনা তোপ তোপ্প অহানবা পাও খুৎই ইবা অসিনি।

থৌদোক অদু থোকখিবগী শম্লপ্পা অম ইনত নত্তুনা করি কবম তৌত্তুনা থোকখ্রিবনো হায়বগী বারোল ময়েক শেংন মচা খাইন লোনবা অসিনি।

মতাং অসিদা পানবা য়াব থরদি, মহারষ্ট্রগী মতম অমগী চিফ মিনিষ্টর শ্রীএ. আর, অন্টুলেগী মথক্তা 'Indian Express' কী ইডিটর শ্রীঅরুন শোরিনা 'ইন্দিরা প্রতিভা প্রটিস্থানগী ফন্দ লান্ন শিক্তিন্নৈ' হায়ত্তুনা মুমিৎ কযানি চুপ্প মখা তাবা পাও মথং-মথং ফোংলিবা লোয়নন 'Telegraph' কী ইডিটর শ্রীএম, জে আকবরন নোংচুপ বেঙ্গলগী দম দম সেন্ত্রেল জেলদ চংলগ অঙাওবা পেং চোয়রবা মীওইশিংন ক্ষী শেত্তবা মখৈ চাবা থকপ নিংথিন ফংদন শা-ডাগী পুন্সিদগী হেন্ন তোম্বন হীংবগী বারোল ফোটোগা লোয়নন উত্তুনা 'Telegraph' কী ফেব্রুয়ারি ১৭, ১৯৮৩ গী চেফোং চাওরবা পেজ অনি পুল্লপ উৎখিবশিংত্তু দেপথ রপোর্টিংগী শিংথবা য়ারবা মতাশিংনি।

## ইন্সভেস্টিগেসন

মথল অসিগী পাণ্ড লৌবা অমদি পিবগী থবক অসিস্তু য়াম্ন মুংঙাইবা অতুগা লৌরিবা পাওমী অতু হেন্ন খংনবগী য়াথল লাকপ অতুগ পাওমী অম ওইবদা মাইপাক্লবগী মচাক অমনি। মসি দেপথ রিপোর্তিংগী মশা অমস্তু ওই।

পাণ্ড মরৌ অসিনা থৌদোক অতুগী মতাংদ মফম মতম খংলগা ইবা পাণ্ড ফোংবত নত্তনা য়ারীতুগী মচুম্বতু শাগংনবা হোংনবদা মচাক কয়া চংই. হুংবা থিক্তিনব মী উনবা. য়ারী শানখিবদ গী য়াবোল লৌদুন ইবা হকথেংননা উন্নবা য়াবশিংদগী উন্নরগা পাণ্ড লৌবা, অতুগা অচুম্বনি হায়বা পাণ্ডতু ফোংদোকপ অসিনি। মসিনা মীয়ামদা অচৌবা থাজবা অম পি।

থৌদোক অতুদা চেন্নবা পোং চৈ মচাক মথুম রেকোদ অমদি অতৈ মীনা শং-শংনা উবা য়াবা পোংশিংতু য়েংলগা চপ চাবা য়ারোল পিনবা হোংনবনি। পাণ্ডসিনা ফোংবদা চেনবদা য়ারবা মতাং ওইহল্লি। মসিনা পোলিসিনা চৎথবা ইন্সভেষ্টিগেসন মওং অতুদি নত্তে। পাওমী ওইবা তোঙানবা পাওগী শকনাইবা থজিনবগী মওং অতুনি।

তশেং তশেংনা লৌখৎলিবা থৌদোক য়াথোক অতুগী পাণ্ডতুগী মত্তাংদা চপ চাবা শকওংতু শেমজিনবা য়াওদনা ফোংবনি। চুম্ন মী অম হাৎখিবদা অঙকপ থৌদোক অম লৈরবদা মতু শম্না ওফিসিয়েল ওইবা পাওনি হায়তুনা মতং অম ফোংবতুগী মথা তারবদা মীয়ামদা থৌদোক্তুগী মতাংদা চিংনরিবতুগী ইন্নকখিবা পাওতু থিজিল্লগা ফোংবনি।

ইনভেষ্টিগেসন্দা হাৎন শুনবগী পাওহ্নু নত্তনা লাপ্লবা সহরদগী তাম্ন লৈখ্রবা খুঙ্গং অমগী মতাংদা খুঙ্গংচুগী প্রজাশিংনা শেৎপ চাবা ফংদনা হীংবগী মওং, মখোয়দা শেঙ্গাও পাইবশিংনা মীনাইশী মওংদা চেং-চাক খর পিরগা শিজিন্নবা মওং অদুগা, থংনিংদুনা মখোয়গী মচা মশুশিংনা করিশুম্বা মীনি হায়বগী তুংগী আশা উদনা পুন্সি লেনগদবা অমদি লেল্লিবগী মওংদু উৎপ, মখোয়না চহী কয়াগী মনাংদা করম্না হীংলম্বা হৌজিক্ক করম্ন হীংবগে হায়বগী মতাংদা খেন্নরকপা নত্রগা ইহোং হোংদবা থাক্তা হীংলিবদুগী মরিক চুম্বা রারোল, মখোয়না লৈরিবা পৈরবা চরুন কুপ্প লৈর তারগা শাবা য়ুমগী শক্তমনচিংবা মুং ফাওনা লৌবা পাওশিং ফোংবসু ইনভেষ্টিগেসন অমনি।

ইনফেষ্টিগেসন চৎথবদা পাওমী অমত্তনা চৎথবদগী পাওমী খুৎপু অমনা চত্তনা থিরগা মমৈদা পাওশিংদু পুনসিন্নবগা ইথোকপা য়াই। অসুম্ন তৌরগনা হেন্ন নওং তাবা অদুগা য়েংবদা পাবদা মরিক চুম্বসু হেনবনি।

কনাশুম্বা পাওমী অমনা ইনভেষ্টিগেসন তৌগে হায়রবদি মহাক্তা মকোক থোংবা হৈশিংলবা পাওমীদগী হান্ন দরকার লৈগদবা মতাং কয়াগী মরমদা হংলগা অমদি মখোয়দগী নত্রগা মরুওইনা নিউজ ইডিটর নত্রগা ইডিটরদগী অয়াবা য়াওরগা চৎকনি। ইন-ভেষ্টিগেসন চৎথবদা পুং খরদা লোয়শিনবা য়াদবা থৌদোক কয়াসু লৈবনা থিজিনবদা মুমিৎ কয়ানি চংবা য়াবা মতাংসু য়াওবন হান্ন অয়াব লৌবা অদুগা হেন্না খংলবা পাওমী অমদগী হংখোৎলগা চৎপা তাবনি।

হৌজিক্কী খুন্নাই অসিদদি চুম্ন পাও অম ফোংবদগী ইনভেষ্টি গেসননা হেন্ন পান্নক্লে, অদুগা মসিনা দরকারসু ওইরক্লে। নাফল অমগী পাওদুনা পাও-চেনা ফোংবদা মতুগী মাইকৈ অমত্তা ওইবগী মুংঙাইতবা কয়াসু লৈবনা মপুং ইফা ফাদর য়াই।

মীওইংগী পুন্সিদা হেন্ন হেন্ন খেৎনরকপ তোল্ল তারব লাইর অনংশিংনা লেপ্লিবা পুন্সি মরেল অসিগা অৱাংবা থাক্তা হিংলিবা মীওই কাংলুপ অদুগা অনিদুগী মতাংদ তত্তনা উৎপস্ন পাও-চেগী মথৌ ওইরক্লবনিনা ৱাফমসিদদি ইনভেষ্টিগেসন থাদোকপা য়াদে।

Washington post কী পাওমী উদর্বাদ অমদি কন্সটেন অনিনা ৱাটরগেটকী শেগাক কাইরবা পাও মরিক চুম্ন ফোংলুবদগী ইউনাইটেদ ষ্টেটস ওফ আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ট শ্রীরিচাদ নিক্সন প্রেসিদেন্টকী ফম থাদোকখি। গিক্সননা মুংঙাইরবা হৱাইট হাউসকী শঙ্গায় অমদি প্রেসিদেন্টকী চোক্তি থাদোক্লনা চেনখিবনি ইনভেষ্টিগেসনগী অচৌবা খুদোল অমনি।

বিহারদা প্রেসপু মচিন মেন্নবা বিহার প্রেস বিল অম পুথোরকপদা পাও চে শংন বিল অদু পুথোকপগী অরোল অম্ব অমদি মন্নুংন্থ-ঙ্গিনবা পাও থিদুনা মথং মথং ফোংবদগী অমদি প্রেসনা সরকারগী মথক্তা লান্দবদগী মমৈদা বিল অদু লৌথোকখি।

ইনভেষ্টিগেসন হায়রগা (ইনভেটিগেটিব জর্নেলিজম) করিগুম্বা থোদোক ৱাথোক অদুগী মরি মখোং থিগৎলগা মমুৎ তানা ফোংবদুত নত্তে। চৎলগা থিজিন্দুনা পোৎশকশিং উৎপা ঙমদুনা ফোংবদুত নত্তে। করিগুম্বা অচৌবা থৌরাং অম নত্রগা রিপোর্ট অমগী মতাংদা সরকারগী বজেত্তা অশোয়বা লৈবদু নিংথিনা থমদুনা রেকোর্দশিং অদু লৌথৎলগা মচা থায়না খংলগ অচুম্ব চেনব য়াদ্রবা মঙদা ইথোকপা নৈনরগা কাচিন কোয়া ফাওবা চিংথোক্লনা পিরকপা ৱারেং অদুবুম্ব কৌগনি। পুম্নমক অদু পুথোক্তিবৈদা চংব য়াবা মচাক মথুমশিংদদি ৱাত্তনা মাংদা থম-লগা লৈতানা য়েংলগা থিগৎনবা হোৎনবনি।

# ইণ্টরভিউ লৌবগী মওং

ইণ্টরভিউ লৌবগী মওংসি পাওনী পাওমীতুগী হৈজবগী মতাম্ন শিজিন্নবা যাই। অদুগা থঙ্গেশেংনবসু ইণ্টরভিউ অসি পাও ফংবগী মরু ওইবা মচাক অমনি। ইণ্টবভিউনা তোঙান তোঙানবা মীতাশিংগা থেংবনা পাওমী অমগী মগুণ হেঙ্গংহল্লি। মী খং-নবগী খুদোং চাবা লৈহৌই, অদুনা ইণ্টরভিউনা পাওমী অদুগা মীশক অদুগা তুংগী মবি থম্বগী ৱামাং য়ানবা লম্বী অম পিবসু ওই।

করিগুম্বা পাওমী অমনা মওং চুম্ন ফজরবা ইণ্টবভিউ অম লৌবা হৈরবদি মহাক্কী পাওমী অম ওইবগী লমদ হায়ফেৎ মাই পাকপ হৌরবনি লৌনৈ। মরমদি উন্নরিবা মীশক অদুদগী মরু ওইবা ৱাফম কয়া থাজদনা লৌথোকপ অদু ইণ্টরভিউরর অদুগী হৈশিংব ৱাহং অমদি লোয়নবগী নুংঙাইবা অদু লাকই।

ইণ্টবভিউ লৌবদা হেক উনবগা পাওমী অদুন পামলিবা ৱারোলশিং ৱাহংশিং অদু লৌনবনি হায়দুনা প্রপ প্রপ তকশিনবসু য়াদে। অহানবদা মীশক অদুগী হায়ফেৎ মওং মতৌ খংব্র য়েংলগ উন্নবগী নুংঙাইবা মওংদুদা লমজেল চেল্লমদাইদা হকচাং শাগৎহনবা হোনবগুম্ন খবদি ৱামীং অপ তৌনবা মাগী অপাম্ব ৱারী মতেক অমদসু পুথোক্নুন শানখিবা য়াই।

ইন্টরভিউ লৌত্রিবৈদো নহাক্ক মীওই অদুদগী খংগদৌরিবা হৌংগদৌরিবশিংদু করি করিনো হায়ব মমু তানা খংথিবা তারি।

## ইন্টরভিউ লৌবা হৌগৎপা

অহানবদা উন্নগদৌরিবা মীওইদুগী অয়াবা লৌগনি। কনা-গুম্বা মীওইশিংনা পাওমীগা উননবসি ইপা পাথৎপা, ইপাম পানদবা লোয়নন করি খংনিংবদগী তৌরিবনো হায়দুনা ইয়া য়াগন্দবা য়াওই। হান্ন পাওমীদুনা মীওইদুদা লৌদৌরিবা পাও-দুনা নত্রগা ৱাৱীদুনা মীয়ামদ শুংচাইহনবা নত্রগা তানিংবা পোর্কারবনি হায়বগী থাজবা অম পিরগা য়ানিংবা উনরগা ৱারীদু চৎথনবা খুদোংচাবা লৌগনি।

ৱারী শানবদা হংগদোম্নিবা ৱাহংশিংদু পাওমীতুনা মশা মুন্ন খংলবনি হায়না লৌগনি। ৱারী শাননবা হোৎনবদা মীতেক মীরু খংন শিংন, তিন্নবা হৈবা মওং অমদি মরুপ মপাংদোন উনবগী বাফমদু থেংনরিবা মীওইদুগী মওং য়েংলগা চৎথগনি। নমদুনা লৌনবা মরৈগী মওংদা চৎথদনবা হোৎনগনি।

## শেমশাবা

হংগদৌম্নিবা ৱাহংশিংদু হান্ন মাংজোনন শেমদুনা থমগনি। মসি করিগুম্বা উন্নবগী মওং মওংদগী থর শেমজোকপ থৈদোক্ক

লাকপা য়াই। পাওমীতুনা মাবু থারক্লিবা পাও-চেগী মমিং মাগী মিং অমদি ফমম্ভু তাকনি। অতুগা মুপা মুপীতুগী মমিং, শিনফম-নচিংবদি হংদনব হোৎনগনি, মরমদি ইন্টরভিউ লৌগে হোৎনর-ক্লিবতু মহাক্কী শিনফম্নচিংব মিং, ফম খংলগা লাক্লবনি লৌরবনি। মমিং খংদবা মী অমদা মরু ওইবা পাও নত্রগা বারী লৌবা হায়বতুদি ওইবা য়াদবগুম্বনি।

অতুদগী মহাক্ল পাম্বা মওংদা বারী তৌরগা খংনিংলিবা বাহংনচিংবতু থেৎচিলহৌনবা হোৎনব তাই। মহাকপু অহাক্ল থাজবা মীশক অম ওইনবম্ভু বারী অতুনা পুরক্কদবনি।

বারী অদুদা ভাংনরিবা পিরিবা পাও নত্রগা বারোল অদু ফোংবা য়ারবা ভাক্কুবা নত্রগ ‘off the record’ লা হায়না ভাং-নহৌরগা নাখৈ শেংহৌবা তাই। নত্রবদি পুক্লিং লৌশিং ওইনবা হায়থিবা, ফোংবদি পাম্নদবা বারোল থরদ মাগী মিংগা লোয়নন ফোংবা থেংনবদা তুংদা মুংঙাইতবা লাকনি। অমরোমদা মানা লাম্ন লৌখিদুনা ফোংবদা ফজর্গদবা পাওদু ফোংদোকহৌদবদগী ফোংদবম্ভু য়াই।

## নি থিন নোট তৌবা

ইন্টরভিউ লৌরিবা অতুগী বাহৈ অমদি বারোলশিং অতু চিংথদনা নোট Book অতুদা ইশিনগদবনি। বরিগুম্বা তেপ রেকের্দনচিংবা লৈরবদি রেকোর্দ অদুদা চপ চাবা লৌশিন্দুন বাহৈ মচে অম ফাওবা মাংদনবা হোৎনগনি।

ইণ্টরভিউ লৌরিবা মতাংদা চিংনবা তাবদ শেন্নাম্নক্রত্র, থনব চেক য়াওরকপগা শেংদোক্নব হংগদবনি। মতম পুম্বদা মথা তাবা হা লাক্নবা কদ্রিগীনো? করম হায়বনো? হায়বা রাহৈ শিজিননবা চুমই মসিনা চিংনবা কোকহল্লি।

## টেলিফোন্দ ইণ্টরভিউ লৈবা

পাও লৌবগী নিয়মশিংগী মনুংদা টেলিফোন্দা পাও লৌব অসিসু পাও ফংবগী অচৌবা উপাই অমনি পাওগী কাশিংদা টেলিফোন থমদুনা অমদি পাওমীশিংনা মযুমদা টেলিফোন থমদুনা নত্রগা লমখাংদা শেল থাদবগা কনাগুম্বা মীশক অমদা উন্নবগা পাও লৌবা য়াম্ন তোয়না চংনবিবা থৌওং অমনি। ইশা ইশা উন্নদুনা পাও লৌবদা হংনিংবা রাহং নিংথিন মবাং কাইনা হংবগী খুদোং চাবা লৈ। নুংঙাইনা পাও লৌবা ঙমই। অদুবু টেলিফোন্দদি নিংবা থুংদনা লমখাংদা লোয়শিনখিবা য়াই। খুমলকইবা মীশক্তুনা টেলিফোন থমগ্রবদা মথা তাবা উপাই লৈতে। অদুগা হেক পাইবদসু খোন ফজদ্রবদি পাওখুম নথা তানা পিবক্তবসু য়াই। অসুম্ন থোকহন্নিংদবা থৌদোক অদু থোকপাদা পাও যংবগী খুদোং চাবদু মাংজনবনি।

টেলিফোন্দ উনবা অসিদি ইহান হানবদা থাদোকপা য়াদবা নিয়মদি, পাওমী অতুন মশক তাকপনি। অহানবমক্তদা নংগী নমিং তাক্কনি। থবক তৌরিবা পাও-চেদুগী মমিং পনগনি, নশাগী ফম পিগনি, টেলিফোন নম্বরনচিংবসু পিদুনা মরক্তা

তংগ্রবস্নু মথংদা হংলকপ য়াবগী খুদোংচাবস্নু পিগনি। উন্নিংবগী মবম হায়গনি। মীওইদুদা চিল্লবা মতমদ ঙাইহাক তারাদা রাবী শাবদুগী মতম লৌবগী মমলবু পন্দুনা হায়ব ফাওবা কান্নে। মতুংদা হংগদৌরিবা রা অমদি পাও হংগনি। য়ারিমখৈ মনিং মমাং শম্নবা হোৎনগনি।

উন্নবা মতমদা যাবিমখৈ খোন অকনবা শিজিন্নবোই, ব্যাভার লৈতবা "নং-মা" হায়বা তানিংলোযদৌবা রাফম পল্লোইদবনি। ঙমলিমখৈ নোল্লুকপ রাহৈ-রাতা পুথোক্তুনা পেন্নবা হোৎনগনি। নত্রবদি উন্নবিবা মীতুনা নংবু নংগী নখোন অতুনা নং ওইনা উৎপদ পেন্দ্রগদি পাওপিদনা থমথিবা যাই। রাহং হংবা লোযববা মতুংদস্ত মানা উন্নহনবগীদমক থাগৎপা রাহৈ পিত্তুনা থরাই নুংঙাইহনবা তাই।

অতুম তৌববদি মথংদা টেলিফোন্দা অমুক পাও লৌবদা হবাও হবাও যাবিবকন। প্রেসনা মী উন্নবসি অমুক অনিবত্তা লোযবা নওনা মতম প্রশ্নগী ওইবনা টেলিফোন্দা মী অতু থাজবা লৈহনবা চুমই। রাহৈ রাতা ফজত্রবদি মতুংদা পাওথুম পিবক্তুনা পাওগী লমদা চৈথল অম থম্না তাত্তুনা লম্বী অস্নুম অস্নুম কক-শিলকপ ওইনা থেক্কলৌবিবনি।

## পাও ইথোকপা

ইন্টরভিউ লৌবগী লোয়রব মতুংদা পাও ইথোকপসি মশক যজ্জর আর্টস (কলা) অমনি। উন্নখিবা অতুগা, রারী শান্নখিব মমল য়ান্নবা মতাং কয়া য়াওখিবদু ইথোকপা (যোংদোকপ

মতমদা নিং থিজনা পিবা য়ানবা হোৎনজ্রবদি মীয়াম্না চমম্নবা অতুগী পানিংদবগা লোয়নন ইন্টরভিউ তৌগ্রবা মীশক অতুনস্থ পাও-চে অতু পাবদা তল্লগনি। পাওমী অতুগা পাও-চে অসিগী থাক অসি ওইবে হায়না লৌখিতুনা মতুংদা ইন্টরভিউ পিনিংলক্কবা ফাওবা লাক্কনি।

## প্রেস ব্রিফিং

প্রেস ব্রিফিং হায়বসি জর্নেলিজমগী লমদা থবা নৌরিবা এঙ্গাং অম ওইনা লৌনরি। কনাগুম্বা মন্ত্রী, প্রাইম মিনিষ্টর ওইনব মহাক্কী নরবা অফিসিয়েল অতুগা চিফ মিনিষ্টর নত্রগা অতৈ মন্ত্রী ওইবগম্ব মহাক্কা নরবা মচন চৎপা ওফিসিয়েল অমনা থোকখিবা রাফম, থৌদোক নত্রগা থোক্লক্কদবা অমগী মতাংদা মতুং শিন্দুনা চাংবা শেংদোকপ, অইবা রারোল য়াওবা চে য়েন্থোকপা তৌনৈ।

প্রেস কনফরেন্সতা কনাগুম্বা খনগৎলবা পাওমী খবদমক তৌবস্থ য়াওই অতুবু ব্রিফিংদদি জর্নেলিষ্ট অয়াম্বা য়াওনৈ। চাও-রাক্কা চানচিংবা থকমিল্লরগা নত্রগা করিগুম্বা অম চামিল্লরগা চম্ন পাও খরদং হায়নবগী নত্রগা তাক্লবগী তাঞ্জা অম লৌবা ওইনা তৌই।

হীরম অসিদা য়াম্ন শাংনা রাহং পাওখুম তৌতুনা নৈনবা নত্রগা ইন্টরভিউগী মওংদি তৌনদে। অতেনবা এতমদা যাম্ন চিন্দ্রবা মওংদা চে ওইনা থাববুদি শক শক উনরগা হায়নিং।

অমনিদং হায়রহোনবা তাঙ্গা লৌরগা চেৎোল অম শিন্নবা নত্রগা রাকম অম অনিদুং সি লৈবে হায়রহুনা তাকপগী রাদনি। অস্তেনবা মতমদা মুক্তাইবগী রাকমদ উন্নবহুনি॥

## প্রেস কনফরেন্স

প্রেস কনফরেন্স কৌবগী মরমদি কবিগুম্পা থৌরম অম পাইখৎপা, প্রোগ্রাম পোলিসি অম লৌখৎপা থৌরম অমগী মতাংদা তাকহোৎবা য়াদব রাকমশিং ফোংদোকহোৎবা স্ত্রাইক কৌবা বন্দ কৌবা, অতোপ্প শান্ন খোংনবগী প্রোগ্রামচিংবা ফোংদোকপা, অনৌবা মরু ওইবা পাও অম লাকপা, হরাও কুম্মনচিংবা য়োর-কপদা মীয়ামদা পাও-চেশিং রেডিও, টি ভিগী থোংদা পাও ইথোক-লাওথোক্নুনা ফোংদোকপগী খুদোংচাবহুনি।

অহানবদা পাওমীশিং পল্লপ পুল্লবা মতুংদা কৌরিবা মীশক অদুনা কৌবগী মরম পিবগা লোয়নন পিগদৌরিবা রারোল নত্রগা অইব মচাকশিং রেন্থোকপা অমদি পিব তৌগনি। মতুংদা রাহং-নচিংব হংহুবা মখাতাবা পাও লৌগনি।

রাহং হংবা পাও মখাতানা লৌবা হোৎনবদা পাওমীশিংনা মানা অনিংব রাকমশিং পুথোক্নুনা পাওখুম লৌনবা হোৎনৈ। হংলিবা রাহংহুনা মী অমদগী থোরকপা ওইরবম্ভু মহু তুংদদি পাও-চে খুদিংগী অমদি রেডিও টি ভি পুম্বগী রাহং অমদি পাওখুম ওইরবনি।

ৱাহং হংবদা নংহৌরোইদ মতাগুম্ন হাথু হাথু হংজিন্দুনা অতোপ্পশিংগী খুদোংচাবা মাংহল্লোয়দবনি। মানা হংলবদি হংহৌদবা য়াদে হায়ত্তুনা হংবা অমদি মথং মনাও থুগাইরগা মরল্লাইদোনা পংহংদা হংবা এত্তুদা অহৌ পাওমীশিংদা (খায়দো শাওগৎহন্দুনা পাওমী ময়ামদা মরল্লাই কৌরকপগী মতৌত্তু তাহল্লোয়দবনি। পাওমীশিংনা খনগদবসি পাওমী ৫০/৪০ নত্রগা ১০০ তিনবা পুং ১ গী পাওমী মীফমত্তুদা অম অনিনা অহৈ অপা শাত্তুনা তান্ন তান্নত্তুনা হংলগা অতৈশিংগী খুদোং চাবা ফংদব তারগদি মত্তু ফজবা মীফম অমদি নত্রে। পাওমী ১/২ তনা মখোয়গী ৱাখলদগী লাকপা ৱাহংশিংদগী মীফম ওইহনবা তারবদা অত্তুদগী হেন্ন মরু ওইবা হংবা য়াবা অতৈ পাওমীশিংগী ৱাহং লাক্লরোই। শন্না পাওমী অমনা মিনিট ১০ হেন্ন লৌরবদা নত্রগা ৱাহং ৫/১০ তোয়না হংলবদা মা ৯৯ অমদি কমদৌবা তাই হায়দসি পাওমী খুদিংমক খনগদৱনি।

প্রেস কনফরেন্সতা করিগুম্বদসু শাওগৎনবা ৱাহং হংলগা মৈ হৌনত্তুনা জ্ঞান মাংনবা হোৎনরোম্নদবনি। হংলিবসু মীনি খুম লিবসু মীনি অশোম্ন অঙাম অমদি অক্লবা পংথৈ লৈনবা চাক্তুন্নি কাওরোই।

পাওমী মীফমদা ৱাহং হংব মতমদা লন্নাই মী অমগী মওংদা নত্রগা সংস্থান অমগী মীহুৎ ওইনা লাকপদোনা অত্তুগা খুমগ-দৌরিবা মীত্তুবুসু য়েক্লবা পার্টি তিন্নদবনি হায়বগী মওংদা হান্ন খল্লগা মত খেৎনবা উৎথোক্লবা তৌদবা তাই।

মশানা মশা ওইনা লাকপা নত্তে পাও-চে অত্তুগী মীহুৎন্নি হান্নবা নিংশিংলগা মহাক্ত পাওগী শিনযমদা লৈবনি খল্লগা ৱাহং হংবা অমদি ঙাংনবা হোৎনবা চুমই।

মনিপুরদা মন্ত্রীশিংন কৌবা পাওগী মীফম কয়াদা পাওমী-শিংগী মরক্তা পাওমীনি হায়বা কাউথোক্লুনা মশা ওইন নত্রগা মানা য়াওরিবা পার্টিতুগী মেম্বর অম ওইনা আইদিওলোজি থেংনবা লৈহনবগী মওংদা চংথবা মতুনা মীফমতুগী ফজবা শক্তম মাংহনবা কোঙ্গাই য়াওখি। মরৈ ওইনা ভকখৎপা. মওং মরিন নাইদবা লোয়শিন খোমজিনবা নাইররোইদৌবগী মওংদা চংথবা রাহং কয়া হুংবস্থ থোকখিদবা নত্তে।

পাওমী অমনা হুংনিংবা রাহংদু কনাগুম্ব অমনা হুংগ্রবস্থু মানা সপ্লিমেণ্টরী ওইনা হংনবা মতম ঙাইবা য়াই। মরু ওইবা পোইণ্টশিং ফংনরবদা অতেনবা রাহং হংদুনা থরস্থ ফুংঙাইবা মওংদা লোইশিননবা হোৎনবস্থ তৌনৈ।

# ইডিটোরিয়েল ইবা, পুখোকপ

পাও-চে অমদা পাও হাপ্প অতৈ ফিংরনচিংবা হাপ্প অসিনা পাও-চে অতুগী চপ চাবা মগুণ অতু থংবা ওমদে, পাও পিবা, য়াওবগী ৱাফমসিদি পাও-চে অমদগী অমনা থর থর মাল্লদবা মওংদা লাকপা য়াই, করিগুম্বদা ইমান মাম্নবা পাওস্থু হাপনৈ। অতুনা থাক্লৈশেংনা পাও চে অতুগী পাঙ্গল থোনা কয়াম লৈবগে, মতু কন্দাইনো হায়রকপদদি ইদিটোরিয়েল অতুনা হেক-হেক ফোংদোকই। ইডিটোরিয়েল অতুনা পাও-চে অতুগী ৱাখল অমদি মতৌনি। অতুনা কনা কনাগুম্বা পাও চে অদু মপুশিংনা ইডিটোরিয়েল পোলিসি থমদুনা কয়াৎ অমদা চংনবা লাক্লে, চিনবুল লাকপস্থু য়াওনৈ। সরকারনা থোনা ইবা, ইডিটেরিয়েল ফোংবা পাও-চেশিংদা করি করিগুম্বা মতমদা মতু মথা তাদনবা প্রেসর পিব য়াওই, মপুতুগা (প্রোপাইটর) অতুগা লৌতুনরগা ইডিটর শিন্দোক্লব ইনফ্লুয়েন্স পিবা তৌদব নত্তে।

ইডিটরিয়েল নিংথিজনা পিব ওমলবা পাও-চে অতু মাই পাক্লবা পাও চে অমনি থন্নবস্থু লৈ। মশিং য়াম্ন হেক চত্তবা পাও চে ওইরগস্থু ইডিটেরিয়েলগী মাংতম্বা ওক্ল চংলব সরকার অমদা ইথিল পিবা ওম্ন ইডিটোরিয়েল পুখোক্লবা পাও-চেদুদ শক্তি লৈবনি হায়নৈ।

ইডিটোরিয়েল অদুনা মীয়ামদা খন্থনবগী মচাক পি, খুন্নাই অমদা, সরকারদ চাংরব অহোংবা ৱাখল অম লাকহন্নবা মচং ওইবা ৱাখল লাকহল্লি। অদুনা ইডিটোরিয়েল ইবা মতমদা শেমজিন শাজিনবা মওংদা, খোমজিন তাশিন্দুনা ইগদবনি, মীচং মীথায় নাইদব মওংদা পোং অদুগী শক্তম নিংথিনা থংলগা ইগদবনি।

ইরিবা ইডিটোরিয়েল কমেণ্ট অতু ময়েক শেংন মীয়ামগী মাংদা পোপ-পোপ তানবা খুৎইদ পুখোকদবনি।

ইবা হৌনবগী খ্বাইদগী নক্লবা অহানবা মচাক লাংশিনবসি পুখোকদৌরিবা ৱারোলতুগী হৌরবকম পাওতুনি। অমদি অচুম্ব মচাক অতুনি। অমদি ঙসিগী পাও-চেদা ফোংদোক্লবা পাং বয়ানশু ইডিটোরিয়েল লাক্লবা লম্বী অম পিরি। হয়েংগী ফোংদবা পাওছুগী মথক্ত অফ-ফত্ত কয়া অম পুখোক্তুনা ইরগা মীয়ামদ ৱাখল লাকহনগদৌরিবসি ইডিটোরিয়েলনি। মতুংনি কনাগুম্বা পাও-চেশিংনা মরু ওইবা পাও অম ফোংবগা লোইনন মরক্তা ৱাহৈ অম অনি খেৎলগা ইডিটোরিযেলদস্থ য়েংবিয়ু হায়তুনা হাপহৌরগা ইডিটোরিয়েলগী লমাইদা অমুক নৈনতুন ফোংদোক্লরিব।

অদুনা ইডিটোরিয়েল ইরিবশিংনা থৌদোক অদুগী মতাংদা পোং-অম নিংথিজনা থমলগা পাওদুনা কবি কান্নবি, মদুনা কবি মাংলি অমদি তুংদা খুম্নাই অমদা কয়াম শোকপ লাক্কদগে হায়বদু উংলি। মরু ওইবা সরকারগী মীওই মন্ত্রী নত্রগা ষ্টেটকী মকোক ওইরিবা গভর্নর ফাওবনা চংলিবা অকায়বা খোংথাংদুনা অমাং-অতা কয়া থোরক্কদৌবগী ৱার্নিং ফাওবা পিদুনা মীওইদুগী মশাদ অমদি মীয়ামদা মাংজোননা থংহল্লি। মমৈদা ইডিটেরিয়েল অমনা বিচার তৌদুনা য়েংলগা লোয়রকপ মতমদা ৱাহ অম পিদুনা কত্তবা ৱাফম পোন্নাস অমগাদমক্তা অকনবা লাল থেংনবা ফাওবা য়াওই।

জর্নে লিজমগী মমুংদা থ্বাইদগী থোৌনা লৈবা মওংদি ইডিটরিয়েল অসিনু অমনি। মসিনা পাও চে অতুগী মগুন খংহেন হেন্নংহন্দুনা চংপ হেন্নংনবদসু মতোং ওই।

## ইডিটরিয়েল ইবদা খংবা য়াবা পাম্নে থরদি

(১) অহানবা ইডিটোবিয়েল ইবশিংনা অচুম্ব অতু মাংদ থম্বা, কবিগুম্বা চুমদবা পোৎশক অম শাজিন্দুনা থম্বদা মতুগী ইডিটোরিয়েল অতু তাৎনি, হায়বসি খংবা, মহাক্ল লাল্লবা, পাও, পিতুনা অপাবদ শেবান্নবা লমজিংদব।

(২) ইডিটোরিয়েল রাইটরশিংনা কৈদৌউদসু মরাম্নাই কান্ননবনা মাংথাতুনা হায়রোইদবা অম হায়জিন্দুনা নমফু চৎহনবা, অমদি মতুনা কনাগুম্বা অমনা মাবু চানবীনবা নত্রগা নিংশিংবিরব্বা হোৎনরোইদবনি।

(৩) ইরিবা পাও নত্রগা নৈনরিবা পোৎ অতুগী অচুম্বা তাক্ষশিং পিবগা লোয়ননা পোল্লোয় অমসু পিগদবনি। পিগদ্বব শাখ্নিশিং মতাং চানা পগনি।

(৪) লাল্লিব পাও অতুদগী লোৌখৎলগা ইরিবা মীশক অতুগী নিংথিবা পোকম অম পিতুনা মচু তানা থম্বা অমদি লোয়শিনবা হৈগনি।

(৫) ইডিটোরিয়েল ইরিবশিংনা ইরিবতু শেংলবনি হায়বা খনবা জগী থোৌনা অমদি পাঙ্গল লৈবগা লোয়ননা য়াম্ন দিমোক্রেটিক

ওইবা রাখল্লোল অমম থম্নব হোৎনগদবনি। কদৌঙৈদা মানা চুমলে খন্দুনা পোৎশক্তুগী রাংমদা চংনবা হোৎনরোইদবনি। অফবা মীওইশিংনা অফবা থবক তৌরকপগী গুণস্থ থাগৎপা তাই।

ইডিটোরিয়েল ইবা মতমদা পাও-চে অমনা অমবু হুন্দুনা ইবা শিনফমগী রাংমদা লল্লাই মীচং মশোন লৈনবা য়েক্লবদোনা ইদনবা রাখল তৌগনি। ইরিবা বারোলত্নদা মরৈ তুরৈ ওইনা য়াম্ম শাংন অপাবশিংদা চোকথবা মওংদা ইরোইদবনি। অত্নবু রাফমসি লৈত্নুনস্থ ইডিটরিয়েল ইবদা অকক্লবা রাফম অমত্তদা পাল্লগা ইগদবনি হায়বগী অল্লবা ফীরেপ লৈবদি নত্তে।

ইবা হৌরমদাইদা ইগদৌরিবা রাফমত্নগী মতাংদা মাংদা চিংশিল্লগা মশক মুম্ন লাকশিল্লগা ইবদি চংই। শম্ম হায়রবদা চাক তাংবত্ন করিদগী থোকপনো, মসি ফৌথোক রাৎপদগীরা, লৌ শিবদগীরা? ইকং থোকপদগী লাকখিবরা নত্রগা সরকারন পোলিসি শোয়খিবদগী মতম চানা ফৌ রান্সিলহৌদবদগীরা নত্রগা মপান্দা ফৌ-চেং কাহেন্ন য়োস্তোকখিবদগীরা হায়বা।

চাক তাংবত্নুনা প্রজা কয়ামুক শোকহল্লে, শিবা নাবা য়াওরত্র, অরাবা থৌদোক অসিগীদমক্তা সরকারনা কবি থবক লৌখৎলি, প্রজাশিংদা ফৌ চেং অহোংবা মমলদা পিত্র, ফ্রিদ য়েনবা য়াওরিত্র? লোয়ননা থৌদোক অসি থোক্তনবা সরকারন হাম্ম রাখল অমদি থৌরাং তৌহৌদবা, ওথোরিটিগী মরালস্থ তাকপ মথোয়গী কন্দি পিব য়াবা পিনবা তকশিনবস্থ নিংশিংগনি।

ইডিটোরিয়েল ইবদা শোল্লি মাল্লি, মোন-মোন্দুন হায়নিংগুম হায়নিংদবগুম ইব, মথৌ য়াওদবা, বারী লিবদৌনা ইবত্নদি পাও-চেত্নগী মশক থিহনবনি। ইবদা নিংথিজনা তকশিন্দুনা ফোসফুল ওইবা লমদা ইগনি। পিব য়াবা অথৌবা অকনবা মত পিগনি। রাহৈ রাতা তোমথিল ওইবা শিজিন্নগনি।

# হেদ লাইন শেম্বা

হেদ লাইন হায়রিবা পাও অমগী ৱারেং অমগী মকোক্তা মমিংগী মতৌগুম্ন অতেনবা ৱাহৈ খবমা য়াওরিবা পাওতুগী মশক তাক্লিবতু য়াম্ন মক ওইবা অমনি।

হেদ লাইন ইবসি তোপ তোপ্প তোঙনবা মশক অমনি। মথল অসিগী খোঁ অসিদি নিংথিরবা মহৈ অমনি, কলা অমনি। হেদ লাইন উবদা পাও-চেত্নগী পাওশিংতু পানিংবা পাও ওইনা উহনগদৌবিবনি। পাও-চেতু মক চংবা ওইনা উহনব অসিনচিংবা ৱাকম কয়া হেদলাইন্না পিরিবনি। মসি হেক উবদা মিং পেনবা জগোইগী শাথেক অদুগা মতাং চানা চোলোম্ন তৌবা পুঙগী তাক্কক অমনি হায়না লৌব। য়াই।

হেদ লাইন্না পাওতুগী হেক য়েংলিবা মাই মীং ওইবনা ককজনা হাপত্রবা, ইত্রবদি, মীংশাং থাংলবা মাই তাত্রবা অমদি পাওতু দিস ফিগর ওইরবা, মীয়াম মাংদা পুথোকপদা লেমত্রবা অম ওই।

হেদ লাইন ইবসি তরাই তরাইনা খন্দোকপ য়াদব অরুবা শিন অমনি। হেদ লাইন অদু অম হেক্তা থোনশিনবদি য়াই অদুবু নাতৈ চাত্রবা মওং মতৌদা চংখোনত্রবদি পাও চেতুগী মীংচং হস্বরকই।

ককজদবা হেদ লাইন অমনা মতুংগী ককজরবা মরিক চুমলবা পাও অম মাংহনগদৌরিবনি।

হেদ লাইন কোন্সিল্লিবা মরু ওইবা ৱারম অমদি মপুং ওইবা থরদি :—

(১) প্যাও অমবু অসিনি, অমদি অসি ওইরমগনি হায়বগী অহানবা উৎপ।

(২) পাও-চে পরিবশিংদা পাও অতুগী মন্নংদা য়াওরিবা পাও নত্রগা ৱারেং অত্থু অসিনি, হায়তুনা খ্বাইদগী লিক্ক থম্বা ওহাংবা মফমদা ফোংদোকপ।

(৩) অপাবশিংদা পাগদৌরিবশিংতুগী মরু ওইবা অহানবা ৱামাং য়ানবা পাওনচিংবা উৎপা।

(৪) মীয়ামদা পাও-চেতু অসিনি হায়ন খংহনবগা ইরোয়নবা পাও-চে অতুগী মশক চংথোন্ন উহনবা।

(৫) পিবিবা হেদ লাইন অতুনা পাও-চে অতুগী পাও শেং শাবদা অমদি লাস্থোকপদা পাও কদাই যাওবা চিংথত্রে হায়বা, পিবা। হেদ লাইন পিব মতমদা পাও-চে অতুগী কলমগী পিকপা চাওবগী শাওং-শাদা ময়েক, পোইন্ট কয়ানা লৈবা, ইউনিট অম, নত্রগা অম ভংথাইগী ময়েক কয়া য়াওবা, কলমতুদা হায়রিবশিং অসি হাল্লদা চানগত্র হায়বা য়েংগনি।

## চংত্রবা য়াত্রবা থরস্থ

হেদ লাইন পিবদা পাও ইল্লিভৈদা হান্ন পিথোক্লবা লাক্লদনা পাওতুগী নত্রগা ৱারী ১দি ফিচরতুগী অপুং ওইবত্থ য়েংলগা থোনগনি

থ্বাহেং নম্রগা পাওহু মমু তানা পিগনি। অহুদগী মরু ওইবা পোইন্টশিংহু নিংশিংগনি। খ্বাইদগী তেনবা অহাংবা মফমদুদা ফজবা লোন্দা ৱাহৈ থ্বাতা শিজিন্নহুনা ইগনি। মওং তাত্রবদি হায় ইথোক ইশিন তৌহুনা শেমদোক্লনি।

(ক) ৱাহৈ অনি থোকপ হায়বদি মান্নদবা পোইন্ট অনিগী ওইবদা অনিহুপ্পী অর্থ পুথোক্লনি।

খুদম ঃ—

# পঞ্জাবকী মন্ত্রি মন্দল চাওথোকখ্রে কেবিনেট ৩ ষ্টেট ২ দিপুটি ২২ ৱাশক লৌখ্রে

(খ) ইংরেজিগী পাও-চেদা ওইরগা আর্টিকল a, an অমসুং কঞ্জুগসন শিজিন্নরোই।

(গ) পাও-চেহুগী কমেন্ট ওইনা পাও অমগী হেদ লাইন পিবদা হাপলোই।

(ঘ) নাতৈ চাদবা ৱারী ওইনা য়াওরিবা পাও পুম্বহু লিনবা হোৎনহুনা হেদ লাইন শেম্নবা তৌদবা।

(ঙ) দবল কোতেসন পিহুন হেদ লাইন ইবগী মহুত্তা সিংঙ্গল কোতেসন শিজিন্নহুনা শেমগনি।

(চ) হায়ফেন পিবা ৱাহৈ শিজিন্নরোই, হেদ লাইন অহুনা ছীরন অনিদা খংহনবা ওইরগদি 'অমসুং' হায়বগী মহুত্তা সেমিকোলোন শিজিন্নগনি verb লৌথোক্কে হায়রগদি কোমা ( , ) শিজিন্নগনি।

(ছ) করিগুম্বা হুরান চিহ্নি অহুগা হাৎনবদগী মতাংদা থৌদোক্কুগী মফমহু পল্লোই, পন্দবহুনা পাওহুগী পানিংবা বদাইদা থোক্লিবনো

হায়রবতু লাংতক্লহনবা হেল্লি। অমসুং হেদ লাইন পারগা তোক্লবা মচাক অম ওইন্দে।

(জ) Abbribiation শিজিন্নবদা মীয়াম্না খংনরবা খুৎলোইরবা শিংতু শিজিন্নগনি।

## কেপসন হাপ্প

পাও-চে অমগী লামাইদা থোদোক অমগী মতাংদা য়াম্না ময়েক শেংনা ফোটো নত্রগা কারতুন্নচিংবা হাপ্তুনা মরু ওইবা পাও অম পিবতুনি কেপসন হাপ্প নত্রগা পিবা হায়বসি। অসিগুম্বা মখগী পাওসিনা অপাবশিংদা য়াম্না নুংঙাইনবা পোৎশক অম নত্রগা থোদোক অম নকশিন্ন উহল্লি। মথল অসিসু পাও পিবদা অচৌবা চানিংনা চাবা এঙ্গাং মথেল অমনি লৌনৈ।

ফোটোনা থোদোক অমবু উত্তুনা তরু তরুনা খংহনবগী মতাংদা নিংশিংবা য়াবঙ্গি রোবাট কপা কৌবা চহী ২২ দা ঙাইরিব হঙ্গেরি মচা অমনা ১৯৩৬ কী মনুংদা নোংম স্পেনিষ্ট সিভিল বার তৌরিবৈদা লান্মী অমদা নোংমৈনা পাম্বদ মখুৎতগী নোংমৈ থাদোকপা অতুগা মশাতু 'আ' লাওরগা লোংথোক্লগা তুরক্কদব খুদক্কী হকথেংননা কাপ্প ফোটো অম লৌহৌই, ফোটোতু মহাক্ত চেৎনা থমজিনখি।

হায়রিবা হেক য়েংবদা থুক লাওবা ফোটো অসি মানা 'লন্দন ব্রিজ' দা থাহুন চেফোং অসিদা হাপখি। হায়রিবা পিকচর অসিন লালগী ফোটোশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ফাওবা পৃথিবীগী

লালশিংদা লৌবা ফোটো ওইখি। মথং মথং পৃথিবীগী মফম কয়াদা চৎখি।

তাংলব ফোটোঅসি লৌখিবা কপা ১৯৫৪ দা ভেটনামগী লান্দা লালগী ফোটো লৌবা চৎপদা থাই বিন্দ নোংমৈন পান্দুনা শিখি। মহাক অসিনা ভেটনামগী লান্দা শিখিবা আমেরিকাগী অহানবা পাওমী ওইখি।

ফোটো হাপ্প অমদি হাপ্পবগী লৌবসিস্থু ফোটো জর্নেলিজমগী মথেল অমনি। হীরমসিগীদমক্তা তোঙানবা লম অম লৈ। হাপ্পদা ময়েক শেংবা ফোটো থনগনি। ফোটো পিবস্থু পাও পিবনি। হাপকদবা ফোটোদু অনৌবা ফোটো ওইহনগনি। অহল ওইরব মন্ত্রী ১ নত্রগা চহী ৪০ শুরবা অম রাশকপগী নত্রগা শিবগী ফোটো হাপ্পদা মানা চহী ২০ শুরবপগী ফোটো হাপ্প ভাববদি পিরিবা পাওদু ময়েক শেংদ্রে লৌগনি। অপাবা অয়েংবদুনা থংগদৌরিবা অমাদ থংনিং য়েংনিংগদৌরিবদু ফীভম মতমদুগা চানবা ফোটোদুনি।

অস্থুম্না কেপসন হাপ্পদা ফোটো হাপ্প পিবদা কলম ২ নত্রগা ৩ নচিংবা কনবা য়াবা মৎংস্থু য়েংগনি নত্রগা য়াম্ন পাক চাওনা কলম কল্লস্থু অপাবশিংনা চোকথবা নত্রগা তনথবা লাকনি।

কবিগুম্বা ফোটো যিচর ওইনা ফোটো ভাক্তগীনা মপুং ওইবা লমাহ কনবা ফোটো পিবস্থু য়াই মথল অসিগী ওইবা ফোটো পাও আসস্থু য়াম্ন মক ওইবা অমনি।

## ফ্রি লেন্স জর্নেলিজম

ফ্রি লেন্স ওইনা পাও-চে নত্রগা অতৈ চেফাংশিংদা পাও নত্রগা তোঙান তোঙানবা হীরম অমদা নত্রগা হীরম কয়াদা থুদোক

তমলিব মীশক অমনা পাও-চে অতুগী চাংনাইনা তলবনচিংবা ফংবদি নত্তে। ফ্রি লেন্স অমনা খাংবা কনবগা লোয়নন ইবা খোংপ অতৈ পাও খোন্বা খোংপগী থবক তৌবগী মতাংদা মনিং তম্ন পাও থানরগা মাগী মফম লৌরগা খুংইতুনা য়ানরবা মতুংদা মানা ইরিবা খুদিংগী ওইনা পিফম থোকপা শেল পিনৈ। নিং-থিনা মমাং লৈরবা অইবশিংগীদি ফ্রি লেন্সর ওইনা ইবা পাও হাপ্পদা থোয়দোক্ল বাদনা লৌশিন্নৈ।

পাও-চে অমদা ( নুংতিগী ফে ংবা ) নত্রগা মেগাজিন অম অমদা ফ্রি লেন্স ওইনা ইরগা থানবদা পাও-চে অতুগী অরেপ্পা বলমতুগী পিনবা অইমল অম লৈনৈ। কনাগুম্বা অচৌবা পাও চে নত্রগা মেগাজিনশিংদা আর্টিকল অমদা লুপা ৩০০ দগী ৫০০ ফাওবা পিবা। অতুগা ১০০দগী ৩০০/৪০০ ফাওবা পিব কাংবুম্ লৈ। করিগুম্বদা অচৌবা আর্টিকল অমদা লুপা লিশিং কয়া পিবম্ য়াওই।

ফ্রি লেন্স অমগীদমক খুন্নাই অনদ থৌরম পাংথোকপদা পাওমী অমনা ফংবা মাগী মফম রিজার্বেসনচিংবা ফংবদি নত্তে। থাগী তলবনচিংবা ফংদবগুম্না মাগীদমক নিংথিন। শিন্থা অম য়াত্তুনা পিবম্ নত্তে। পাওমী অমনা ফংবা প্রেস কন্দকটেদ তুর, প্রেস কনফরেন্সতা য়াওবগী খুদোংচাবা, অমদি ইন্টরভিউগী খুদোংচাবা ফদে। করিগুম্বদা মাবু মশক খংবদা থাজতুনা ইন্টরভিউ পির-কপগী বাদি অতুম ময়াবনি। মখোয়দা পাওমী অমদা পিবা খুদোংচাবদি লৈত্তে। অতুনা মখোয় অসিগী কাংলুপ অসি মতম মতমগী বাইবা ওইনা তৌবনি।

ফ্রি লেন্সর অমনা পাও অম মরিক চুম্ন পিরকপা মাগী পাও-চে নত্রগা মেগাজিন অতুদা তত্তনা য়াওবকপ মাগী মমিং চংপা ভমহল্লি। মতুগী লুংভাইবা অতু ফংজৈ। করিগুম্বদা ফ্রি লেন্সর অমনা পাও চে অমদা লৈভানা থবক ফংলবা পাও।

অমদগী হেন্না পাম্নরকপ মতমস্থ লৈতবদি নত্তে। অস্থন্না লাকপ য়াওরকপদা ফ্রি লেন্সর অমনা কদাই ফাওবা মাই পাকপগে হায়বত্থ খংনৈ। ফ্রি লেন্সর অমনা করিগুদা মরু ওইগ্রবা পাও নত্রগা ফোংটোনচিংবা পিবদা খ্বাইদগী ফজবা পাও নত্রগা পিকচর মখল ওইখিত্থনা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎনবস্থ লৈখি।

নিংশিংবা য়াবা অমনা নোংম লৈখিদ্রবা ( ইউ এস ) আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ট শ্রীজোন কেনেদিগী নুপী জেকি কেনেদিনা আমেরিকাগী ব্বারেন্টোন্দা লমচ্ছই তানবা খোংচং অম চংখি। মহাক্ত শগোল অম তোংত্থন শাদানবা চংপসিদা শাম্বল অমগী মনাক্তা শগোল থৌজিল্লুবদগী শগোলত্থ চোংবদৌনা শম্বলত্থদা ফুজিনখি অত্থগা শগোল অত্থ লেপখি। অত্থদগী শ্রীমতি কেনেদিনা চোংখৎগ্রবা শগোলত্থদগী হুনবোয় চিংবোয় তৌরগা নান্থরকখি, মতমত্থদা শগোল মকোক অত্থ থক-খাদা হুনখি অত্থগা শ্রীমতি কেনেদি থাদরমলে। তাঞ্জা অত্থদা শ্রীমতি কেনেদি শগোল মকোক্কী বাংমদা পাইবগুম্ন লৈখি। মখোংত্থ অতিয়ারোমদা হায়গৎখি।

অসিগুম্বা প্রসিদেন্টকী নুপী অমনা চম্না শাদানবা চংপদা তাংলবা থৌদোক অম থোখিবত্থ মারসেল হোকিন্স কৌবা ফ্রি লেন্স ফোটো গ্রাফর অমনা ফোটো লৌহৌখি।

থৌদোকতুগী ফোটোত্থ পুং খরগী মতুংদা হোকিন্সতগী পাও-চে অমদি মেগাজিনশিংনা লৌনবা হোৎনবদা অচৌবা মস্তিক্রবা অম লাকখি ; ফোটো অত্থ ফংনবা ব্বাশিংতনগী 'Star' না অহানবা ওইনা দোল্লর ২৫০ হুনখি, মথংদা 'Life' না দোল্লার ৫০০ পিরগে হায়খি মতুংদা এসোসিয়েটেদ প্রেসনা অমদি ইউনাইটেদ প্রেস ইন্টরনেসনেললনা ফোটোত্থ লৌনবা অমুক মমল হুনবা য়াওখি। অত্থদগীদি মতম অস্থম অস্থম চোম্বরক্তনা মমৈদা মাস মেদিয়াগী ইতিসহতা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা ফোটো ওইখি। মতম খরগী মতুংদা

'Life না হোকিন্সতা দোল্লার ৩৫০০ লুপা লিশিং ৪৫ হুনব্না হুনবা ঙমহুনা ফোটোহু পাইখি। 'Life' তা ফোটো অসি হাপ্পদগী পৃথিবীগী পাওগী লমদা থাজদনা তাংলবা ফোটো অম ওইরক্নুনা মথংদা লন্দনগী 'Daily Express' ন হোকিন্সত দোল্লয় ৪৫০০, লুপা পিহুনা মীরৈবাক্তা ফোংবা য়াবগী অয়াবা লৌহুনা ফোংখি। লোয়নননা মখা তাবদা অতৈ মীরৈবাক্কী চেযোং খরদা ফোরেন কল্ট্রেক্ট অম ফংহুনা পুন্না দোল্লার ৯৫০০ লুপা ৯৫,০০০ গী শেনফম খোমগংখি।

অস্নুন্না ফ্রি লেন্সর অমনস্নু পাওগী লমদা মতোমতনা থব্রাই য়াওজরগা কবিগুম্বদা য়াম্ন তোমখিল ওইবা পাও নল্রগা ফোটো-নচিংবা লৌহৌরগা ফাওরবা পাও নল্রগা ফোটো ওইহন্দুন শেল হেন্দোক্ল তানবস্নু ঙমই।

## কলমনিষ্ট

কলমনিষ্ট হায়ব অসিনা পাও-চে অমদা নল্রগা মেগাজিন অমদা তত্তনা মাগীদমক্ত কলম অম কাইথোক্লগা মুংঙাইবা মওংগী ব্রারোল ইবহুবুনি।

কলমনিষ্ট অমনা অব্রাবা মুংঙাইবা অকিবা অমদি থৌদোক ব্রাথোক কয়া ওইনা ইহুনা প্রজাশিংদা খংহল্লি। কলমনিষ্টশিং অসি থোয়দোক্ল মম্নিং লৈরবা অইবা নল্রগা পোৎথারবা পাওশিংনা ওইবনি। মুংতিগী ফোংবা পাও চেশিংনা নল্রগা. মতম নাইনা ফোংবা মেগাজিন অমদি চয়োলগী চেফোংশিংনা কলমনিষ্টশিংগা

ঙাংনরগা রা লোইক্লরগা চাং নাইনা ইবিররক্লবা হোৎনবনি। কলকটাগী 'Telegraph' তা রজিন্দর পুরি অদুগা বোম্বেদা ফোংবা চয়োলগী চেকোং Blİz দা কে এস অবাস অদুগা, Sunday দা কুলদিব নায়ার অদুগা কুসবান্ট সিংহ, ফীলমগী মেগাজিনশিংদা আর এস জোহারনচিংবা মতম মতমগী মুংঙাইরবা রারোল পিদুনা চাং নাইনা ফোংলিবশিংদু কলমনিষ্ট অমগী মশক তাকপনি।

মখোয়না ইরিবশিংদু মীয়ামগী মতকী মওংনি, মসি ইডিটরদা পিবা চিঠিগী নোমুনাগদি মান্নদে। কলমনিষ্ট অমনা ইরিবদি থৌদোক রাথোক অমদা মুংঙাইবা মওংদা নৈনবা, অফবা নত্রগা অশোয়বা কয়া উত্তুনা অপাবশিংগী পূক্লিং লাইনা চিংশিল্লি। মখোয়না ইরিবা পুথোক্লিবা কলমদুনা অপাবশিংদা হঙ্গাম মরুগী অচাব খিত্তং তংবগুম্ন মচেত্তা য়ং লাওহনব ঙম্বনি। অপাবশিং কয়ানা অহৈবা কলমনিষ্টশিংনা মথংদা করি ইরক্কনি, হায়বগী মুংনাংবা অমদি লাংতক্লবগা লোয়ননা পাও-চেদুগী মথংগী চেকোং ঙাইদুনা লৈবা য়াওই।

কলমনিষ্টশিংনা শিজিন্নবা রাহৈ রাতাশিংদুন অহোংবা রাহৈ রাতাদি ওইরবসু পাররোয় হায়বদুদি হেক্তা য়াহন্দে। মহাও অম লৈহল্লি। অদুনা অফবা কলমনিষ্ট অমনা পাও-চে অমগা শন্নবদা পাও-চে নত্রগা মেগাজিন অদুগী মমিং চৎহনবদা মজেং পাংই।

# ফিচর ইবা

ফিচর ইবসি ইরিবা মীহুগী মম্নিং পিরগা ইরিবা ৱাবেং নত্রগা ৱাবোলহুগী মতাংদা মনিং মমাং লৈবিবা ৱাফমশিং পল্লগা পুখৎপনি। ফিচর অসি কনাগুম্বা লম অমদা এক্সপার্ট ওইরবা. স্পিসিযেলিষ্ট ওইরবা নত্রগা পাও-চেহুগী ইডিটর, পাওমী নত্রগা খং হৈরবা মীওই অমনা মানা থৱাই য়াওবা হীবম অমদা নত্রগা হীবম কযাগী মতাংদা ইনৈ। ইগদৌরিবদ্ বাজনিতি, মেদিকেল, ফীলম, ঈশৈ নোংমাই, শেল থুমগী, লালগী পাওমী মতাংনচিংবদা ওইবা যাই।

ফিচর ইবদা যাম্না নুংঙাইরিবদি পিবিবা পাও নত্রগা ৱাফম অদ্গী ৱারোল অদু নিংথিরব মকুপ মতা শুনা য়াওবগা পুথোপ শুম্বনি।

ফিচর ইবদা তাংকক অহুমগুম্বা থমলগা ইগনি। অহানবা অনিস্থবা নত্রগা ময়াইগী মতাং অদুগা অরোযবা শকক হায়বসিনি। করিগুম্বা অচৌবা মীওইশিংগা উন্নবগী ৱারী ৱাতাই অতু ফিচরগী কলমদা হাপনহু য়াওই। ইবা মতমদা নিংথিনা অচুম্বা ৱাফমশিংহু লৌখক্কুনা থমলগা অনানবা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নরগা হনৈ। হাথু হাথু ইবগী মহুত্তা খর মাংজোননা শেম শারগা মমৈদা অরোইবগীদা মত অমদা য়াওহন্নৈ।

ইবদা রাজনিতিগী হীরমদা ওইরগা প্রেসিদেণ্ট নত্রগা প্রাইম মিনিষ্টর খনখিবদা করম্না খনখিবা, করম্না থবক হৈরবা সিজন ওইরবা

অহ্নগা মঙোন্দগী করম্বা লৈবাক্কী আশা তৌবা য়াবা পোলিসি লাকপা য়াবা হায়বগী মতাং ফাওবা পীবা ঙমনৈ। অফবা মী, ওইরবস্তু মানা শোনবা লৈবা মতাং কয়াদা মমাংগী অশোয়-অঙাম-শিং লৈখিবহু উত্তুনা অসিগুম্বা মীতানি হায়না উৎপা। লোয়ননা স্নুপা অসিগী লাইবক শেমদোকপা ঙম্বা মীতারা ঙমদবা মীতারা, হায়বনচিংবা পীহুনা সধারন অপাবশিংদা তংতাবা খাখল, মমু তাবা জ্ঞান পীনবা হোৎনবা ঙমই।

ইবা মতমদা ইরিবা নহাক্কী ইন্টরেষ্ট অহুনা অপাবগীস্তু ইন্টর-রেষ্ট ওইগদৌরিবনি খঙনা চেকশিন্না ইবা তাই। ফিচর ইবদা মীওইবগী পুন্সি বারীগা মরি লৈনবা বারীনচিংবা ইবস্তু লৈ। ফিচর ইবদা খুৎলোয়রিবশিংগী মন্নুংদা পাক-শন্না মথৌ তৌরবা ইবগী ফজবা বাখল লৈজবা পাওমীশিংনস্তু ওই। মখোয়না থেংনখিবা থৌদোক বাথোকশিং অহুনা বাখলদা চিংশিল্লক্তুনা অমুক ইথোকপদা তোপ তোপ্পা জ্ঞান অম লাকই।

ফিচর ইবদা মীওইবগী লম্নাই বারীহুদা হুংঙাইরবা বারোল হাপ্তুনা অপাবশিংগী থম্মোয়গী মীনোক তমহনবা মওংদা শেম্বস্তু য়াই। হকথেংনবা বাহৈশিংগী মতাংদা কোতেসন হাপ্তুনা মশা মশাদা তং পান্নবা, মুনবা থাক অহু ফাওবা থিংজিন্দুনা ইবস্তু মথেল অমনি।

যিচর নিংথিনা ময়েক লানা লানা ইবা ঙম্নবা মশক থোকপা ফিচর ইবা হৈরবদি হায়রিবা পাওমী অহু জর্নেলিজমগী লমদা, মায় পাক্লবা পাওমী অমা ওইরে হায়না শীংথানৈ। ইবদা থোয়-দোক্লা অপাবশিংদা পুক্লিং হুনবা ইবশিংগী মন্নুংদা সরকারগী, হবাইট পেপর রেকোর্দ অহুগা একোর্দনচিংবা পুথোক্তুনা হাপ্লগা কনাগুম্বা এম পি নত্রগা মন্ত্রী নত্রগা মীং লৈরবা রাজনিতিবালা অমনা ইবা মথল আসম্ন অম ওই।

অতুনা আমেরিকাগুম্না লৈবাক্কুদি ফিচর ইবগীদমক ইউনিভর-সিতিন'চিংবদা ফিচর ইবগী ট্রেনিং কোর্সন'চিংবা হাংতুনা হ'রম অসিদা স্পিসিয়েলিষ্ট ওইনবা হোৎনরি। ভারতুদি হীরমসিদা ট্রেনিংমক তোঙান্না লৈত্রগস্থ পাও চে অচৌবশিং মেগাজিনশিংদা হীরমশিংদা খঙ-হৈরবা মী'ওইশিংনা অচৌবা কলম কন্দুনা ফিচর ইনৈ। ভারতকী পাও-চেশিংদা ইনরিবা ফিচরশিংসিম্ব নিংথিজনা মগুন লৈরবা কয়া য়াওরি। ফিচবনা মীয়ামদা সোসিয়েল এজকেসন পীবা তোপ-তোপ্পা মথেল অমস্থনি লৌন্নরিবনি। কলকতাগী 'Telegraph' ন চিংবা চেফোংদা মমিং লৈববা ইকনোমিষ্ট অমদি নোংচুপ বেঙ্গল সরকারগী শেল-থুমগী মন্ত্রী ফাওবা ওইরম্লবা ডাক্তর আশোক মিত্র ১দি মধু লিমায়ে, পাও-চে'সিদা ইদিটর এমঃ জে, আকবরনা পাও চেগী পাক্লবা লমাই তংখায়দগী পুরা লমাই থুংনা ইবা ফিচর আর্তিকল কয়ানা খ্বাইদগী নৌরিবা থোদোক ৱাথোক কয়াগী মতাংদা পুক্রিং চিংশিনবা পাওগী ৱারোল পীরি।

ফিচরনা থুন্নাই হায়না প্রজাশিংদা অহেনবা ৱাখল লাক-হনবা য়াওদবস্থ নত্তে। অতুনা ফিচর ইবদা অন্নবা অনানবা ৱাহৈ ৱাতা ১দি শেংলবা চুম্লবা রেকোর্দ উৎপগী মথৌ অমস্থ লৈরিবনি। ৱাহৈগী ইনাকখুনবা, জ্র জ্র চৎপা ৱাহৈ শিজিন্ন-হুনা মথেলদু মতা অমগী মহাওস্থ হাপ্পা ঙমগনি।

অতুনা অফবা অহৈবা ফিচর রাইটর অমনা মতিক চারবা পাওমী অমা ওইরবনি লৌরবনি। অমরোমদা অফবা রিপোর-টর অমনদি অফবা ফিচর রাইটর অমা হেক্ত ওইবদি হেক্তা ঙম্বদি নত্তে।

# ফিলমগী মতাং

পাও চেশিংদা ফিলমগী অতুগা অতৈ লিলা, যত্রাবালি-মচিংবগী কলম লেপ্পুনা পীবা নত্রগা মরক মরক্তা পিবা লৈ। হিরম অসিদা পাও পীবা, পাও ইবসি যাম্মা পাক্না মুংঙাইবা, হরাও ওয়াম্বা মখল অমনি। ইবা মতমদা মহাক্না ফিলমগী ফোটোগ্রাফর নত্রগা ডাইরেক্তর হায়বা বোল লৌরগদি ইরোইদবনি। মহাক্না ফিলমতুদা করম্বা লমদা কাবা পীবা অমাঙবা পীবা, অশোয় অঙাম পুথোকপগী চংথোনবা মওংনচিংবা কাপ্তিল্লগা ইনবা হোৎনপনি। ডাইরেক্তরনা লাম্না পহনবা যাওবা, লৌনিংবা রোলদা মাই পাকপা য়াওবা অঙ্কাওবা কোমেদিয়ান অমনা ভাবুক্তা কয়াম পেলহনবা কয়াগী মতাং পুনা হেংগনি।

মৈনবতা নত্তুনা মপুং ওইবদি, অনৌবা ফিলম পুথোকপগী পাও, ফিলমতুগী মরী, অঙ্কাওবা দাইরেক্তর এক্তর এক্ট্রেসকী পাও, ফিলম নমফম সিনরিশিং, ফিলম কাপ্পগী পাও, কেমেরা-মেনগী তোঙানবা হৈশিংবা উৎপা য়াই। থাজদনা ওইরকপা ফীলম ষ্টার অতুগা ফীলম উৎপদা মীয়াম্না পাম্নবনচিংবসু উত্তুনা মথেল পুম্না শুহনবা।

## স্পোর্টস

স্পোর্টসকী মতাংদা ইবদা, মহাক্না চাওরাকপা রুল খরা খঙ-জোক্লগা শান্নবা অতুগী মরমদা মরিক চুম্বা পাও ইনবা হোৎনগনি। মমিং লৈরবা শান্নরোইশিংগী মমিং খঙগনি। শান্নবগী মতিক মগুণ, দিসিপ্লিন লৈবা তোপ তোপ্পা স্কিলনচিংবা য়েংশিনগনি। জর্জগী হৈ-শিংবা ফজবা মতাং কয়াদা নোট তৌরগা ইবদা হাপ্পবা হোৎনগনি।

শান্নবদা শোয়খিবা, হৈতবা, অশোয়বা কয়া নাম্বোক্তনা ইগনি। পাঞ্জিল চনখিবা শান্নরোইশিংগী মীং রেকোর্দ তৌ‌ংগা লোয়ননা কাওদনবা হোৎনগনি। ইহান হানবগী তৌগদবদি শান্নবোইশিংগী মীং খঙজিনবা। অতুগা মখোয়গী মরক্তা হান্নদগী ফাওবা অয়াওরগস্ত্র সুম্নিত্তুগী ফজবা মতাং যাওরগদি অনি শুনা শীংথাদুনা ইনবা শেম শাগনি।

ওন্নবদি স্পোর্টসকী ঈ-পাও লৌবদা শান্নরোইশিংগা মরক মরক্তা উন্নরগা মখোযগী রাখল অমদি থৌনাগী মরমদা অমদি তুংগী আশাগী লোত্তুনা লৈবা থৌনাতু খঙদোকপস্ত্র য়াই।

## ক্রাইম/ক্রাইস

হীরম অসিগী পাও অসি পানিংই, তানীংবা পাও নত্রগা জারোল অমনি। উসবকী এপ্পাং মরক্তা নাতোন কাবা অচার অহল্লা খংয়াক য়াকপা, খাবা স্নকতানিশুম্বনি। য়েংনিংই মহাও, তংনিংবা পোকপা এপ্পাংগুম্না পাও-চেশিংদা খংন-চৈনবা, হাৎনবা, মীয়ামদা অকাইবা পীবা, অথিংবা পীবশিংদা অপাবশিংগী মীংসেং হেক্তা চিংশিল্লি।

অতুনা ইবা মতমদা পাওভু থিজিল থোমজিল্লগা বেগ্রাউন্দ-নচিংবা নিংথিনা উরবা খারী শাতুনা প্রমান শাখিনচিংবা লৌরগা হাপ্পবা, মরু ওইনা ওথোরিত্তিদগী লৌরগা ওফিসিয়েল ওইবা পাও ফোঙনবা শেম শাগনি। ওন্নবদি থোদোক্তুগী মফমদা চংলগা অচুম্বা, হায়বদি অশেংবা ময়েক শেংবা ওন্নবা পাওরা হায়বত্তু ফাওবা খঙদোকপা কান্নে। ক্রাইমগী পাও ইবদা মনিং মমাং নাইদবা অতুগা ইরোং লোংশিন তাশন তৌবা ফীরু-ফীরাং খুম্বা মানবা মশক শেংদনবা ঋংদা পাও ফোঙদোক্নবা ইবদি ফজবা অতুগা অহৈবা পাওমী অমগী মথৌ নত্তে।

## মেগাজিন ইবা

মেগাজিনগুম্বা চয়োলদা ফোঙবা মরু ওইনা থাদা ফোঙবা চেফোঙশিংগীদি মতম শাংনা লৈবনা মরিক চুম্না মচা থায়না থিজিল্লগা ইবদা তেম্না ফজবা লাকই। মেগাজিনশিংগীদি য়াম্না চাওনা ষ্টাফ থমজ্রবস্তু ফ্রিলেন্সরশিংদগী কান্নরবা পাবা ফুংঙাইবা, হেন্না মরিক চুম্বা পাও য়ারোলশিং ফংই। পাও নত্রগা য়ারোলশিং হাপ্পদা মেগাজিনশিংদাদি মচিৎ মচিৎ মতৎ ওইনা হাপ্পসি মপুং ফাদবা মথেল ওইনা চংলি। অহাওবা মতম নত্রগা পোথানবা কোম্বা মতমদা মেগাজিনশিং পানবনা নম্না চংনবনা খরা হেন্না ফোটো নত্রগা য়ারীগী অচুম্বা মচাকশিংনা হেন্না য়াওবা আর্তিকল ওইবনা মেগাজিন অতুগী শাবান্দা শারেপ ফাবা মাল্লি।

মেগাজিন অতুনা মাগী পাওমী থারগা নত্রগা হাম্না খঙজবা ফ্রিলেন্সর অমদা ঙাংনরগা থৌদোক অমগী রিপোর্ট মবুক থম্না লৌনবা হোংনৈ। কনা কনাগুম্বা মেগাজিনশিংনা আর্তিকল অমদা লুপা ২০০/৩০০ নত্রগা তেম্না মরিক চুম্বা আর্তিকল ওইরগনা লুপা ৫০০/১০০০ পীরগা পাওমীশিংদগী লৌনৈ।

অতুগা মেগাজিন পুথোকপদা হেন্না মশক ফজবা নানবা তানবা দিজাইন্দা পুক্লিং কবা ওস্বা মওংদা পুথোরক্লতুনা তান্ন হাগী মওংদা চঙশিন্নরে।

মসিনা মেগাজিন অতু পারুবা হেনগৎহল্লি অতুগা পাবদস্তু কয়গা লম্মায় খুদিং থিতুনা কারুগা চাকঙাই পাওচে ওইনা পাবনি খঙবনস্তু লন্নাই অচৌবা কম্পানী অতুগা ইন্দস্ট্রীশিংনস্তু মমল য়াম্বা এদভরতাইমেণ্ট য়াম্না পীতুনা হাপ্পবনা মেগাজিন মমিং লৈবশিংদি নিংথিনা শেলস্তু লারুবনি

মেগাজিন পুথোকপদা পানীংনবগী অরায়বা পাম্বৈদি পাও-শিংদা দেপথ রিপোর্তিং অমদি ইনভেষ্টিগেসনগী নোম্নাহু শিজিন্নতুনা ইবা। ইরিবা আর্তিকলশিং অতু য়ামজবদা রাহৈ ১৫০ রোমদগীনা ৫০০/৬০০ ফাওবা শাংনবা য়াওই অমস্তুং য়াম্না মক ওইবা পাও নত্রগা বারোল অমদি ইণ্টরভিয়ুনচিংবা ওইরবদি মতুদগী হেন্না শাংনা ইবস্তু য়াওনৈ। অতুগা মেগাজিন হায়রে হায়তুনা অশাংবা আর্তিকল ঙাক্তা ইবনি হায়বদি নত্তে। মরক্তা নুংঙাইবা য়াম্না নীত্রগস্তু তিং লাওবা মথেলগী পাও ওইরগনি তেল্লবস্তু হাপ্পগী কলম লৈজে। মেগাজিনগী লৈরিবা ষ্টাফ অতুনা মরু ওইনা ইডিটর অতুনা চোকথবা লৈগন্দবা ওইতুনা খোয়জংনা থবক চঙশিল্লগা মায় পারুবা হোৎনবদা মেগাজিনদি অবাংবা, শিংথাবা য়াবা ফক্ষম ফংনবা শোয়গন্দে।

মেগাজিনগী মরক্তা রাজনীতিগী পাও, আর্তিকলনা হেন্না নম্ন ফোঙবা, ক্রাইম লমায়দা মাঙজিন থাবা মথলগী থাক্তনা হেন্না লৈবা উনৈ। অতুবু 'Sunday' গুম্বদদি পুন্নমকসিস্তু হাপ্প হাপ্প খুঙ্গংগী পুন্সিগা মন্নী লৈনবা লাইরবা তোম্বন হীংলিবশিং-সীদমক্তস্তু থবায় য়াওনা হাপ্পা থেংনৈ। হাৎন-শুনবা, রাজনী-তিগী লৈতুম লংনবত্ত নত্তনা মরক মরক্তা খুঙ্গংগী প্রজানা মশীং

হেন্না লৈবা অদুগা লাইব্ররশিংদ লৈদুনা লৈবা ভারতকুম্মদি মেগা-জিনগুম্বনা খরগা হেন্ন চন্ন হিংবদা শিব ঙাইদুনা লেপ্লিবা চরুনা কুপ্প অদুগা লৈবাক্লা লৈরং তারগা য়ুম শাবা চাবা থকপবদ চাফম থোকপ মচল চাদবদগী লাইনা কয়া পোক্লবা থুঙংগী মীওইশিংগী অশেংবা শক্তমশিংদু ফোংদোক্নুনা মীয়ামদা খংহনবদু পাওচেশিংগী অচৌবা থৌদাং অম ওইবা য়াবনি। মাইকৈ অশোমদদি মেগা-জিনশিংনা হেন্ন পুক্লিং থিংজিনবদ ওইবা য়াবনি।

পাও-চেশিংনা মীয়ামদা পাকশননা ওপন ওইনা মহৈ, জ্ঞান লাকহনবদা মেগাজিনশিংগীস্থু খাদোকপ য়াম্নবা থৌদাং য়াওরিবনি।

মেগাজিন ফোংবগী ইবদা পুথোকদৌন্নিবা মচাকশিং দারোল নত্রগা পাওশিংদু তোঙান তোঙানবা মীওইশিং পারসোনেলিটিশিং উন্নরগা হকথেংননা লৌবা পাওদু য়াওবা মরু ওই।

## হাওস মেগাজিন

হাওস মেগাজিন হায়রগা, কম্পানি, ইন্দস্ট্রিজ ফেক্তরি, অদুগা লম্নাই শংস্থান অদুগা ইন্সটিট্যুসন অদুগী ওইনা, মখোয় নশাগী ই-পাও, শেম্নগৎ শাগৎপা, চহীগী প্লান য়াওনা ইদুনা ফোংবা, অমদি অতৈ অনৌবা মেছিন পুরকপা, হাওজিং স্কীম্নচিংবা উত্তুনা ফোংবা মেগাজিন অদুনি।

মেগাজিন অসিনা ইমপ্লোইজশিংগী যগৎনবা থৌরাং লৌখৎপা ঃদি বোনস পিবা তলব হেঙ্গৎপা, অমদি অতৈ আর্টিকলশিং য়াওবশিংদু উৎলি। মথল অসিগী মেগাজিন অসিদি মপানগী ওইবা পাও ইয়াও য়াওদবন মরম ওইদুনা প্রজাশিংনা পামদে।

অদুগা মেগাজিন অসি কম্পানীগী নত্রগা ওরগেনাইজেসন অদুগা ইন্সটিট্যুসন অদুগী পল্লিসিতি লোইশংনা, ব্রিফিং ফোংনৈ।

## দেদ লাইন

পাও চে অমদা খর থেংনা লাকপ পাওশিং লৈ। মরু ওইনা তোপ তোপ্পা মীফম অম নত্রগা পাওমী অমনা নত্রগা ইদিটর অমনা অকক্লবা মতমগী মন্নুংদা রারোল অমন নত্রগা পাও অমা ইরকপন্তু "দেদ লাইন" কৌই। অথাপ্পা মফম অমদা পাওমী অমনা চৎথ্রগা ইতুনা পিরকপা থারকপা পাও নত্রগা, অকক্লবা মতম অমদা মফম অমদা থাথ্রগা খোংচৎ অতুদগী ফংলকপা রারোলশিং ইরক্লগা পাওতুদা 'দেদ লাইন' হায়না থাতুনা ফোংনবা য়াওই।

ইরিবা দেদ লাইন অতু য়াম্ন রা হেন্ন শাংবা মওংদা ইন্নদে। য়াম্ন তেনবন্থ নত্তবা ময়েক শেংবা রাহৈ রাতা ফজবশিং হাপ্তুনা, থোনা অমগা লোয়ন্ননা ইবনি। দেদ লাইন ইবদা সিমাদ নত্তন য়াদ্রে হায়বা অকক্লবা চৈখল অমগী মথাদা লৈবদি নত্তে। তৌই-গুম্বস্নুং মতম পিরগা মরু ওইবা খোংচৎ অমদা লৈরগা, ইবস্নু ওইবনা খোংচৎতুগী নমলহু ইরিবা রারোল নত্রগা পাওতুনা মাং-হনবা য়াবনা দেদ লাইল ইবদা শকক্তেনবা দেদ লাইন ওইনবা হোৎনগদবনি হায়বনি। হীরম আসন্থ পাংগী জগত্তা অনৌবা কজবা শরুক অনাদ ওইনরি।

# পি, আর, গী মীওই

পব্লিক রিলেসনগী মরু ওইবসি সরকারগী নত্রগা লম্নাই সংস্থানশিং, কম্পানীশিংনা প্রজাশিংদা মথোয় মশাবু মশক তাক্লবা হোৎনবসি তঙায়ফদবা অমনি হায়না খন্দুনা পব্লিক রিলেসনগী লোয়শঙ নত্রগা পাব্লিক রিলেসন ওফিসার (পি, আর, ও,) হাপ্তুনা হীরমসিদা মচু তানা চঙশিল্লবা হোৎনৈ।

কম্পানী অমনা পাঙথোক্লিবা থবক থৌরমশিং অতুনা মীয়ামদা উৎথোক্লগা খঙহল্লগা কষ্টমরশিং লাক্লবা অফবা মীচঙ অমা থম্লবা হোৎনবদা পাও-চেশিং, রেডিও অমদি টেলিভিজন্দা পাও পীথোক-পদা মতু পি. আর, ও, গী খুথাঙদা য়োহন্নবা হোৎনৈ। অনম্বা হায়োল য়াওবা চে-চাং, প্রেস নোট, প্রেস রিলিজ, অতুগা অতৈ থৌদোক হাথোক অমা থোকপা মতমদা পি, আর, ও, না মী থাতুনা নত্রগা খর লাপ্পা ওইরগনা পোষ্টতা থাতুনা মেদিয়াশিংগী ওফিস য়োহল্লি। করিগুম্বা মতমদা পি, আর, ও, না লোয়শঙ-তুগী শরাইরবা ওফিসারশিংবু পাওমীশিংদা শক তাকপা অতুগা মতমনা লাক্লবদা চাক্লেন লাঙতুনা পাওমীশিংগা হেন্না শকখঙ মায়-খঙননবা খুদোং চাবা লৌনৈ।

করিগুম্বা পি, আর, ও অমনা মেদিয়াশিং মরু ওইনা প্রেস-শিংদা কম্পানী নত্রগা ওফিস অতুগী মতাংদা প্রেসশিং, রেডিও

অমদি টি, ভি, নচিংবনা হংলকপা ব্রাহংশিংবু মরিক চুম্না, মমূৎ তানা খঙহনবা ঙল্লগদি অমদি পীরিবা পাও নত্রগা ব্রারোলশিংত্থু য়াম্না ময়েক শেংনা উৎপদা চঙখোম্না উখোকপা ঙল্লবদি মেদিয়ানা থাজবা হেল্লি। লোয়নননা ব্রারোলশিং অতু কোঙদোকপা মতমদা মীয়ামদা কষ্টমবশিংদা থাজবা অমা পীতুনা মখোয়গী হায়বদি কম্পানী নত্রগা লোয়শঙতুগী মমীং লৈহন্নবদা অচৌবা ইনোং অমা পীবা ঙমই।

অসিগুম্বা খজিক্কুংদা মশক থোকপা য়াবা মওংদা মীয়ামদা উহনবা য়ানবা পুথোকপসিন্থ থোয়না হেন্না মশক থোকপা ফমক্কমদা থম্নবা হোৎনবদা পি, আর, ও, গী মীওইশিং খনবদগী হৈশিংবন্থু লৈবনি। পি, আর, ও, না ময়ায়দা লেপতুনা নাকল অনিগী শন্নবা থোং ওইবনা পি, আর, ও, গী মীওই হায়বদি পাব্লিক রিলেসন ওফিসার খনবসি তরাই তরাইবা অমদি নত্তে।

ফম অসি লৌনবগীদমক্তা কৌবদা অমদি হাপ্পবা মতমদা হীরমসি খরা হেন্না খঙগদবা মীতা থিরকপদা মমৈদা জর্নেলিষ্ট-হেক্তা মতাহল্লি। থাঙ্গৈশেংবত্থু পি, আব, হায়রগা প্রেস হায়নন্থু চাওরাক্লা নিঙনবন্থু লৈবনা পাওমীশিংনা শিফমসিদা চঙবনা পংয়েৎ য়েৎনদবা অতুগা নাকল অনিদা অক্ষবা মরী খন্বদা লায়গনি লৌনৈ। পব্লিক রিলেসনগী ওফিসার অমা ওইবদা ফমক্তুগী ওইরক্কদৌরিবা মগুণ অতুনা মহাক অতুন্থু চেন্নবা য়াত্রবা মগুণ খরন্থু লৈগনি।

পব্লিক রিলেসন ওফিসার অ'না হায়নিংবা ব্রাফম অমদা নিংথিনা হায়তুনা মশক তাকপা অতুগা মরিক চুম্না ইবা। ঙম্বগী জ্ঞানন্থু লৈগনি। মশানা মশাবু থাজবা মীওই ওইগদ্রি মহাক্কা মী অমগী মওং মতৌ মীতা নাতা খঙনবা হোৎনবা ঙম্বগনি।

ইবা পাবা নিংথিনা হৈনবা চঙদবা য়াত্রবা মহৈগী থাক খরদি চেন্দবা ইয়া য়াদে।

মহাক্না কম্পানী অমগী পোত্থোক অমা নৌনা পুথোকপা নত্রগা হান্নগী অরৈবা অমবু মতু মীয়া-দা নত্রগা কষ্টমরশিংদা মশক তাকপদা মরিক চুম্না হায়বা য়াবা পনবা য়াবশিংতু চিংথদনা ঙাংতুনা উৎপদা হৈশিংবা মীতাম্ব ওইগনি। পোৎ অমনা কান্নবা অতুগা মতু শাবদা য়াওরিবা মচাকশিংতুনা মীওইবদা কান্নবা পীবগী তাঙ্কক কয়াম্ব নৈনতুনা তাকপা তানিংহনবা ঙম্নবা ৱাঙাং ঙাংগনি।

করিগুম্বা পাও নত্রগা ৱারোল অমা ইবদা হেদ লাইন—সেকেণ্ড হেদ লাইন অতুগা থার্দ হেদ লাইন্নচিংবগী থমফম অতুগা মক ওইবা পোইন্টশিং চিংথদনা ইবা অমদি ফোটোনচিংবা থাদোকপদা মক ওইবা, য়েংবদা পূক্নীং চিংশিনবা ফোটোশিং হাপ্নবা হোৎনগনি।

পি, আর, ও, অমনা কৈদৌঙৈদম্ব মানা থবক তৌরিবা লোয়শঙ অতুগী পীগদৌরিবা পাও নত্রগা ৱাবোল অতুদগী থৈদোক্লুনা মশাবু মশানা উথোক্লুনা মাগীদমক পরিসিতি প্রপোগেন্দ পীনবা অমদি তোৎশিন য়ানশিন্নবা মওং চুমদবা মতাংদা পুশিন্দুনা লৈনবা হোৎনরোইদবনি।

কম্পানী অমগী দরকার লৈবা মতমদা মীয়ামদা ৱারোল নীংশিংনবা হোৎনবা মতমদা পি, আর, ও, না মতাং চানা পাও-চেশিংদা নত্রগা টি, ভি, নচিংবদা এডভরতাইজমেন্ট পীতুনা পরিসিতি পীনবা হোৎনবগী খুদোংচাবতু লৌনবা হোৎনগনি।

মতমনা পুরক্লুনা পরিসিতি তৌনবগী মতাং অমা লাকপদা প্রেস কনফরেন্সনচিংনা কৌরগা পাওমীশিংদা হায়দোকপা য়াবা ৱাফম হায়দোকহৌগনি। প্রেস কনফরেন্স নত্রগা মিট দি প্রেসকী

থোরাং শীনবদা অরেম্বদা বাকোই শূহ্না তাঙসবা মতমগীদমক্তা করিগুম্বা পাও লৌবা লাক্লিবা পাওমীশিংবু মতম মাঙহন্নবা তৌ-রোইদবনি। মেদিয়াশিংনা মীয়ামদা খঙহন্নবগী মরু ওইবা গাড়ী অমা ওইনা লৈবনা মেদিয়াশিংগা মরু ওইনা পাউমীশিংগা লে'য়-নবদা পি, আর, ও, না মরুপ-মপাং ওইবা হৈনবগী শাক্ষং চংকনি। মহাক পুক্লিং কাথবা ঙম্বা শাওগন্দবা অমদি ইন্তিগ্রিতি লৈবা তাবনি।

# পাওমী ওইনবা. ট্রেনিংপিবা

পাওমী অম ওইনবা হোৎনবদা করিগুম্বা ইউনিভরসিতি অমদগী ডিগ্রি অম হেক্তা পাইরগা ওইরগে হায়রগা হেক্তো ওইবা য়াবদি নত্তে। থিওরিতিকেল ওইনা তমলকপা অতুনা প্রেক্তিকেল ফিলদা কুমলকপদা থবক্তা পুমচৎ চানরবা অম ওইরে লৌবস্থ য়াদ্রি। অতুননি ঙসি পৃথিবীদা মমীং লৈরবা পাওমী কয়াদি মশানা পাও-চেশিংদা চংলগা ইবা-খোৎপা অকনবা পাওমী অম ওইবগী থবক লেপ্তুনা চংশিনবদগী ওইরকখিবন কোঙ্গাইনি। পাওমী অম ওইবগী অপাম্বসি নহা ওইরিবা মশা খিংলিবা মীওইশিংনা খিৎ নম্ন পাম্নবা অতুগা থবক্তস্থ খুংলোয়বা হেনবগুম্ন উনরে। অসি-গুম্বা নহা ওইরবা মীওইশিং অসিনা কম্না হোৎনরকপদগী মতুংদা মীং লৈরবা জর্নেলিষ্ট কয়া অম থোকপা ঙম্লখিবস্থ কয়ানি।

জর্নেলিজমগী সবজেক্ট লৌতুনা কলেজ নত্রগা ইউনিভরসিতিদা তমলক্লে হায়রগা করিগুম্বদা থাঙ্গশেংনা চপ চাবা পাওমী অম ওইনব হোৎনবদা মাইপাকপা ঙমদবস্থ য়াওদবা নত্তে।

অতুবু নিংথিনা জর্নেলিজমগী স্কুল কলেজ অমদি ইউনিভরসিতি চৎতুনা তমলুরবা মীওইশিংতুনা জর্নেলিজমগী মরমদা খংবা য়াবা তোঙান তোঙানবা বারম কয়াদা তোপ তোপ্ন জ্ঞান লৈরে অমদি উরে হায়দবদি য়াদে।

ভারতকুম্বা জর্নেলিজমগী স্কুল, কলেজ অমদি ইউনিভরসিতি-নচিংবা মরাং কাইনা লৈত্রিবা লমদমসিদা কনাগুম্বা জর্নেলিজমদা

থবায় য়াওনা তমগে হায়রা নহা অমদদি নিংবা ইথুং-থুংদবা মওংদা লৈবনি। অদুনা অসিগুম্বা খুদোংচাদবশিং অসি লৈবসিনা জর্নেলিজমগী লমদা থংনিং উনিংবা মীওইশিংগী খুদোং চানবা তম্বী তাকপিবগী অমত্তা ঙাইরবা লম্বী হায়ববু পাও-চেশিংদা চংলগা থবাই য়াওনা ট্রেনিং হৌবহুত'ন। খুদোং চাদবশিং অসি লৈবসি উবদগী UNESCO গী থৌশিলগী মথাদা Strasburg তা ১৯৫৬ ইন্টরনেসনেল সেন্তর ফোর এদভান্স ট্রেনিং ইন জর্নে'লিজম অম 'লংখংখি। সেন্তর অসিদা ১৯৬০ দগী জর্নেলিজমগী শিনফমদা নৌনা চংলকপা মীওইশিংগী শোযফত্রবা ট্রেনিং অম পিবক্লি। চহী খুদিংগী য়ামদ্রবদা ট্রেনিং ৫০০ দি মীং চন্দুনা ট্রেনিং পি। হায়রিবা সেন্তর অসিগী মশা ওইনা অতৈ তোঙানবা টাউন ১৫ দা হাংদোক্নুনা অকনবা থোংজং অম চং শনখ্রে। ট্রেনিং কোর্স অসিদা করেণ্ট এফিয়ারস অমদি প্রাক্তিকেল জনেলিজমগী কোর্স য়াওই। অতৈ সোটহেন্দ, তাইপিং, ইংলিস, লোবেল, নিউজপেপর লোনচিংবসু য়াওই।

ইন্টরনেসনেলগী ওইবা ট্রেনিং সেন্তরশিংদা নত্রগা মখোযগী মশাশিংদা পাওমী অম ওহনবা ট্রেনিং থাবসি অরাইবা অদুগা লৈবাক অমগী পাওমী ওইনিংবা মীওইশিং অয়াম্বনা হেক্তা য়াবদি নত্তে। মসিদা চৎপা তারবদা থনগৎলবা অদুগা অকক্লবা মশিং খরগীদমক ওইবনা অতৈ জর্নে'লিজমগী শিনফমবু পাম্বা মীওইশিংদি খুৎথাহনা লৈবদা মতাবনি।

অসিগুম্বা খুদোং চাদবশিং অসি লৈবসিনা পাওমী অম ওইনবা হেৎনবদা খুদোং চাবা ফংগদবা অনকপা মফম থিরকপদ খ্বাইদগী ৱাদবা মফম অমদি লম লমদুগী পাও চেগী ওফিসতা ওইবনি। পাও-চে অমগী ওফিস অসি জর্নে'লিজমগী শিনফমসিদা চংবদা তম্মবা অচৌবা ইন্সটিট্যুসন অমসু ওই। কনাগুম্বা নহা অমনা

পাওমী অম ওইনবা হোৎনবদা অহানবদা পাও-চে অমগী ওফিসতা হান্না লৈরম্বা এক্সপরিয়েন্স লৈরবা পাওমীশিং অত্থুগা ইডিটরশিংদগী থিওরীটিকেল অমদি প্রেক্টিকেলগী ওইবা লমদা তমশিনবা হৈনবা হোৎনবনা ভারতকুম্বা লৈবাক অত্থু মনিপুরগুম্বা লমদদি হেন্না খুদোংচাবা ফংই লৌনৈ ! পাওমী অম ওইগে খল্লিবা মীওই অমবু পাওচে অত্থুগী সেনিয়ার ওইরবা মশাদা খর মখৈদ খং-হৈব্বশিনা তাকপিবা, পাও চে কদাইবু কৌবগে, হায়বা পাও লৌবগী নিয়ম তাকপা, প্রেক্টিকেল ফিলদা পাও লৌবা থাত্থুনা, অমদি প্রেস কনফরেন্সনচিংবদা থাত্থুনা মশা মশাদা হকথেংননা জ্ঞান পিনবা হোৎনহনবা থাদোবপা য়াদ্রবা থৌরম অমনি।

অনৌবা ট্রেনিং লৈরিবা পাওমীশিংনা প্রেক্টিকেল ফিলদস্থু ট্রেনিং ওইনা থবক্তা কুমথহনবগা লোইননা ইডিটরনা নত্রগা এক্সপরিয়েন্স লৈরবা পাওমীশিংনা চয়োল অমদা মুমিৎ নিনি নত্রগা খুদোংচাবা য়েংলগা নিউজপেপর লো, অমদি অতৈ তাকপা য়াবা হীরমশিংদা তাককস্থু ট্রেনিংগী মকুওইবা শরুক অম ওই। ট্রেনিংনি হায়ত্থুনা চুম্নগী পাও খর লৌরুবা ইথোক্লবা হোৎনবত্থুতন। অথৌবা মীৎ-না শিংবা পাওমী অম ওইনবগী পুমলোই লোয়রবা লম্বী অমনি হায়বদি য়ারোই।

প্রোবেসনরি পেরোদ মনুংদা পাও করম্না ইবা, ইডিটরিয়েল ইবা, ইন্টরভিউ লৌবগী নোম্মুননচিংবা খংনবা হোৎনগনি। লোয়ননা ট্রেনিংশিংনা য়ারিমথৈ জর্নেলিজমগা মরি লৈনবা লাই-রিক লাইশুশিং পাবা মশা মশাবু খংনবা হোৎনবসিগী নিংথিজবা হৈনবী অম লৈনবা হোৎনগদবনি।

প্রোবেসনরিগী মতমদা কনাগুম্বাগী পাও চেশিংনা পাওমী অত্থুদা কনসোলিদেদ পে ওইনা থাগী অকক্লবা লুপা খরবু পিরগা ট্রেনিং অত্থু লোইরগা মাগী পিগদবা তলবনচিংবা পিনৈ। পাওচে

অমদা ত্রেনিংগী মতমদা লৈরিবৈদা থাংবা কনবগা লোয়ননা হৈনিং-লিবা হীরম পুম্নমক্তু থুনা হৈনবা হোৎনগদবনি। অনৌবা জনে´লিজমগী শিনফমদা খোংদারিবা মীওইশিংগীদি পাও-চে অমদা লৈত্নুনা ওমলিমথৈ হৈনবা খংনবা হোৎনবসি য়াম্না মরু ওইবা থাদোকপা য়াদ্রবা থৌ অমনি।

পাওমী অমগী থবকসি নোংমগী ওইবা য়াম্ন চিনবা অত্নুগা থাদোকপা ইয়া য়াদবা থবক অমনি হায়বত্নুস্নু পাওমী নৌরিব´শিংনা খংনা মশাগী ারল পত্তার শিজিন্নত্নুনা থবক্তা খোংদাগদবনি।

## মেনেজমেন্ট

পাও-চে অম পুথোরবা হোৎনবদা মেনেজমেন্টকী নিংথিবা হৈশিংবস্নু চংই। শিন্দোক শিজিন শেল লাকুবা হোৎনবা পাও-চেত্নুগী ষ্টাফশিংগী থবাই নুংঙাইনবা হোৎনবা, মখোয়দা থৌগৎপা থাদোকপা য়াদ্রবা মেনেজমেন্টকী মথৌনি।

পাও চে অম পুথোকপসি কারবার অমনি, মসি অচৌবা কারবার অমস্নুং ওইনরক্লি, ওইস্নু ওইনগ্রে। অতৈ কারবার নত্রগা কম্পানীশিংদা তৌবগুম্না পাও চে´শিংদস্নু মেনেজিং দাইরেক্তর হাপনৈ। মহাক্কী রাখল মতুং ইন্না কারবারত্নু মশা নাম্ন, য়াংশিন্না চংশিন্নবা হোৎনগদৌরিবনি। কারবারত্নু শেল মাংদনবা হোৎনগদৌরিবনি। পাও-চে অমনা মাবু হীংহন্নবা লাক্লিবা আই অত্নু মথল অনিদগীনি। অহানবগীনা পাও চে অত্নু য়োনবদগী ফংলকপা শেনফম, মথংগীনা এদভরত্তাইমেন্ট অত্নুদগী কান্নকপা শেনফমনি।

আই লাকপগী চাংসি পাও চে, পাও-চেহুগী শাওং শাদান্ন মতুংইন্না মান্নদে। কনাগুম্বা নিংথিনা সারকুলেসন লৈরা পাও-চেশিং অহুদা পাও-চে য়োনবদগী লাকপা শেনফমস্থু খরা ন্নাংথৎনা লাকই অহুগা এদভরতাইমেণ্টস্থু মরাং কাইনা লাকপনি।

এদভরতাইজমেণ্টনা পৈশা তান্নিবসি মথল অনিননি অহানবদা ক্লাসিফাইদ এদভরতাইজমেণ্ট কৌবা নোটিশনচিংবা হাপ্প, লাইন লাইনগী ওইনা হাপ্প অহুগা অতোপ্পা অমনা দিসপ্লে এদভরতাইজমেণ্ট কৌবা অচৌবা কলম কয়ামুক কন্দুবা হাপ্প এদভরতাইজমেণ্ট মথল অসিনি।

এদভরতাইজমেণ্ট লৌথগী ন্নাকমসিদা এদভরতাইজমেণ্ট মেনেজরগী মথৌ চাওই। মহাক্না এদভরতাইজমেণ্ট খোম্বা, মহাক্না মতম মতমগী মতুংইন্না ইডিটরিয়েল দিপার্টমেণ্টকা থুৎশমন্নগা নক্রগা অপিকপা ইডিটরিয়েল দিপাটমেণ্ট লৈতবা পাও চেশিংদা ঈডিটরনা প্রোপাইটর ওইবশিংদদি ইডিটরগা তানরগা এদভরতাইজমেণ্ট লৌনবা হোৎনৈ। করিগুম্বদা অহেনবা এদভরতাইজমেণ্টকী লমাই থোক্কুনা শেল খর হেন্না লান্নবা থবক পাংথোকপস্থু থাদোক্পা য়াদ্রবা থৌশিল অমস্থুনি।

মেনেজিং দাইরেক্তর লৈবা পাও চেদনা মেনেজিং দাইরেক্তরনা নক্রগা লৈতবা ইডিটরনা মপু ওইবা পাও-চেশিংদদি মহাক্না পাও চেহুগী নক্রগা কম্পানীহুগী মপুং ওইবা কারবারহুগী দাইহক্ষ্ম লৌই। মহাক্না পাও-চেহু পুথোক্নবা নিউজপ্রিণ্ট, (চে) মুক, ষ্টাফকী তলব, পরিসিতিগী থবক, পাও-চেহুগী মমল, লেম্ন, লোয়ননা অপুনবা পাও চেহুবু থোকপগী শেনফমবু পুথোকপগী চেনফদ্রবা থৌদাহু লৌই।

প্রোপাইটর, মেনেজিং দাইরেক্টর অহুনা পাও-চেহু পুথোকপদা করিগুম্বদা শেল মাংবা য়াওরকপদা মহুগী মপুং ওইবা থবক অহু

লৌহনা মাইরোং য়াগনি। পাওচে হায়বসিমক্তবু করিগুম্বা পাও লুংঙাইবা ফজবশিং য়াওবদা কপি অম ফাওবা মাংদনা চৎপ করি-গুম্বদা শিংতহ্ননা অয়াম্বা শরুক মাংবস্থ য়াওবা, নত্রগা এদভর-তাইজমেণ্ট তানা লাকপা তোপ তোপ্প অমনা মতিক চাবা ষ্টাফকী তলব পিনবা, অফবা মেছিন্নচিংবা লৈবৰা হোংবদা শেল হেন্ন চংখিহ্ননা ফুকৎপা ওমদবদগী মাংবা কোক্সাই য়াওরকই। তাক্সা অসিদা পাওচে অম পুংমুং মুৎপা য়াওদবস্থ নত্তে।

অহুদগী মেনেজমেণ্টনা পাওচেহ্ন পুথোকপদা মকা লম্না পুক্লিং লুংঙাইনা পুথোক্লবা হোংনবদা ষ্টাফকা অফবা মন্নি থম্বা শোয়ফদে। ইমপ্লোইশিংনা হরাওনা থবক শুনবগীদমক তলব চাং নাইনা পিবা, অহুগা ওভর তাইমগী থবক শু'রবশিংদা অহেনবা খুৎশুমল পিনবা শিনবা, অমদি মপুং ওইনা পুথোক্লিবা থবক অহুদা য়াওরিবা ইমপ্লোইশিংবু মখোয়গী পুক্লিং থোগৎতুনা থবক্তা লোইনবা।

মেনেজমেণ্টনা পাওচেহুগী চহীগী বজেট শেম্বগী শিনস্থ লৌগনি। পাওচে অহু ফগৎনবা অনৌরা মথলগী কোটো হাপ্লবা মেছিন-নচিংবা লৈনবা থোদাং অমদি বাথল পুথোকপা ওম্বা তাই।

করিগুম্বদা দরকার লৈবগী মতুংইন্না মতম থরতগী ওইনা ইম-প্লোইজ শং নেকপ, ( পার্ট তাইমগী ) নাকল অমদা মরু ওইগ্রবা পাওচে থাদোকপা, সারকুলেসনগী চেক তৌবা, য়েম্থোকপগী থবকস্থ মমু তানা প্রোব্রেম লৈতনবা শিনবস্থ লৈথোকপা য়াত্রবা মেনেজ-মেণ্টকী থবক্লি।

## মমীং লৈরবা জর্নেলিষ্টশিং

### বাল গঙ্গাধর তিলক

ভারতনা মনিং তমগ্রিউভ বৃটিশকী লোইলম শাসন মনুংদা পোকখিবা মীয়ামগী লুচিংবা অম ওইখিবশিংগী মনুংদা থোয়দোকপ মকুম পিখিবা ৺বাল গঙ্গাধর তিলক মমিং লৈবা মতমতুগী পাওমী অমসু ওইখি। মহাক ১৮৫৬ তা পোকখি। মশানা বি এ পাস তৌরবা মতুংদা লৈবাক্কী সার্ভিসতা খোংদাবা হৌখি। মহাক্না জুন ১৫, ১৮৯৭ তা 'Kesari' দা 'Shevaji's Uterances' কৌবা আর্টিকল অম ফোংলুবগী জুলাই ২৭, ১৮৯৭ তা ফাখি। তিলক্না পাওচেশিংদা বৃটিশ সরকারগী মায়োক্তা লেপ্পা লৈতনা আর্টিকল কয়া মথং মথং ইথখি।

জুন ২৪, ১৯০৮ দা অমুক সরকারগী মায়োক্তা আর্টিকল কয়া ফোংলুবগীদমক Sedition গী চার্জ তৌরদুনা ফাজিনখি। তিলক্না G. G. Agarkar গা হোৎনমীন্নদুনা ১৮৮১ দা মারাথি লোন্দা 'Kesari' ইংরাজিদা 'Mahratha' লিংখৎখি। পাওচে অনি, মহাক্না ১৮৮৮ দা লৌশিন্দুনা মতমদুদা থৌর থৌরবা রারেং-শিং ইদুনা থৌনা ফবা জর্নেলিষ্টকী গুণদু মীয়ামদা উৎখি।

### ফ্রেঙ্ক মোরাস

পৃথিবীগী ওইনা Francis Robert Moras অসি ভারতকী ওইনা অচৌবা জর্নেলিষ্ট অমনি খংনৈ। মহাক 'Indian Express' কী Editor in chief ওইরম্মী।

মোরাস নবেম্বর ১২, ১৯০৭ তা পোকপনি। মহাক সেন্ত জাবিয়স কলেজ; বোম্বেদা মহৈ তম্বা হৌখি, মতুংদা ওম্ব কোর ইউনিভরসিতিদগী এম এ ডিগ্রি লৌখি। ভারত্তা হুন্নুগা লো পাস তৌখি। মহাক্না ১৯৩৮ দা 'Times of India' দা এসিস্তেন্ট ইডিটর ওইনা চংখি। অতুদগী তাইমস ওফ ইন্দিয়াগী এক্তিং ইডিটর ওইত্রিবৈদা সিলোন্দা চহী অনি 'দি তাইমস ওফ সিলোন-গী ইডিটর ওইনা লৈখি। মহাক ১৯৪২ দগী ১৯৪৫ ফাওবদা বর্মা, চিনা, ফ্রন্টা বার করেস্পোন্দেন্ট ওইখি।

মোরাসনা অগষ্ট ১১, ১৯৪৬ তগী অগষ্ট ১৪, ১৯৪৯ ফাওবা 'তাইমস ওফ ইন্দিয়া' গী এক্তিং ইডিটর অতুদগী মহাক্না ইডিটর ওইহনা মার্চ ১৯৫০ ফাওবা পুখি। মার্চতগী নবেম্বর ১৯৫০ ফাওবা মহাক্না "দি নেসনেল সষ্টেন্দর" গী ইডিটর অমদি ১৯৫০ দগী ১৯৫৭ ফাওবা "তাইমস ওফ ইন্দিয়া" গী মপুং ফারবা ইডিটর ওইখি। দিসেম্বর ৯, ১৯৫৭ তগী "ইন্দিয়ান এক্সপ্রেস" কী ইডিটর ইন চিফ ওইহনা ফনা কুইনা পুখি। মহাকসি ইবদা নিংথিনা মশক শেংনা ইবা ঙম্বা জর্নেলিষ্ট অদুগা রাইটর অমনি শিংথানৈ। মহাক্না তোঙান তোঙনবা লাইরিক ১৫ গী মথক্তা ইহনা ফোংখ্রে।

## দুরগা দাস

ভারতকী অথনবা পাওমীশিংগী মনুংদা দুরগা দাসমু অমনি, মহাক ১৯৫৯ ফাওবা 'হিন্দুস্থান তাইমস' কী ইডিটর ইন চিফ ওইরম্মী। মহাক এসোসিয়েটেদ প্রেস ওফ ইন্দিয়া অদুগা (হৌজিক্কী প তি আই) গী ১৯১৯ দগী ১৯৩৭ ফাওবা চিফ পারলিয়ামেন্টরী করেস্পোন্দেন্ট ওইরম্মী। মহাক্না 'Statesman) গী ১৯৩৭ তগী ১৯৪৩ ফাওবা রিপোটর, ফিচর রাইটর লিদর রাইটর ওইরম্মী।

মহাক্না 'The Hindustan Times' গী জোইন্ট ইডিটর অমদি পোলিটিকেল কলমনিষ্ট ওইনা এপ্রিল ১৯৪৪ থবক তৌই। অদুগা ১৯৫৭ তা পাওচেসিগী ইডিটর ইন চিফ ওই।

নবেম্বর ২৩, ১৯০০ দা পোকপা দুর্গা দাস, ইংলেন্দা বৃটিশ প্রেস অমদি পারলিয়ামেণ্টকী মরমদা থিজিনবা ১৯৩১ দা ইংলেন্দ অমদি ইউরোপ্তা কোই। মহাক ১৯৪৫ দা ইউ কে, ইটালি অমদি অতৈ নোংপোক্কী লৈবাকশিংদা রার করেষ্টপোন্দেন্ট ওই।

১৯৫১ দগী ১৯৬০ ফাওবদা ইন্দিয়ান পারলিয়ামেণ্টকী প্রেস গেলোরিগী চিয়ারমেন ওই। কমসি ১৯৫২-৬৩ দমু লৌখি। ১৯৫৯ দগী ১৯৬১ ফাওবা অল ইন্দিয়া নিউজপেপর ইডিটরস কনফরেন্সকী প্রেসিদেন্ট ওইখি। মথংদা স্মোল নিউজপেপর ইনকারী কমিতিগী মেম্বর ওইনা ১৯৫৭ অমদি ১৯৬৭ তা পৃথিবী কোইখি।

## চালপতি রাও

শ্রীচালপতি রাও ১৯৩৫ তা 'National Herald' লক্নৌগী জুনিয়ার এসিষ্টেন্ট ইডিটর ওইনা অনৌলিজমগী লমদা খোংদাই। মহাক্না নিউ দিল্লি অমদি লক্নৌদগী থোকবা পাওচেসিগী ইডিটর ওইদুনা ১৯৪৫ ফাওবা থবক তৌই।

মহাক্না প্রেসিদেন্সি কলেজদগী মাষ্টর ডিগ্রি অদুগা মদ্রাজদগী লো পাস তৌরবা মতুংদা মদ্রাজ হায় কোর্টকী বারদা ১৯৩৪ ফাওবা লৈরগা চহী ৪ গী মতুংদা শিনকমতু থাদোক্লগা অনৌলিজমদা খোংদারকখি। মহাক্না 'Hindustan Times' কী এসিষ্টেন্ট ইডিটর অমদি কলমনিষ্ট ওইনা ১৯৪৩ দগী ১৯৪৫ ফাওবা লৈখি। মতুংদা ১৯৪৬ তগী মপুং ফাবা ইডিটর ওইনা থবক পুখি।

মহাক প্রেস কমিসন ওফ ইন্দিয়া অংগা UNESCO গী প্রেস এক্সপার্ট কমিসনগী মেম্বর ওইনা ১৯৫২ দগী ১৯৫৪ ফাওবা লৈ। মহাক ১৯১০ দা অল ইন্দিয়া কনভেন্সন ওফ ৱার্কিং জর্নে- লিষ্টকী কাউন্দর প্রেসিদেন্টনি। ইন্দিয়ান ফেদেরেসন ওফ ৱার্কিং জর্নেলিষ্টকী প্রেসিদেন্ট ওইনা ১৯৫১ দগী ১৯৫৫ ফাওবা থবক পুখি।

রুসিয়াদা চংখিবা ইন্দিয়ান প্রেস দিলিগেসনগী লিদর ওইনা পোলেন্দ, অমদি য়ুগোসলাভিয়াদা ১৯৫৮ দা চংখি। ১৯৭৬ তা মহাক্না UNESCO গী এক্সপার্ট কনফরেন্স ওন জর্নেলিজম ইডু- কেসনগীসু মেম্বর ওইরম্মী।

মহাক্না অসি ইচং থৌবা পাওমী অমনি হায়না শিংথানৈ। মহাক্না "Press in India" "Gandhi and Nehru" হায়বা লাইরিকশিংসু ফোংই।

## খুসৱান সিংহ

খুসৱান সিংহ (Khushwan Singh) ফেব্রুৱারী ২, ১৯১৫ দা হাদালিদা (হৌজিক্না পাকিস্থান ওইখ্রবা) পোকখি। ভারত্তা মহৈ তম্বা হৌরবা মতুংদা ইংলেন্দগী Kings College দা লো তমই। ১৯৩৯ ফাওবা ইন্দিয়ান ফোরেন সারভিসতা লৈদুনা লন্দনগী ইন্দিয়া হায় কমিসনরদা অতুগা ঔৱাতাদা লৈবা ইন্দিয়ান এম্বাসিদা ইনফোরমেসন ওফিসার ওইখি।

মহাক্না ভারত সরকারনা ফোংবা Yojana গী ইডিটর ওইনা ১৯৫৬ তা চংই। ১৯৫৮ দা কমসি থাদোকখি। মহাক AIR প্রোগ্রাম একজিক্যুটিব ওইনসু লৈরম্মী। খুসৱান সিংহনা ভারত্তা মখিং লৈরবা চয়োলগী চেফোং 'The Illustrated Weekly

of India' ইডিটর ওইনা ১৯৬৯ দা চংই। মহাক্না ইডিটর ওইবা মতমদা কপি ৭০,০০০ দমক চংলম্বা Weekly অসি চয়োলদা কপি লাখ ৩ গী মথক্তা চংহনবা ঙমখি। মহাকসি অনৌবা ভারতকী জর্নেলিজমগী ফাদরনি হায়নস্থ শিংথানবা লৈ। Weekly দগী পোৎথারবা মতুংদা মহাক কলমনিষ্ট অম ওইনা নেসনেল পেপর কযাদা তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা ইতুনা কলমগী মথৌ অমদি জর্নেলিষ্ট অমগী পাঙ্গল হন্দনা লৈবা ঙমই। মহাক ভারতকী প্রেসিদেণ্টনা রাজ্য সভাগী মেম্বর ওইনস্থ নোমিনেট তৌখি।

## এমঃ জেঃ আকবর

নহা ওইরিবা অতুগা মীংদি লৈরবা ভারতকী জর্নেলিষ্টশিংগী মনুংদা মহাকস্থ অমনি।

M. J. Akbar না মশাগী চহী ২৫ দা ঙাইরিঙৈদা কলকতা-দগী ফোংবা অনন্দ বজার গ্রুপ ওফ পব্লিকেসনগী চয়োলগী মেগাজিন 'Sunday' গী ইডিটর ওইনা থবক হৌই। মহাকী হুজরবা অতুগা নিংতম্বা খুৎই অমদি হৈশিংবনা Sunday গী কপি চৎপা অঙকপা ফংনা হেঙ্গৎখি। অতুগা মীয়াম্না শক-খংবা মেগাজিন অম ওইখি।

মতুং Sunday মাইপাক্না পুথোক্লবা মতুংদা 'Telegraph' পাওচেস্থ পুথোক্নুনা মুংতিগী ফোংবা পাওচেগী ইতিহাসতা অনৌবা মশক অম তাকপা পাওচে ওইহল্লক্লি। লোয়্নন্না মহাক্না T.V. প্রোগ্রামগী Newsline হায়বা পাওপিবগী মথেল অমস্থ পুথোক্নুনা হিরমসিদা নহা ওইনা লময়ানবা অমস্থ ওইখি।

## এমঃ ভিঃ কমথ

শ্রীএম ভি কমথ ( M. V. Kamath ) ১৯২১ দা কয়না-তকাদা পোকখি। মহাক অসি ভারতকী খোয়দোকপা শিংথাম-ৱিবা জনে'লিষ্টশিংগী মনুংদা ময়াওবা জনে'লিষ্ট অমনি। মহাক 'Illustrated Weekly of India' গী এডিং ইডিটর ওইরম্মী। মহাক রিপোর্টর, রাইটর অমদি স্পীসিয়েল করেস্পোণ্ডেন্ট ওইনা পৃথিবী লৈবাক কয়া, বোন, পেরিস, বাশিংতোন অমদি ইউ কেদা লৈরুবে। 'Illustrated Weekly of India' দগী পোৎথারবা মতমদা হৌজিক, তেলেগ্রাফি অমদি আসামগী 'The Sentinel' নচিংবদা চাং নাইনা কলম কন্দুনা ইরি।

মহাক্না ইখিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা ইনকমপ্লিট দিপ্লোমেট, প্রোফেসনেল জনে'লিজম, জনে'লিষ্ট ডাইরি অমদি অতৈ খরা।

## অরূন শোরি

Arun Shourie "Indian Express" কী একজিক্যুটিব ইডিটর ওইরম্মী। মহাক হান্ন World Bank কী Economics Deptt. তা থবক তৌরম্বনি। শ্রীশোরিনা ইন্ডিয়ান "Express" কী একজিক্যুটিব ইডিটর ওইরকপদগী পাওচে অসিগী খোয়দোকপা মমীং অমা থম্বা ওয়বা হোৎনবদা অচৌবা খোদাং য়াই। খোনা লৈনা Kou Oil গী কারবারগী মতাংদা অরোনবা রারোল ফোংদোক্লুনা খোনা লৈবা জনে'লিষ্ট অমগী ফীরেপ লৌখি। মহাক ইনভেষ্টিগেটিব জনে'লিজমদা হেন্ন পুক্লিং চিংশিনবা পাওমী অমনি। শ্রীশোরি ১৯৮২ গী Magsaysay Award ফংথ্রবা জনে'লিষ্ট অমনি। ○

## একে: সনাতোন

মশাগী চহী ২৭ শুবা ১৯৭৪ লোইরকপদা ঈহৌ-গী এসোসিযেট ইডিটব ওইনা চংখি। সেপ্তেম্বর ২৫, ১৯৮২ দগী ১৯৮২ মার্চ্চ থা ফাওবা ইডিটর ওইনা পুখি। অমুক মার্চ্চ ১২ ১৯৮৬ ইংদগী পাও চে অসিগী ইডিটর ওইনা পুবক্লি। একে: সনাতোন গ্রেজুয়েটনি, জর্নেলিজমগী ডিপ্লোমা হোলদরনি। জর্নেলিষ্ট অমা ওইরবস্থ অহান্বা ফোংখিবা লাইবিক্তি হকচাংগা মরি লৈনবা "হক্কী ঈশিংনা লায়েংবা" হায়বসিনি। লাইরিক অসি অনীরবশুবা থুংনমফাওবা নমথ্রে লোযননা "জর্নেলিজমগী শিনফম" অসিনা অইবগী অনীশুবা লাইরিক ওইরি।